# কার্ল মার্ক্স অমদি মহাক্কী ৱাখল্লোন



Karl Marx

সোটিনকুমার

# কার্ল মার্ক্স অমদি মহাক্কী ৱাখল্লোন




সোটিনকুমার

# কার্ল মার্ক্স
# অমদি মহাক্কী রাখলোন

সোটিঁনকুমার

প্রোগ্রেস পিন্টরস এন্দ পব্লিশরস, বুম্বাই

# কাৰ্ল মাৰ্ক্স অমদি মহাক্কী ৱাখল্লোন

## কমিউনিস্ট ইন্টরনেসনেল

হৌরো হে চাবাহেনবে বন্দিশা
হৌবো হে লৈখা তাববা
নিন্দাগী নোংলাওখোল অচুম্বগী
লাক্লে তাইবং অথোইবা
পুল্লবোই অমুক চৎনবি য়োহিলংনা।

হৌবো, হে নাইওইবা, নাইকোক্লনি
অনৌ, যুম্ফমদা লিংলনি মালেম
ঐখোয়ব্ শিংনবে পুন্সি ঐখোয
'সিনা অবোই লাঞ্জংনি
লেপশি ইফম ইফমদা
খুন্নাই অমত্তগী
ওইবনি জাতি পুম্বা।

## হাইগৎসি ৱাংনা

হায়গৎসি ৱাংনা ফিরাল'সি ঙাংলবা
লায়রবশিংগী ঈনা

ঙাংখিবা মালেম কনাগী ঈনো
লায়রবশিংগী মায় ঙাকপদা
লেনিন্না রুশতা লানঙমদুনা
জগত্তা পুরকপা কনাগী মায়
লায়রবশিংগী ঈনা ।

লাক্লো লৌমী শিন্মী লাক্লো
নহাক্কী সভা মপাঙ্গল হাপলরো
ইমা লৈপাকপু মনিং তমহল্লো
ঙাকপা ঙমগনি লায়রবগী মায়
লায়রবশিংগী ঈনা ॥

—জননেতা ইরাবত

# কার্ল মার্ক্স অমদি মাগী ৱাখল্লোন

মালেমগী ইতিহাসতা মশক নাইখিবশিংগী মনুংদা কার্ল মার্ক্স থোইদোক্লা শিংথানিংঙাই ওইবা মীশক অমনি। মহাক্না মালেমগী গুরি-নোমালবশিংগী য়াইকবা পুবক্লবগীদমক্তা সাইন্টিফিক কমিউনিজমগী য়ুম্ফম থোনখি। অমদি চহী কয়া থিংঙন হুমডিন্দুনা কেপিটালিজমনা মরাই চাইথরকপা লোইননা সোসিয়েলজমনা জয় ওইরকদবগী মরম শুগাইনা নৈনদুনা উৎখি। মার্ক্সনা ইন্তরনেশনেল কমিউনিষ্ট মুভমেন্ট শাগৎপদা অমদি সাইন্টিফিক কমিউনিজমদা থাজবা শিন্মীশিংগী রিভোলুশনরী পার্টিশিং শাগৎপদা চাওনা তেংবাংখি। মাগী লমজিং মখাদা শিন্মীশিংনা মখোয়বু ওৎনিবা শেঙ্গাও পাইবশিংগী মায়োক্তা হৌদুনা শেঙ্গাও পাইবগী সমাজ মুথৎতুনা সোসিয়োলষ্ট সমাজ লিংখৎনবগী য়ুম্ফম থোনবা হৌখি।

তশেংবমক্তু সমাজগী অংৎ অনৈ বয়াদগী মুক্তি ফংদুনা ইজৎকা লোইননা হিংনবা লোইননা মীওইদুগী লোইনবক্লবা গুন কয়া মপুংফানা উৎথোকচবা ওন্নবগী অমতা ওইরবা লম্বী উৎপা ওন্নখিবা লময়ানবনি কার্ল মার্ক্স। মার্ক্সবী মমাংদা পুথোকখিবা সোসিয়েল থিওরিশিং ইনাক কৈরাক খুনবশিংতবু শোগৎপা ওইনা তৌরম্মী। লিশাংশিংনা চাঙ্খিবা ইতিহাসকী লাতমদা মশিং য়াম্বা প্রজাশিংবু শুমহত্তুনা শাসন তৌবিবা বাংবশিংনা নাম কয়াদা-মহেন্দ্রশিং তম্বদা, সাইন্স অমাদ কনা-শিন্দা, থিজিন হুমাজনবদা, লোইননা নৈনাক শাসন চলাইবদা মোনোপোলি লৌদুনা চাওখৎপা, নুংঙাইবনা মখে য়গী শক্ত অদুগা শুনোমলিবা কাংবুনা য়াইতোং থমদোংবশিংগীদমক রানা হুমাং তানা শুবনা মথৌ ওইরম্মী। অসগুম্বা সমাজগী চৎনা-লোনচৎ কয়াসবু হোংদোকনিংবা মীওই কয়াস্তু থোরকখিদবা নত্তে অতুবু মখোয়না পুথোকখিবা থিওরিশিং সাইন্টিফিক ওইদবা, চংশিনগদবা লম্বী শেংনা উৎপা ওন্নদবা লোইননা মতম মতমহুগী ওইখিবা সমাজগী চৎন-লোনচৎ য়ানিংদবগী ইহৌ শাগৎপা ওইনা তৌখিবনা অওনবা সমাজ অনা পুরক্পা ওন্নাখদে।

অহুনা অমমবদা কণ্ডাওননা লমথুংফম থিবগুন, অচুম্বা লম্বেল য়াংতনা মুক্তীগীদমক চংশিল্লবনা শুনোমর্লবা কাংবুনা শেঙ্গাও পাইবশিংগী পু-বান্দুংদগী নানথোকপা ঙমখিদে।

অসুম্না চহীচা কয়া তুহং-নৈহংপীববা শিল্মীশিংনা মবাইবক্তা তাই-নতুনা মপোক থিনা পোকলক্তুনা অরা-অনা কয়াসি নংলিবনি অমদি মথংগী হেন্না ফগংপা মপোক অমগীদমক পুন্য তানশিনবগী মওংদা পুন্ন-মক ঈশ্বরদা তাইশিন্দুনা লৈংবম্মী। মখোয়বু লমজিং-লমতাকপীনবা চোংথোরকখিবা মীওইশিংস্থ অনাবগী লাইওং খংদনা হিদাক পংথা থা-বগুম লম্বেল মফাং মফাংবনা শিল্মীশিংগী অরাবা কোকহনবা ঙমখিদে। মখা তাবকপদা ইন্দস্ট্রীয়েল রিভোলুশন্না পুরকখিবা অওনবাশিংগী মনুংদা থ্বাইদগী শিংথানিংঙাই ওইবদি শুবি নোমলিবশিংগী মবক্তা ক্লাস কন-সিয়সনেস লাকপদগী পুনশিন্নরক্তুনা অচৌবা ফোর্স অমা ওইরকখিব-সিনি। লোইননা শিল্মীশিংগী মুক্তিগী লড়াইদা লমজিংনবগীদমক্তা চপ চানা চুম্লবা থিওরী পুথোক্তুনা নংজিন থানা চোংথোরকখি- কার্ল মার্ক্স। মহাক্না পুথোরকখিবা মার্ক্সিস্ট ফিলোসোফি অসি মহাক্না মমাংদা লৈনবম্বা এযা-ডান ফিলোসোফি, বৃটিশ পোলিটিকেল ইকো-নোমী অমদি ফ্রেঞ্চ সোসিয়েলিজমনচিংবা মমুৎ তানা নৈনতুনা হেন্না সাইন্টিফিক ওইবা মওংদা সমাজ চাওখৎলকপগী মওং অমাদ তোঙান তোঙানবা কাংলুপবা মাওঙ্ষীশিংনা কবি বাব তোরিবা হায়বাসান।

মার্ক্সনা শুনোমালবা মায়মগী যাইফনবগীদমক পুথোক্লম্বা হিষ্টো-রিকেল মেটিরিয়েলিজম অমাদ ইকোনোমিক থিওরীশিংগী মরমদা বাসয়াদা অহানবা ওইনা অক্টোবর রিভোলুশন হৌজনা সোসিয়েলিষ্ট সমাজ ১গী যম্ফম শেথোকখিবা ভি আই লেনিননা। অসুম্না হায়খি — মার্ক্সিষ্ট ফিলো-সোফিনা প্রোলিটরেটশিংদা লিশাং শিংনা তুহং-নৈহংপীজুনা লৈবক-পসিদগী লাম্থোক্লবা লম্বী তাকলে মোইননা ইকোনোমিক থিওরীনা শেঙ্গাও পাইবগী সমাজদা প্রোলিটরেটশিংগী তশেংবা মফম ময়েক শেংহল্লে। মীওইবগী য়াইফনবগীদমক্তা কৎথোক্লবা মার্ক্সনা অরাবা কয়া ময়োক্লবা তাখি অতুবু কৈদোঙৈদম্ব পুক্লিং হনবা তৌখিদে। মহাক্না

হনবা লৈতনা শুরি নোমলিবশিংগী হেক্না ফগৎপা পুন্সি অমগীদমক্তা থেংনখি। পুন্সি চুপ্পা অরানবা, ওইদবা রাখয়েলোন, নমথাক লোইননা অরেপ্পা পুকচেল চেন্দবশিংগী মায়োক্তা লেপথি লোইননা লৈভাক শাসন তৌবিরা কাংবুগী শুপ্নম নিতি শিংনখি।

কৎথোকলবা পুন্সি অমগীদমক চংশিন্দুনা ইকাইখুম্নিংঙাই ওইরবা ফম অমদি পুন্সি মরেল নাচুংখিদে। অহোইনহুম মীচেল অমা ওইনা তংত্তাদবা পুন্সি মরেল ১দা মফম অমদগী অমদা হোংহুনা মশাতা নত্তনা মুপী, অঙাং পুম্নমক খুদোংথিবা অমদি অওৎ-অনৈ কয়া মায়োকনবা তাখি। অত্থবু করিমতা নাচুংবা লৈতনা থৌনা ফনা লেপ্তুনা মাগী থি-জিন হুমজিনবগী থবক মপুং ফানা চৎনহুনা হিংলিঙৈ মতমদা চপ চাবা মগুন খংবীখিদ্রবা মাগী সাইন্টিফিক ওইরবা থিওরিশিং ঙাসাদ অহোং-বা অওনবা পুরক্কবগী অমতা ঙাইরবা খুৎলাই ওইরে।

কার্ল মার্ক্স গুন কয়ানা লৈতেংলবা মীশক অমনি শম্মা হায়রবদা মহাক অফাওবা সাইন্টিষ্ট অমনি, থিজিন হুমজিনবগী লমদা চোকথবা নাইদ্রবা রিসার্স অমম্নি, লোইননা প্রোলেটরীয়ানশিংগী মুক্তী লড়াইগী পোরম য়াৎপা লিদর অমনি। মঙোন্দা অফবা মী অমদা চেনফম থোকপা মগুনশিং ইচম চম্বা, নুংশিহৈবা, থৌনা ফবা, চোকথবা নাইদবা, নিংথ্রবদা হোংদবা লোইননা থবক শিন্দোকপা হৈবনচিংবা চোল্ল।

মার্ক্সকী মীংগা ওৎন-থানবা য়াদ্রবা, লুনা তিন্নজখিবা মরুপ লোই-ননা থিওবি কয়া শাগৎপদা, চে-ফোং কয়া পুথোকপদা লোইননা প্রো-লিটরিয়েটশিংবু লমাওংনিন্নাখিবা ফ্রেদবিক এঙ্গেলসনা মার্ক্সকী পুন্সগী শক্তম মবিক চুম্না তাকপা বায়োগ্রাফি অমা ইনবা মার্ক্স লৈখদ্রবা মতুংদা হোৎনখি অত্থবু পাংথোকপা ঙমদনা নোংগাখি।

আসগুম্বা অচৌবা অহোবাসিবু মের্নাশিননবা ভিঃ আইঃ লেনিননা শোক ১৯১৪ দা তেনতক্কা আর্টিকলগী মওংদা মার্ক্সকী পুন্সি অনাদ মানা তৌরম্বা থবকশিংগী মরমদা নৈনবা য়াম্না সাইন্টিফিক ওইবা বা-য়োগ্রাফি অমা ইহুনা গ্রানেট দিক্সনারীদা ফোংখি। মথা তারকপদা

শোক ১৯১৮দা জর্মনগী অফাওবা ফিলোসোফর অমদি ইতিহাস-কার লোইননা কমিউনিষ্ট পার্টি ওফ জর্মনীগী ফাউন্দর মেম্বর ফ্রাঞ্জ মেরিংনা 'কার্ল মার্ক্স— দি ষ্টোরি ওফ হিজ লাইফ' ইতূনা ফোংলকখি। অদুবু লাইবিকসিদা মার্ক্সকী মরুওইবা লাইবিকশিং— শোক ১৮৪৪গী ইকোনোমিক এন্দ ফিলোসোফিক মেনুস্ক্রিপ্ট, দি জর্মন আইদোলোজি, শোক ১৮৫৭-৫৮ গী ইকোনোমিক মেনুসক্রিপ্ট লোইননা মার্ক্সকী পুন্সিগী মরুওইবা শক্তম কয়া চিংথবগী মতম নিংথনা তাখি। মরমসিদগী মার্ক্সিষ্টশিংগী মরক্তা মার্ক্সকী পুন্সিগী তোঙান তোঙানবা তাংকককা মরি লৈনবা থবক-থৌরমশিং লোইননা মার্ক্সকী সাইন্টিফিক অমদি লিটরেরী ৱার্ক কয়াসি মমুৎ তানবা নৈনবা হোৎ কুনা লময়ানবা অসিগী হেন্না মপুং ফারবা বায়োগ্রাফি অমা ইনবগী মচাক খেৎমজিনবা হৌনরক্কুনা। ফ্রেন্স মার্ক্সিষ্ট আগষ্টী কোর্নুগী "বায়োগ্রাফি ওফ মার্ক্স এন্দ এঙ্গেলস" বৃটিশ রাইটর জোন লুইজগী "দি লাইফ এন্দ টিচিং ওফ কার্ল মার্ক্স" অমসুং জর্মনগী ইন্ষ্টিটিউট ওফ মার্ক্সিজম লেনিনিজমনা 'এ কলেকটিভ বায়োগ্রাফি ওন মার্ক্স' নচিংবা ফোংনরকখি।

এনটি কমিউনিষ্ট অমদি সুদো সোসিয়েলিষ্ট রয়ানশু মার্ক্সিজম অমসুং ৱার্কিং ক্লাস মুভমেন্টপু শেরানন উহনগদবগ। লোইননা মার্ক্সিষ্ট ডোকট্রিন অমসুং মতমগা চানদবা অমদি মার্ক্সনা মাংডৌনন্য হায়রম্বগা ইতিহাসকী খোংজেলগা ৱেন্ননা চংশিনচংবা রয়া শান্দোরবা ত্যাৎনদবা নাত্তে। অদুবু মখোয়ানগী প্রিচিং বেজলেস ওইরে হায়নসি পৃথিবীগা লৈবাক কয়াগী নোঙাক শাসনদা পুবশিনবা অঙনবা রয়া মানা-মৌবু নমথদুনা থম্না য়াবক্কুবা, ইন্টরনেসনেল ৱার্কিং ক্লাস অমদি কমিউনিষ্ট মুভমেন্টনা লম রয়াদা জয় ওইরুপা কয়াসিনা হেন্না ময়েক শেংহল্লে।

অবোইবদা কার্ল মার্ক্স অমসুং মাগী ৱাখল্লোন হায়না মিংথোনবা লাইরিকসি কার্ল মার্ক্সগী পুন্সি অমদি মানা শাগৎলম্বা সাইনটিফিক থিওরিশিং লোইননা মাগী ৱার্কস কয়া নৈনজরগা মৈতৈরোন্দা পুথোকচবনি।

—সোচিনকুমার

কার্ল মার্ক্সকী মমিং লোইননা মানা
তৌবগা থবকশিং অসি মতমচুপগী ওইনা
নিংশিংহনা লৈহৌরগনি।

—ফ্রেদরিক এঙ্গেলস

# কার্ল মার্ক্স

চহীচা কয়াগী মমাংদগী মীওইবনা মীনা মীবু ওত্তবা, শেংনিংঙাই-চানিংঙাই লৈতবগী অরাবা লৈতবা, নমক্ক শিজিন্নদবা অমদি মানা মানা পামজবদুদা চৎথজবা থনক থৌরমদা অথিংবা পীদবনাচিংবা কয়াসি করম্বা মতমদা লৈরক্লদগে হন্দুনা লাকলি। অমদি থর হেন্না থন্থবা ভম্বা মীওইশিংনা মসি ওইথোক্লবগী লম্বী থিহনতা লাকখিবনি। মীরোল অমগী মতুংদা মীবোল অমা অম্মা লিশাং শিংনা চখরককলিবা মালেমগী ইতিহাস অসিদা মথোনা লৈরবা কয়ানা মী কোটি কয়াবু মনিং মথা তম্বা ফংহনবগীদমক্তা থেংনহনা লাকলি অদুগা কয়া অমম্ন লমথুং অসি ফংনবা হোংনবদা থরাইনা পোন্থা ওইখ্রবনি। অম্ম্য মথং মথং চংথ-রককখিবা ইহৌ অসিদা খাইদগী হেন্না অচুম্বা লম্বেল পীখিবা মীশক অদুদি—কার্ল মার্ক্সনি। মীথোই মীহেল্লবা স্কোলার অমা ওইনা লম কযাদা থিজিন হুমজিন্দুনা লোইননা নৈহৎপিরবা মীযাংগী মুক্তীগী লম্বাইদা মশাগী ওইজবা থিবিক থাদোক্লুনা লুচিংবা অমা ওইনা থোরকাখ—কার্ল মার্ক্সনা।

মার্ক্সনা পুথোক্লম্বা সাইন্টিফিক থিওরী— মার্ক্সিজম অসি রিভোলু-শন্নরী ষ্ট্রগলদা চাংয়েং তৌহনা য়েংবদা মাই পাক্লবনি। মহাক্না ১৯শুবা শতাব্দীদা য়াম্না ইনৌ নৌবা, অমগা অমগা পুনশিন্দুনা অপুনবা শক্তী অমা শাগৎকনি খংজিন্নবা প্রোলেটরিয়েটশিংবু মাগী হোৎনজমম্না অচৌবা পোলিটিকেল কোর্স অমা ওইহল্লকখি। মার্ক্সনা য়াম্না নহা ওইরিঙৈদা লাইফাওগুম্না হায়দোকখিবা বাহৈশিং
"ফিলোসোফরনা মাগী মেটরিয়েল রিপন
প্রোলেটরিয়েটশিংদগী ফংই, প্রোলেটরিয়েটশিংনা
ফিলোসোফিদগী স্পিরিচুয়েল রিপন ফংই"
হায়খিবহু অচুম্বা ওইনা থবক্তা পানশিন্দুনা উৎখি।

শু.নোমলিবা মীওইশিংগী য়াইফনবগীদমক্তা মার্ক্সনা পুথোকলম্বা ফিলোসোফি অসি মীওইবা সমাজগা মরি লৈননা পুথোক্লম্বা বাখল্লোন-শিংগী মরক্তদি খ্বাইদগী হেন্না অচৌবা শাফু পিখিবা অমদি ইতিহাসকী থোংচৎপু হন্দুনা মমাই লৈহনখিবা অমনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। সমাজদা লৈরিবা নৈহৎপীরবা মীওইশিংনা মখোয়না বারিবগী মরমদা করিমত্তা খংজদনা লৈরম্বহু মীকপ থোকহনবদা মার্ক্সিজমনা কয়াম চাওবা থোদাং লৌখিবগে হায়বহু পন্দুনা লোইবা নত্তে। মার্ক্সিজমদা য়াও-রিবা মরুওইবা মচাকশিং— দাইলেক্টিকেল এন্দ হিষ্টোরিকেল মেটরি-য়েলিজম, পোলিটিকেল ইকোনোমী অমস্তুং থিওরী ওফ সাইন্টিফিক কমিউনিজমনা নৈহৎপীরবশিংগী বাখল অমদি মীয়েংদা অঙকপগী মশক ওইরবা অওনবা পুরক্লুনা সমাজদা অহোংবা পুরক্লবগীদমক্তা রিভোল্ট তৌহল্লকপা ঙমখি।

মার্ক্সিজমদা ইতিহাসকী ওইরকলিবা খোংজেলসিদা বুর্জ্জোয়াজি-শিংনা শেন্দোং তাম্নবগীদমক্তা পোৎথোক পুথোকপদা লেবর ফোর্সপু এক্সপ্লোইট তৌরিবা অহুগা বুর্জ্জোয়াজিশিংশিনা শেন্দোং কয়া তানশিল্ল-কপহনা মহুম শুম চাওখৎলকপা অহুগা লেবর ফোর্সশিংনা পুন্সিগী ওইনা কোকপা ঙমলরোইদবা মওংদা বারি-নংলিবা কয়াসিগী অরোনবা কয়াহু নৈনরি অমদি করম্না য়োহিলংসিদগী নানথোকপা ঙমগদগে

হায়বগী লৈবীসু শেংনা তাকলি। মার্ক্সিজম শাগৎলকপিরিবসি মার্ক্সনা ইতিহাসপু পোৎকা মরি লৈননবা অদুগা এঙ্গেলসনা সরপ্লস ভেল্যুগী থিওরী (ইকোনোমিক লো) পুথোকলকপদগী ওইথোকখিবনি। লোইননা সোসিয়েলিজম হায়বসি য়ুম্ফম য়াওদবা ওইথোকলরোইদবা অমা ওইনা লৌনরম্বদগী সাইন্সকুন্না ফেক্ট কযাদা য়ুম্ফম ওইদুনা শাগৎপনি হায়বসি খংনরকখি। হায়রিবা য়ুম্ফম অসিমক্তনদি ভি: আই: লেনিন্না মার্ক্সিজমগী ডোকট্রিন অসিবু থবক্তা পানশিন্দুনা সোসিয়েলিস্ট সমাজ অমা শাগৎ-পদা প্রোলেটরিয়েটশিংনা খ্বাইদগী মরুওইবা থৌদাং লৌই হায়বসি উৎপা ঙমখিবা।

কার্ল মার্ক্স চুম্নতগী মতিক মগুন লৈরবা স্কোলার অমা ওইবতা নত্তনা রিভোলুশনরি লিদর অমনি হায়বসি মহাক্কা এঙ্গেলসকা লোননা মশাগী ক্লাসপু মশক শেংনা খঙজদবা রিভোলুশনরী প্রোলেটরিয়েটশিংগী ইহান হানবা পোলিটিকেল ওর্গেনাইজেশন— "কমিউনিষ্ট লিগ" লিংখৎখিবসিনা শাক্ষিনি।

মার্ক্সনা হায়খি — "মাসেমগী শু-নোমলিবশিংনা অপুনবা শক্তী
শাগৎলবতদা মাইপাকপা পুরকপা ঙমগনি।"

অপুনবগী শক্তী শাগৎনবগীদমক্তা মশামক্তা ইন্টরনেশনেল বার্কিং মেনস এসোসিয়েশন লিংখৎতুনা পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা লৈবাক-শিংদা লৈরিবা শিন্নীশিংগী মরক্তা অমত্তা ওইবগী লিচিংনা পুনশিন্নবা হনবা লৈতনা হোৎনরম্মী। মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা কমিউনিষ্টশিংগী-দমক্ত কদাই ফাওবা হোৎনরম্বগে হায়বসি "মালেমগী শু নোমলিবশিং পুন্নসি" হায়বা খোল্লাওসিমক্তা ময়েক শেংনা উৎলি।

ইন্টরনেসনেলিষ্ট অমা ওইনা মার্ক্সনা পৃথিবীগী অতৈ লৈবাকশিংদা ওইরিবা ফিভম কয়া থুদম ওইনা বৃটেন, ইন্দিয়া, ফ্রান্স, চিনা, রাসিয়া, আমেরিকা, আয়ারলেন্দনচিংবদা থোক্লিবা কয়াসি কুপনা লৈনরম্মী।

☆ জাতী পুন্নমক সোসিয়েলিজমদা লাক্কনি, মসি শোয়কতবনি, অদুবু চপ মান্নবা লম্বী অমথক্তদদি লাকলোই। — ভি. আই: লেনিন

লোইননা মীওই কাংলুপ অমনা লেপ্লিবা পুন্সি মখেল নৈনববদা পৃথিবীগী অতৈ নৈবাকশিংদা লৈরিবা মীওইশিংগী মথি লৈননা নৈনবগ্মী।

মার্ক্সনা হিষ্টোরিকেল মেটরিয়েলিজম ডেভলপ তৌরকপদগী মীয়ামগী বাখলদা অচৌবা অহোংবা অমা পুরকখি। লোমী শিন্মীশিংনা ইতিহাস শেম্বনি, রিভোলুশননা ইতিহাসকী গাড়ীনি অমদি রিভোলুশন হায়বসি কাংলুপকী লড়াইদগী হৌরকপনি হায়বসি কার্ল মার্ক্সনা তশেংনা উৎখি।

ওক্টোবর রিভোলুশনগী লমজিং পুরেল ওইখিবা অমদি রাসিয়াদা সোসিয়েলিজম সমাজ শাগৎখিবা ভি আই লেনিন মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসকী অশেংবা শিষ্যনি। মহাক্না মার্ক্সিজমবু খ্বাইদগী বাংবা থাক্তা পুখৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌখি। মরমসিদগী লেনিনগী মমিং অসি মার্ক্সতগী তোঙান্না খাইদোকপা য়াদে। লেনিনিজম হায়বসিনা ইম্পিরিয়েলিজমগী মখাদা লোইলম শন্দোকপগী প্রথা লৈরম্বতুবু প্রোলেটরিয়ান রিভোলুশন্না মরু ফংনা মাংহন্খিবা লোইন লোইননা মীওইবা সমাজ অসিবু কেপিটেলিজমদগী সোসিয়েলিজমলোমদা চংশিল্লকপগী লোকত্রিননি। হোঙ্জকী মতমসিদা মার্ক্সিজম অমদি লেনিন তোঙান তোঙান খাইদোকনবা য়াদ্রে।

লেনিন অমদি মহাক্না লিংখৎখিবা বোলসেভিক পার্টিনা মালেমসিদা খ্বাইদগী ইহান হানবা সোসিয়েলিস্ট রিভোলুশন মায়পাকপা পুরক্তুনা শু-নোমলিবা মীয়ামগী শাসনা চাকথুং-ফীথুং মান্নবা সমাজ অমগী শক্তম মযেক লানা উৎখি। অদুগা মাংলৈদা ওইরকলিবা চাওখৎলকপগী অহোংবা কয়া অসিগী মরক্তা লৈবাক লৈবাকী তোপ-তোপ্পা রাজনীতি, আর্থনিতিক অমদি সমাজিকী ফীভম অদু য়েংনা সোসিয়েলিজমগী লম্বীদা মার্ক্সিজম লেনিনিজম নৈনদুনা রিভোলুশন চংশিনজম থোকলে। "লৈবাক অমদি সোসিয়েলিজম শাগৎখিবগী মওং অদু ইকাই-কাইদনা অতোপ্পা লৈবাক অমদা পানশিন্দুনা পাইখৎলুবা য়াদে" হায়বসি লেনিননা ওস্তানা হায়রমখ্রবা বাকমনি। ●

## কার্ল মার্ক্সনা মহা ওইরিঙৈ

সাইন্টিফিক কমিউনিজমগী যুম্ফম থোল্লম্বা অমদি মালেমগী থংনোমলিবা মীয়ামদা অনৌবা মঙাল অমা পীরম্বা কার্ল মার্ক্স ইংলেন্ডকী ১৮১৮ গী মে তাং ৫ দা প্রুসিয়া (হান্না ফ্রান্সকী মহুং চল্লম্বদগী ইং ১৮১৫ দা জর্মনদা পুনশিনখ্রবা) গী রাইন প্রোভিন্সতা লৈবা ট্রায়র সহরদা পোকখি। সহরসি মমাংডৈদা রোমানশিংনা লিংখৎলম্বগী যুৎফম কয়া নিংশিং ফুবাশিং অমদি চর্চ ময়াম অমনা অতৈ মফমশিংদগী তোঙান-হল্লি। অদুগা লম্বী লমজাও চৎপদা য়াম্না তোইনা থেংনরিবদি—লাইরবা লোমৌশিং অমদি সরকারনা যোকখৎপীরবা থুৎশা হৈবশিংনি। অসিগুম্বা থেন্নবা কয়া লৈরবা সহরসিদা কার্ল মার্ক্স চাওখৎলকখি। মহাকী মপা হেনরিক মার্ক্স মহৈ মশিং য়াম্না হৈবা, পুকচেল চাওবা, খুমাং চাওশিনবা পাম্বা অমদি মীনুংশি চেম্বা মীনি। মহাক ট্রায়রদা লো প্রাকটিশ তৌরম্মী অমদি মফমদুগী বায়েনশংগী মকোক ওইরম্মী। মহ রুসো লেশিং, ভোলটয়ার অমদি রুশোগী লাইরিকশিং থবাই য়াওনা নৈনরম্মী।

কার্ল মার্ক্স মপাবু য়াম্না লুনা নিংজবা মীশকনি। মহাক্না ইবা চিঠি অমদা অশুম্না ই। ঐসি মতম শাংনা ট্রায়রদা বায়েনশংগী মকোক ওইরম্বা অদুগা মশাগী পুকচেল শেংবা অমদি আইনগী লমদা থংহৈরবা

---

☆" মসি (কম্মিউনিজম) যুগ অসিগী খৃষ্টদগী মরুওইবা পাওনি"

—রবিন্দ্রনাথ ঠাকুর।

লৈখিদ্রবা হেনরিক মার্ক্সকী মচানি...। হেনরিক মার্ক্স, মার্ক্সনা চহী ২০ শুবা মতমদা ইং ১৮৩৮ দা লিভর (কিরাক) নাবক্তনা লৈখিদ্রে। মরমসিদগী মার্ক্সকী মমা হেনরিয়েট প্রেসবর্গনা ইমুংগী ভার পুবা ওয়বা অমদি মচা মাপল য়োকপা-থাকপা ওয়দবা হোৎনখি।

মার্ক্স অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সি নুংঙাইতনা লেনখি। মহাক পীকলিঙৈদগী য়াম্না কাগী তোগনবা, বারী বাতাই শাজিন্দুনা অভাবগী পুক্কিং শুনহৎনবা লিবা তৈবা অমদি অনৌবনৌবা খুৎশাননচিংবা হৌদোক্লুনা মচিন-মনাওশিং অমসুং মরুপ-মপাংশিংগা শান্নগনবা মীতা ওইরম্মী। মশাগী চহী ১২ শুবা মতমদা ইং ১৮৩০ দা ট্রায়র জিম্নাজিয়মদা মিং চন্দুনা লাইরিক তমখি। মতমসিদা পৃথিবীগী মফম অতৈদা লৈঙাকপোনবী লমদা অচৌবা অশুনবা লাকপগী চৈথু জর্মনদশু কংলম্মী। চহীসিমক্তদা (ইং ১৯৩০) ফ্রান্সতা জুলাই রিভোলুসন থোকখি অমুগা ইং ১৯৩১ অমদি ইং ১৯৩৪ দনা লিওন্স সিলক ইন্দষ্ট্রিদা থবক শুবা শিন্মাশিংনা মখোয়গী দাবী তকশিন্দুনা অকনবা ইহৌ ইউরোপ পুম্বদা থোকহনখি। জর্মন্দশু মীয়ামগী মরক্তা শেল-থুমগী অমদি সমাজিক অবস্থাদা শাথিনা খেন্নবা লৈনগংলক্নম্মী। জিম্নাজিয়মগী হেড মাষ্টর জোন ভোন বিটেনবাচনা জর্মন ফিলোসোফর ইমানুয়েল কান্তকী য়াম্না লিবারল ওইবা বাখল্লোনশিংড় ছাত্র শংদা মমুৎ তানা লৈনহনা থংহল্লম্মী। মসিগীদমক্তা পুলিসনা মঙোন্দ অকয়া মিৎয়েং চংলম্মী। জিম্নাজিয়মদা ছাত্র খরাদ সরকারনা য়াদবা বারী লাইরিক পারম্মী অমদি সরকারগী মাইয়োক্তা ইবা কবিতাশিং অতৈ ছাত্রশিংদা য়েন্নথোকলম্মী। মখোয়না প্রুসিয়ান সরকারনা জিম্নাজিয়মসিদা পোলিটিকেল কন্ট্রোল থম্নবগীদমক থাবকপা ওয়া অনবু মতিক চাবা সম্মান উৎলে যাবমদে।

ছাত্র অমা ওইনা মার্ক্স মানা পামজবা বিষয়শিং-অরিবা লোনশিং জর্মন লোন অমদি ইতিহাসতা থোইদোক্লা তৈশিংবা উৎখি। মার্ক্সকী পীথোরক্রবা মশুনসি মানা জিম্নাজিয়ম থাদোকলমদাইদা ইথিবা এসে "রিফ্লেক্সন অফ এ য়ং মেন অন দি চোইস অফ এ প্রোফেসন" হায়রক্লদা য়াওরিবা মচাকশিং অহুমরুশু উৎলি। এসেহুদা মানা মহাক

মশাসি মীওইবগী য়াইফনবা থবক্তা কৎথোকনিংঙবগী অপাম্বা কোং-দোকখি ।

"মীয়ামগী য়াইফনবগীদমক মশা কৎথোকপ্রবা
মীশিংবু ইতিহাসতা অংচোবা মীনি হায়না শিংথানৈ
অতুগা মালেমসিদা খ্বাইদগী নুংঙাইবা মীদি
মীয়াম্ব, নুংঙাইহনবা ওম্বা মীশক্তনি"।

মসিগী চপ চাবা গুন কার্ল মার্ক্সতা চেল্লি । রোয়েল ইক্সামিনেশন কমিশননা মাগী ডিপ্লোমা সার্টিফিকেটতা অস্তুম্না ই— "মহাকসি অরিবা লোন, জর্মন অমদি ইতিহাসকী বিষয়শিংদা যাম্না হৈনৈ, অক্না চংনবা যানা হৈনৈ অতুগা ফ্রেঞ্চ লোন্দি থোইনা হৈতে।" মহাক্কী পীথোরবগা গুন চপ-চানা উংথোকলকপা ওমগনি হায়না রোয়েল কমিশন্না মখা তানা ই ।

ইংশোক ১৮৩৫ গী ওক্তোবর থাদা অহানবা ওইনা মার্ক্স জহাজ তোংদুনা বোন ইউনিভর্সিটিগীদমক থোংশানখি অমদি লো ফেকল্টিদা মমিং চন্দুনা তমখি । মহাক্না উকিল ওইগে থনখিবসি অমাং ওইরিংঙৈদগী হৌনা মপাবু ফিদমনকম অমা ওইনা চৎনা থনখিদগীনি । বোন ইউনিভর্সিটিদা চহী অমা তমলবা মতুংদা বার্লিন ইউনিভর্সিটিদা হোংখি মরমদি বার্লিন ইউনিভর্সিটিদনা আইনগী লমদা মমিং লৈরবা ওঝাশিং যাওবগী অমস্তুং একাদেমিক স্ট্যান্ডার্ডসু রাংকপী ।

বার্লিনদা মহাক মহৈ মশিং তম্বদা মপুক্নিং লুপকপী । অতুবু অরাবদি মখা তমন্দনা আইনগী লাইব্রেরীশিং অতুতনা নানা থংনিংঙিঙ কযাগী পাওথুম পীবা ওইথোকলমদে । মবমসিদগী মহাক মরনাই ওইনা হিষ্টরী অমদি ফিলোসোফিগী লাইব্রেরীশিং পাদুনা লমসিদা কুপনা থিজিন হৌজিনখি । মহাক্না বার্লিনদগী মপাদা ইবা চিঠি অমদা "ফিলোসোফি যাওদনা চাওখৎপা পুরকপা ঙইথোক্কে" হায়না ইখি

---

*হৌজিক্কী সমাজগী ইতিহাস অসি কাংলুপকী লডাইগী ইতিহাসনি
—কমিউনিস্ট মেনিফেস্টো

ইংলোইক ১৮৩৬ দা বার্লিনগী মহাক্ক ট্রায়র শাদোকক্রিডৈদা মার্ক্স জেনী ভোন বেষ্টফালেন হায়রবী য়াম্না মশক মতৌ ফজবী অমদি লৌশিং শিংবী নুপীবী অমগা লুহোংনবা য়া লোইনরম্মী। জেনীগী মপা লুদবিগ ভোন বেষ্টফালেন মতমদুগী প্রিভি কাউন্সিলর ওইরম্মী। জেনী ভোন বেষ্টফালেন ইংলোইক ১৮১৫ ফেব্রুবারী তাং ১২ দা পোকখি। মহাক্না মার্ক্সতগী চহী মরিরোম চল্লম্মী। মখোয় অনিনি অচৌবা ওইরিবৈদগী হৌনা লোইনদুনা লৈরকখিবনি অমদি মপুং মরৈ ফারক্রবা মতমুদগীদি পুক্নিংগী ওইনা লৈমিন্নবা লেপ্লখি। জেনীসি মার্ক্সকী খোইদোক্ত হেল্লোকপা পীথোরক্লবা গুনশিংবু ইহান হায়না খংবা ঙমখিবা নুপীনি। মহাক্না মতমদুগী সমাজদা শকখং মাইখংনবীক্রবা অমদি শেঙ্খোক লদ্রেল লৈজরিবা মার্ক্সপু মাগী লোইনবা ওইনা খনবদা নাচুংবা কাওখিদে। চহী তরেৎ চুপ্পা হায়ন শিংদুনা লৈরবা মতুংদা ইংলোইক ১৮৪৩ দা জেনীগা লোইননা লুহোংখি।

মার্ক্সনা প্রোগ্রেসিভ ওইবা জর্মন ফিলোসোফি ময়াম অমা লৈনরবা মতুংদা ইংলোইক ১৮৪০ হৌগংলকপদা হেগেলগী দাইএলেকটিকেল মেথোদপু চুম্মী হায়না খল্লা রিভোলুশনরী দেমোক্রেটিক থিঙ্করশিংনা লিংখৎপা "য়ং হেগেলিয়ান্স ক্লব" তা য়াওরম্মী। মখোয়গী আইদোলোজিদি রেদিকেল থিংকিং, ধর্মগী অচুম অরান নৈনবনচিংবা শন্না হায়রবদা সমাজদা অওনবা পুরকপনি। "দোক্তোর ক্লব" হায়নস্থ খংনবা য়ং হেগেলিয়ানস সার্কল অসিদা মার্ক্সপু কান্তেম্না খংহৈরবা মীশক অমা ওইনা খংনরম্মী। মতমদুদা মহাক ইউনিভর্সিটিগী ছাত্র ওইরি অমদি অতৈ ক্লব মেম্বরশিংদগী চহী ১৯ রোম হেন্না নহা ওইরবস্থ মহাক্কী মতশিংদি য়ানিংবা লৌরম্মী। ক্লবসিগী প্রিন্সিপল থোদাং পুবা মোসেস হেসনা মার্ক্সকী মরমদা অস্রুম্না পল্লি... অত্তগা মহাক্কুসি হিংলিবশিংগী মনুংদা অমত্তা ডাইরবা অশেংবা ফিলোসোফরনি। মীশক অমত্তনা কাওরনা ফিলোসোফরশিং — রুসো, হোলবাচ, লেসিং অমদি হেগেলগী পার্সোনেলিটি ময়াম পুনশিন্দুনা য়াওরবা মার্ক্সনি।

মার্ক্স'না মাগী ডোক্তোরেল থেসিসকীদমক থনখিবা তোপিক্তি—'দিফরেন্স বিত্তুইন দি দেমোক্রেটিয়ান এন্দ ইপিকুরিয়ান ফিলোসোফি ওফ নেচর' হায়বসিনি। ফিলোসোফরশিংগী তোঙান তোঙানবা মত কয়া নৈনরবা মতুংদা মার্ক্স'না গ্রীককী লময়ানবা মেটিরিয়েলিষ্ট ফিলোসোফরশিং — দেমোক্রেটস অমসুদি ইপিকুরসনা ইরম্বশিংদা নৈনবা থেসিসনি। মহাক্না থম্নিবা তোপিকসিমকনসু মহাক্না রিয়েলিটিদগী আইদিয়েলিজমলোমদা মাথৈতুনা চংথিবা ফিলোসোফিদা য়ানিংদবগী ময়েক শেংনা উংলে।

মরমসিদগী মহাক্না মনিং তম্না ফিলোসোফিগা লেংলি পাল্লিবশিংগী মবক্তা লৈনরিবা মরি .লাইননা সিমাক্তদা হিংবা তাবদা ফিলোসোফিগী থোদাংনর্নচিংবগী মরমদা থিজিনথি। মাগী থেসিসকী বাহৌলোক্তা মার্ক্স'না মীথামগী মনিং মথা তন্নবগী অমসুদি মুংঙাইনবগীদমক্তা তর বা কয়া মায়য়োক্নথ্রবা মাথোলোজিগী চিরো "প্রোমেথিয়স" গী মরমদা ই, লোইননা মতম চুপ্পগী ওইনা মভোন্দাদ প্রোমেথিয়স অসি মীয়ামগী শেবা তৌনিংবগী ইথিল পোকহনবা শক্তী অমা ওইখি। ইং ১৮৪১ গী এপ্রিল তাং ১৫ দা মাগী থেসিসকীদমক জেনা ইউনিভর্সিটির্না মভোন্দা ডোক্তর ওফ ফিলোসোফ হায়বা উপাধি পীখি। মসিগী মতুংদা মার্ক্সনা মাগী থিজিন তুমজিনবগী থবক মথা চংথবা অমসুদি লাই থাক্তদগী মবমদা নৈনবা জর্নেল অমা পুথোকপা পামখি। অদুবু মহাক্কী আশা অসি থুংবা ঙমখিদ্রে। মর্মাদ প্রুসিয়ান সরকারনা মখোয়গী মাই-যোক্তা লেপ্পা ফিলোসোফরশিংবু লমথনবা হোৎনখি। সরকারসিনা থব প্রোগ্রেসিভ ওইবা থবর ফোংবা থিংলম্মী লোইননা য়ং হেগেলিয়ানস সার্কলগী মেম্বরশিং অমসুদি ওপোজিশন মাইন্দেদ লেকচররশিংবু ইউনিভর্সিটিশি দগী তাংথ কলম্মী। মখোয়বু থবর কাগজগী হদিটোরিয়েল বোর্ডতা য়াওবা থিংলম্মী অমসুদি প্রুসিয়াগী লেঙাকলোনগী মরমদা প্রচার তৌবা থিংলম্মী। অসুম্না প্রুসিয়াদা একাদেমিক ফ্রিদম

---

☆নোংমৈগী লান্দি থিংবা ঙম্মা অদুবু অচুম্বা রাখল্লোন্দি থিংব ঙম্মোই।
— ভিক্তর হিউগো

লৈতল্লমদে। ফিভমনা য়াদদুনা মার্ক্স' ওঝা ওইগে খল্লম্বা বাখল অদু থাদোকপা তাখি।

ইং শোক ১৮৪০ গী অডনবা শরুক্তা সরকারগী মাইয়োক্তা থেংননবগী মরু ওইবা পাম্বৈশিং রিভোলুশনরী জর্নেলনা ওইরম্মী ইউনিভর্সিটিদা ওঝা ওইনবগী খুদোংচাবা কংদ্রবা মার্ক্সনা প্রুসিয়ান সরকারগী মাইয়োক্তা মীয়ামদা লেকচর তৌদুনা রিভোলুশনরী অমগী তৌকম থোকপা থৌদাং পাইখৎপা হৌখি। ইং শোক ১৮৪২ হৌগৎলকপদা রাইন প্রোভিন্সকী সরকারগী মাইয়োক্তা লেপ্পা বুর্জুয়াশিংনা Rheinische Zeitung fur politik কৌবা পেরিওদিকেল জর্নেল অমা পুথোকপা হৌরম্মী। মখোয়গী মরক্তগী খরনা য়ং হেগেলিয়ানস সার্কলগী ক্লব মেম্বরসিংন চেকোং অসি ফোংবদা শরুক য়ানবা হায়বদগী মার্ক্স' অহানবদা ইডিটর ওইনা মথংদনা চিফ ইডিটর ওইনা চেফোংসি পুথোকপদা মরুওইবা থৌদাং লৌখি। মানা কন্না হোংনবদগী জর্নেলসি সরকারগী মাইয়োক্তা ইবা মরুওইবা চেফোং অমা ওইরকখি। মহাক মশাগী আর্টিকলশিংদগী মাক্সকী মবুখি, মরোশিং অমদি অরা-অনা মাইয়োক্কবা ইম্বগী মশুন খংবা ঙমখি। মহাক্কী আর্টিকল "দিবেট ওন দি লো ওন থেফটস ওফ বুদ" তা ইনাক্ক কৈরাক খুনবা জামিন্দারশিংনা শু-নোমলিবা কাংবুবু নৈতৎপগী মওং মথিক চুম্না নৈনৈ। মহাক্কী ৱাহৈদ।—

"শু-নোমলিবা মীওইশিংসি লাইরবা,
রাজনীতিগী ইথল য়াওদবা অমদি
সম্পত্তী লেজদবা মীওইশিংনি।"

মহাকী-সরকারবু অমদি প্রিভিলেজদ ক্লাসপু হুন্দুনা ইবা আর্টিকলশিংদগী মার্ক্সকী মিৎয়েংদা আইদেলিয়েলিজমলোমদগী মেটারিয়েলিজমলোমদা অদুগা রিভোলুশনরী দেমোক্রেসিদগী কমিউনিজমলোমদা ওনশিনখ্রে হায়বা উংলে। অদুম্না মার্ক্সকী লমজিং মথাদা চেফোংসি য়াম্না থুনা চাওখৎলকখি। ফোংবা হৌরকপদা চেফোংসি লৌবা মীওই ৮৮৫ দং ভাইরম্বদগী থা অমগী মতুংদা ২,৮০০ অদুগা থা অনী

লৈরগনা ৩,৪৯০ দা হেক্লংলকখি। অমরোমদা প্রুসিয়ান সরকারনস্থ চেকোংসিবু কুপ্পাসেন্সর তৌবগা লোইননা হৈবর্গ মওং হোংদোক্লবা হুকুম তৌখি। প্রেসপু সেন্সর তৌবগী মাইয়োক্তা মার্ক্সনা মাগী ইদিটোরিয়েলদা অস্থম্না ইখি—

"ঙুংতৌগী প্রেস সেন্সর তৌবা .হায়বসি
বাখল খনবা মীওইশিংগী শন্দোং ককপনি
অতুগা স্ববীধাবাদিশিংবু য়োকখৎপনি।"

সেন্সর তৌনা তৌনা থা কয়ামরুম মার্ক্সনা মাগী ইদিটোরিয়েলদা প্রুসিয়ান সরকারবু চৈবা তোকলমদে। মাগী মথং মনাও নাইনা চৎথবা আর্টিকলশিংদা প্রুসিয়ান সরকারনা মীচম প্রজাবু শুমতুনা চাবা, মপোং মরল মৎপীবা অমদি নমথতুনা থম্ববু হুন্দুনা ইরম্মী। মসিদগী গভর্নমেন্টনা ইং শোক ১৮৪৩ গী মার্চ ৩১ দা চেকোংসি কোংবা হিংনবা বারেপ লৌখি। চেকোংসিগী সিয়ার হোলদরশিংনা সরকারবু হুন্দুনা চৈবা তোক্লুনা সরকারদা চংজরগা চেকোংসি মথা কোংথবা য়াবগী অয়াবা লৌননবা হোৎনরকখি। চেকোংসিদা রিভোলুশনরীগী ঈহৌ শাগৎনবা হোৎনবতু য়ারক্লবদগী মার্ক্স চিফ ইদিটর ওইবা তোকখি। চেকোংসিগা শম্নরুবদগী মার্ক্সনা মীওইবনা হিংনবগী চমক থেংনব্রিবা লড়াইশিংগী মস্নংদা শেল থুমগী অমদি সমাজগা মরী লৈনবা সংসস্যা কয়ানা হেন্না মরু ওইরিবতু থংলকলম্মী। লোইননা শু-লোমলিবশিংবু শেল থুমগী অমদি রাজনীতিগী লমদা নমথবা লৈবাক্তদি লৈঙাক সাসন তৌরিবা কংবুনা কমন ইন্টরেষ্ট য়োকখংলি হায়বা থাজবা সি অরাম্বনি হায়না পুথোকখি। চেকোংগী ইদিটর ওইবা তোকপগা লোইননা মার্ক্স মরমদম জন নাগী রাজনীতি লড়াইদা য়াওনবগী খুদোং চাব ফংখিদ্রে। মথা তাবা রিভোলুশনরী একটিভিটিদি পেরিসতা তৌখি

মার্ক্সনা পেরিসকী দমক জর্মন থাদোকত্রিঙৈদা জেনীগা মখোয়নীগী লুহোংফম Kreuznach তা মতম খর লৈহুনা "এ কন্ট্রিবিউশন টু দি ক্রিটিক ওফ হেগেলস ফিলোসোফি ওফ লো" হায়বা অমা হাখ।

---

☆শিল্পীশিংনা জয় তৌগদবা পৃথিবী অমা লৈরি। —মার্ক্স

লোইননা মীওইরবী হিস্টোরিকেল দেভলপমেন্ত থিংগা হায়বদি মীওই-বগী পোৎক্লা লৈনরিবা মরীদগী থোংগদবনি হায়বা মাগী মত ফোং-দোকখি।

ইং শোক ১৮৪৩ ওক্টোবর থাদা মার্ক্স জেনীগা লোইননা পেরিসতা থুংলতুনা রিভোলুশনরবী ইংলেন্দা মশা কৎথোক্লুনা অবং-অমা কয়া থাংখি। ইং শোক ১৮৪০ হৌগৎলকপদা ফ্রান্সসি ইউরোপকি পোলিটিকেল অমদি কলচরেল সেন্টর ওইরম্মী। ১৮ শুবা শতাব্দি লোইরমদাইদা গ্রেট ফ্রেন্স রিভোলুশন হৌখিবদা লাওথোকখিবা স্লোগানশিং— "লিবর্টি ইকুয়েলিটি এন্দ ফ্রেটর্নিটি" অসু শেক্সাও পাইবগী লৈভাকলোন মথাদা ওইথোক্লবদগী ফ্রান্সতা অনৌবা ইতৌ কয়া হৌরকপা য়ারবী ফীভম লৈরম্মী। কেপিটেলিষ্ট সমাজদা লনাই সম্পত্তী পৈশিনবা য়াবগী চৎনবীসিনা শুব্রি নোমজিবশিংবু শুমতুনা চাবা লোইননা নিংতম্বা হায়বসি কুপ্পতগী ইনাক কৈরাক খুনবশিংগী ওইবা কয়াসিদগী— শিন্মীশিং, খুৎশা হৈবশিং অমদি মীচম প্রজাশিংগী মরক্তা রিভোলুশনগী মৈবী চুরম্মী। ইং ১৮৪০ হৌগৎলকপদা মার্ক্স শু-নোমজিবাশিংগী য়াইফনবগীদমক্তা থবক মরু ওইবা মীশক অমা ওইরকলম্মী। পেরিসতা মার্ক্সনা অরোনবা সোসাইটি কয়াগী মীহুৎশিংগা নকশিন্নবা মরী থম্লম্মী। মহাক্না জর্মন রাকর্মশিং মরুওইনা মরৈ-বাক্কী রাজনীতী মীয়োং ওইনা চেন্থরবাশিংগা পুনশিন্দুনা লিগ ওফ দি জষ্ট কৌবা সংস্থান অমা লিংখৎখি। মার্ক্সনা শু-নোমজিবশিংগী-দমক্তা কয়াম্ক য়াম্না থনবগে হায়বসু নান Feuerbach তা ইবা চিঠিগী মবোল—

"শুব্রি-নোমজিবশিংগী মরক্তদি ঊচিন-ইনাও
হায়বসি চুম্নবগী মিংগোৎ ওইনা কৌনবা নত্তে,
পুন্সিগী অশেংবা মরুপনি, অতুগা থবক্তা কনশিল্লবা
মথোয়গী হকচাংদগী শন্দোরকপা মশেক মঙাম্না
ঐথোয়দা ভাল্লরি।"

হায়রিবা মতমসিদা জর্মনগী অকাওবা কবি হেনরিক হেন মার্ক্সকী চান্নবা মরুপ ওইরকখি। মহাক্কী কবিতা "এ রিন্টরস টেল" হায়বদুদা মীয়াম্না লৌয়াম চাবশিংগী মাইয়োক্তা হৌরক্লুনা জর্মনগী সমাজিক অবস্থাদা অহোংবা পুরকপগী অচেৎপা থাজবা থম্বদু ময়েক শেংনা উবা ফংই। মহাক্কী রাদৈদা জর্মন কমিউনিষ্টশিংসি য়াম্না রাখল খনবা অমদি চোকথবা নাইদবা মীশকশিংনি। অসিগুম্বা মীওইশিং অমদি মখোয়গী মতুং ইনবশিংসিদা জর্মনগী তুংগী আশা লৈরবনি।

মার্ক্সনা রাখল চোইথোক্লুনা অমদি অরেম্বা অমগা লোইননা থিওরী কয়া থিজিন হুমজিনবা হৌরকখি। লোইনন সমাজ অমা শাগৎপদা শেল-থুম অমদি পোৎ-চৈসি চংদবা য়াদবা মচাক ওইরকপনিনা মসি কংননবগীদমক্তা কাংলুপকী লড়াই অমদি রিভোলুশন হায়র্বসি তঙাই ফদে হায়না মীয়ামদা থংহনখি। ইং ১৮৪৪ গী ফেব্রুয়ারী হৌগৎলকপদা মার্ক্সনা ইদিটর ওইদুনা ফোংবা জর্নেল Deutsch-Franzosische Jahrbucher পোরসতা ফোংবা হৌখি। হৌজিক মার্ক্সকী মমাংদা তারিবা থৌদাংদি মাগী থিওরী

"সোসিয়েলিস্ট রিভোলুশনতনা মীওইবা
জাতীবু সমাজগী অমদি রাজনীতিগী অঙৎ-অনৈ
কয়াদগী উধার তৌবা ঙমগনি"

হায়র্বসিনি, মহাক্কী লাইরিক "এ কন্ট্রিবিউশন টু দি ক্রিটিক ওফ হেগেল ফিলোসোফি ওফ লো" হায়বদুদা মতমদুগী ওইরিবা সমাজগী প্রথা মুথৎনবগীদমক্তা সোসিয়েলিস্ট রিভোলুশন অমা তৌবদা মরু ওইবা শক্তী অমা ওইগদৌরিবাসি শু-নোম্লিবশিংনি হায়বসি মযেক লনা উংখি। হায়রিবা মতমসিদদি য়াম্না প্রোগ্রেসিভ ওইবা ফিলোসোফরশিং কাওবনা শু-নোমজবশিংসিবু মখোয়দগী অমা অমত্তা তৌনিংঙাই লৈত্রবা মীওই কাংবু ওইনা লৌনরিবনি। অদুবু মার্ক্সতনদি সমাজদা অওনবা অমা পুরক্লবগী আশা পুম্নমক মখোয়দা থমলম্মী।

☆ওইনিংবা মীওই ওইজসন্থ কবিদি থাগৎখম অমত্তং ইকাই খুম্নখম থোকই। —মার্ক্স, এঙ্গেলস

মহা ওইত্রিবা স্কোলার অমদি রিভোলুশনরী অসিগী থবক থৌরম কয়াসিনা প্রুসিয়ান অমসুং ফ্রেন্স সরকারবু মিপাইবা পোকহল্লমী। ফ্রান্সতা লৈবা প্রুসিয়ানগী রাজদূতনা প্রুসিয়ানগী ফোরেন এফিয়ার্সকী মন্ত্রিদা মার্ক্সনা মাগী চেকোংদা প্রুসিয়ান নিংথৌগী মাইয়োক্তা ইরিবশিংগী মরমদা খংহল্লমী। মসিদগী প্রুসিয়ান সরকারনা মার্ক্সপু নিংথৌদা ইকাইবা পীবা অমদি লৈবাক নিংথৌগী য়েক্কবা ওইবগীদমক প্রুসিয়াগী সিমানা লানশিল্লকপা মতমদা ফাজিন্নবা হুকুম থোকলমী। নিংথৌগী মাইয়োক্তা ইবা Deutch-Franzosische Jabrbucher চেকোংগী কোপীশিং অদু সরকারনা মৎপ্রবস্তু মার্ক্সকী বাখল্লোনদি মীয়াম পাক শন্না শন্দোকপা হৌরকলমী।

মার্ক্সনা কেপিটেলিজম সমাজগী ইকোনোমিক সিস্টেমসি য়াম্না সাইন্টিফিক ওইবা মওংদা নৈনবগীদমক্তা বুর্জুবাজিগী সমাজদা প্রোলেটরিয়েটশিংনা করম্না মওংদা হিংলিবগে হায়বদু কুপ্না নৈনরমী। মার্ক্সকী থবকসিদা অচৌবা মতেং অমা ওইখিবসি ফ্রেদরিক এঙ্গেলসনা ইবা আর্টিকল "আউট লাইন্স ওফ এ ক্রিটিক ওফ পোলিটিকেল ইকোনোমী" হায়বদুনি। আর্টিকলহুদা মার্ক্সকা পুক্নিং চিংশিনখিবা মতাংদি থোকহন খুৎলাইশিংগী মপু লনাই মীওই থরঙনা ওইনা অমদি লন থুমসি মীওই থরতগী খুত্তা তুংহুনা লৈ হায়বা মতাংসিনি। মরমদি লন্নাই সম্পত্তী লৈতবা সমাজ্জ লাইরবা লৈতবা সমাজ ওইগনি। অদুম্না মার্ক্সনা মাগী ফিলোসোফিকেল ক্রিটিসিজমদা তারকপা ফংহুমক এঙ্গেলসনা বুর্জুবাজি পোলিটিকেল ইকোনোমী ক্রিটিসাইজ তৌবদা ফংখি। মার্ক্সনা পুথোকখিবা থিওরী—শু-নোমলিবশিংতনা সমাজদা অওনবা পুরক্কনি হায়বদু জর্মনদা ইং শোক ১৮৪৪ দা সিলেসিয়ান বিভরসশিংনা মখেয়গী খুৎশুমন অমদি য়ুমলৈ কৈরৈ ফগৎহনবগীদমক্তা অকনবা ঈহৌ হৌরক্কনা নুমিৎ হুম্নি চুপ্না সরকারগী লাম্মীগা থেংনখিবহুনদু থিওরীসি থবক্তা পানশিনবা য়াই হায়বদু মর‍েক শেংনা উৎলে। সিলোসয়ান বিভরসশিংগী ঈহৌসিনদু ইংলেন্দ অমদি ফ্রান্সতদা নত্তনা জর্মনদসু কেপিটেলিজমগী প্রথাসিবু মুৎথৎনবা শু-নোমলিবশিংনা শেম শারে হায়বসি তাকলে।

## রিভোলুশনরী থিওরী পুথোরকপা

শু-নোমলিবশিংগীদমক্তা অকনবা খোংজং অমা চংশিনবা মতম-সিদা কার্ল মার্ক্সনা ফ্রেদরিক এঙ্গেলসপু অশেংবা মরুপ অমা ওইনা ফংজখি। মখোয় অনীগী অহানবা উন্নবসি ইং শোক ১৮৪২ দা Colonge দা Rheinische Zeitung গী ইদিটরিয়েল ওফিসতনি। অনিশুবা উন্নবনা ইং শোক ১৮৪৪ গী আগষ্ট থাদা মার্ক্সকী পেরিসতা লৈবা অপিকপা ক্লেটতুদনি। এঙ্গেলসকী মথৌনা লৈবা, কংথোকপগী মগুন, থনখিবদা লেপ্পা অসিনাচংবা রিভোলুশনরী অমগী চংত্রবা য়াত্রবা মগুনশিং অসিনা মার্ক্সপু শুমহংখি। অমদি মখোয় অনী পুন্দুনা থিওরী কয়া থিজিন হুমজিন্নবা অমদি রিভোলুশনরী ষ্ট্রগলদা মরু ওইবা থৌদাং লৌননবা বারেপনখি লোইননা মখোয় মখোযনা হেন্না থিজিল হুমজিল্লিবা লম হায়বদি মার্ক্সনা ফিলোসোফিকেল রিসার্স মতুংগা এঙ্গেলসনা পোলিটিকেল ইকোনোমীদা ফংলকপা জ্ঞানশিং অদু পুন-শিনদুনা তুংগী মীয়োম্দা পুমনৌ নৌবা আশা অমা পীখি। ওক্টোবর রিভোলুশন মাহপাক্তুনা পৃথিবীদা ইহান হানবা সোসিয়েলিষ্ট সমাজ অমা শাগৎলম্বা ভিঃ আইঃ লেনিননা মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসকী মরমদা অস্তুম্না হায়—

---

☆ সমাজগী শক্তম কয়াৎতি মহাকী ইকোনোমীগী মতেংনা লেনগনি।

—মার্ক্স, এঙ্গেলস

"সাইন্টিফিক কমিউনিজমসি স্কোলার অমদি
রিভোলুশনরী- অনীখক্কা পুথোকলম্বনি অদুগা
মখোয় অনীগী নকশিন্নবা মরীসি মাংলমচৎকী
মীগা মীগগী মরক্তা লৈনবা মরীশিংগী মসুংদা
খ্বাইদগী হেন্না কংথোকপগী গুন্না লৈতেংলবা অমনি ."

পেরিসতা থুংলবা মতুংদসু প্রুসিয়ান সরকারনা মার্ক্সকী মথক্তা য়েংশিনবত্তুদি লেপলমদে। মার্ক্সকী সিলেসিয়ান রিভরসশিংগী ঈহৌবু সপোর্ট তৌত্তুনা ইবা আর্টিকলশিংনা প্রুসিয়ান অমদি ফ্রেন্স সরকার অনীমকপু শাওহল্লম্মী। লোইননা ফ্রেন্স সরকারনা মার্ক্সপু পুং ২৪ গী মসুংদা ফ্রান্স থাদোক্নবা হুকুম থোকখি। ভারা ওইননবা অরৈবা মপোৎ মচৈ য়োম্থোক্তুনা মার্ক্স জেনীগা লোইননা ব্রুসেলসতা চৎখি। পুলিসনা অওৎ-অনৈ কয়া পীত্তুনসু মার্ক্স মানা নিংবা মাইকৈদগী হন্দুনা চংখিদে। প্রুসিয়ান সরকারনা মঙোন্দা তচোবা সরকারগী ক্ষম পী-শিন্দুনা সরকারগী মাইয়োক্তা ইরক্তনবা শন্না হায়রবদা মাবু কৈননবা হোৎনবত্তু মানা য়াখিদে। পেরিসতা তৌবগুম্না ব্রুসেলসতসু মার্ক্সনা রিভোলুশনরী ষ্ট্রগল মথা চৎথখি। বেলজিয়ম সরকারনা মার্ক্সতা মখোয়গী সরকারগা মরী লৈনবা আর্টিকলশিং ইত্তুনা ফোংবা য়াদে হায়বগী অখিংবা পীবনা মরম ওইত্তুনা জর্নেলিষ্ট অমা ওইনা হিংনবগী-দমক্তা শেল তাঙবা ফাওনা য়াহনদে। মরমসিদগী হিংবগী ফিভম খুদোং থিরক্লবদা এঙ্গেলসনা মরুপ মপাং থংন চান্নবদগী শেল থুম থাইজিন্দুনা অমদি মহাক্কী লাইরিক "দ কন্দিশন অফ দি বার্কিং ক্লাস ইন ইংলেন্দ" হায়বত্তুগী রোয়েলটিত্তু পুশ্নপ্পা মার্ক্সতা থারক্তুনা ইমুং-মসুংগী অৱাৎ-অপা মেমখি।

বেলজিয়মদা হোংলককলবা ফাওবদা প্রুসিয়ান সরকারনা মার্ক্সকী মথক্তা অকনবা মিংয়েং চংলম্মী অমদি বেলজিয়ম সরকারদা ফাওবা প্রেসর পীরম্মী। মরমসিদগী মার্ক্স প্রুসিয়ান সিটিজনসিপ থাদোকখি অদুগা মপুন্সি চুপ্পা লৈবাক অমতগী সিটিজনসিপ লৌখিদে। হায়রিবা

মতম অসিদা মার্ক্সকী ইমুং মচুংগী মীশিংদু অতৈম চেক্লককন্নী। পেরিসতা লৈরিঙৈদা মচানুপী অহল জেনী, ব্রুসেলসতা মচানুপী য়াউমা লাউরা অমদি মচানুপা ইদগার পোকখি। মার্ক্সকী ইমুং মচুংদো ব্রুসেলসতা হৌংকপা চহী দা হেলেন দিমুথ কৌবী জেনীগী মপামদা থগক ইন্থাং নোমকপী শুপী অদু মার্ক্সকী খোংগী ইমুং মচুং লোইশিনবদা মতেং পাংবা লাকখি। অনদি মপুংফা চুপ্পা মার্ক্সকী ইমুং মচুংগী মী অমগুম্মা লৈখি।

মার্ক্সনা মাগী বিসার্ব বাক্ত মতেং ওইনবীদমক্তা ইংলেন্দা চংথরিবা কাংলুপকী লড়াই অমদি লমচুগী সমাজগী অমসুং শেল থুমগী কিভম থিজিন চুমজিন্নবগীদমক এঙ্গেলসকা লোইননা ইং শোক ১৮৪৫ দা চয়োল কয়ামক্তম ইংলেন্দা লৈখি। মাথাযনা মানচেষ্টরদা লৈদুনা ক্লাসিকেল ইংলিস পোলিটিকেল ইকোনোমী পুম্না নৈনমিন্নখি। অদুগা Chetham লাইব্রেরিদা অতৈ লেবাকশংদা কয়া দবা লাইরিক কয়া পাবগী থৌদোং চাবা ফংখি। ব্রুসেলসতা হলক্লবা মতুংদা মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা "জর্মন আইদেওলোজি" হৌনা কাইরিক হন্না ইং শোক ১৮৪৫–৪৬ তা ইখি। লাইরিকসিদা মরু ওইনা নৈনরিবা বাকমদি—বেসিক প্রিন্সিপলস ওফ দি মেটিরিয়েলিষ্ট কনসেপশন ওফ হিষ্টোরী, থিওরী ওফ সোসিয়েল দেভলপমেন্ট, দাইএলেকটিকেল মেটিরিয়েলিজম অমসুং সাইন্টিফিক কমিউনিজমনি। অদুম্না মার্ক্সকী অনৌবা ফিলোসোফিকেল আউটলুক হাযবদ হন্থহ সপু পোৎকা মরি লৈননা য়েংবা অদুগা এঙ্গেলসকী সরপ্লস ভেল্যুগী থিওরী অনী পুনশিনদুনা সাইন্টিফিক সোসিয়েলিজম পুথোকখি।

মার্ক্সকী মরুপ ফ্রেন্স সোসিয়েলিষ্ট পাউডার লাকপনা মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা পুখোরকপা সমাজ চৌরকপগী থিওরী অসিনা মহাক মশাবু কয়ামুক যাম্না এমিৎ পাংকনখিবগে হায়বগী মতাংদা অদুম্না পদ্রি- ইচংন

☆ইকোনোমীগী মিয়েংদদি লান হায়বাস জাতীগী শেল থুমগী শরুক থর ঈশিংদা লংথদুনা মাংহনবগুম্বনি। —মার্ক্স

হানবা ওইনা ঐগী পুন্সিদা মীওইবগী সমাজ চৌগৎলকপগী মওং অমদি সমাজগা পোংকা লৈনবা মরি মশিক চুম্না খংবা ঙমলে। মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা ইনৌ নৌবা সমাজ চৌগৎলকপগী থিওরী অমা পুথোরক্লুনা মীয়ামদা থংহনবা ঙমখিবসি মখোয়না মতমচুপ্পী ওইবা লমজিং পুরেন-শিংগী ৱাখল্লোন কয়া— ক্লাসিকেল জর্মন ফিলোসোফি, ক্লাসিকেল ইংলিস পোলিটিকেল ইকোনোমী, ফ্রেন্স উতোপিয়ান সোসিয়েলিজম, ফ্রেন্স রিভোলুশনরী দোক ত্রন অফ ক্লাস ষ্ট্রগল মাচংবনি অদুবু লাইবক থিবদি হায়রিবা লাইরিকসিবু ফোংবিনবা পট্রিশর লৈতবদগী মখোয়না হিংলিঙৈ মতমদা ফোংদোকবা লাইরিক ওইনা উবা ফংখিদ্রে। ইহান হানবা ওইনা লাইরিকসি ইং শোক ১৯৩২ দা জর্মন লোন্দা সোভিয়েট কমিউনিস্ট পার্টি সেন্ত্রেল কমিটিগী লমজিং মখাদা ইনষ্টীটিউট অফ মার্ক্সি-জমনা ফোংলকখি। অদুগা মথংগী চহীদনা লাইরিকসিগী রসিয়ান ইদিশন পুথোকখি। মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসগী দি জর্মন আইদোলোজি অসি শুপ্রোনালবশিং অমদি শেঞ্জাও পাইবশিংগী মবক্তা কাংলুপকী লড়াই থোকলকপা লে ইননা মীওইবগী বাখলনা কনাই ফাওব খন্থতুনা সোসিয়েলিজম হায়বসি চুম্নতগী মং নত্তে অমদি সোসিয়োলিস্ট দোক-ত্রিনশিং অসি শিন্মীশিংগী কাংলুপকী লড়াইগী তোঙান তোঙানবা তাংকক তাশং তশেংনা তাকপা লাইরিকনি। মখোয়না পুথোকলম্বা সমাজ শেমগৎলকপগী থিওরী অসিবু হৌজিকী মতমদা "হিষ্টোরিকেল মেটিরিয়েলিজম হায়না খংনরিবসিনি। লাইরিকসিদা অতৈ মখোয়গী মমাংগী ফিলোসোফরশিংনা খুম্বা ঙম্মদবা পাওথুম কয়া সাইন্টিফিক ওইনা মওংদা ফোংদোকল্লি।

## ওৎপীরবশিংগী পার্টি অমা শাগৎনবগী লম্বীদা

মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা মখোয়না পুথোকপা রিভোলুশনরী থিওরীসি শু-নোমলিবা মীয়ামদা পাক শন্না থংহন্নবগীদমক্তা দেমোক্রেটিক মুভমেণ্টতা শক্তক যাম্লিবা শিন্মীশিংদা শন্দোকলম্মী। মসিগীদমক্তা অহানবা খোংথাং ওইনা ইং শোক ১৮৪৬ কী ফেব্রুবারী থাদা ব্রুসেলস কামউনিস্ট কোরেসপোন্ডেন্স কমিটি কৌবা অমা লিংখৎতুনা জর্মন, ফ্রেন্স, ইংলিস সোসিয়েলিষ্টশিংগী মরক্তা ঈ-পাও ফাওননবা অমসুং মত খেন্নবা লৈবনচিংবা তাথোক থাশিন তৌননবা হোৎনরম্মী। কমিটিসিগী মুংতিগী ওইবা ওফিসিয়েল বাক মার্ক্স এঙ্গেলস অমসুং ফিলিপ কৌবা আর্কাইবগী থবক তৌবা বেলজিয়মগী কমিউনিস্ট অমনা তৌরম্মী মতুংদা ইকুই কুইদনা কমিটি অসি কমিউনিস্টকী রাথলোন শন্দোকপা সেণ্টর অমা ওইবরম্মী। মবমদি মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসকী রিভোলুশনরী দোকত্রিন অসি পৃথিবীগী লৈবাক অতোপ্পা মীওইশিংদগীসু সপোর্ট ফংলম্মী। লাইননা কোরেসপোন্ডেন্স কমিটি কয়া লন্ডন, পেরিস শিলভরি, হেমবর্গ, কোলোন, লেপজিগ অমদি জর্মনগী সহর কয়াদা লিংখৎলকপা হৌনখি। অতুবু রিভোলুশনরী থিওরীসি মীয়ামদা

---

☆রিভোলুশন হায়বসি নিয়মনা পুন্দুনা চৎপনি, হুকুম তৌরগা শাংখোকপা নাদে।

—মার্ক্স

শক্তোকপদা অপনবা কয়া৷ ক্রম থেংনরম্মী। মরু ওইনা পেটি বুর্জুৱাশিংনা নৈহৎপীরবশিংগী ক্লাস-ষ্ট্রগল, পোলিটিকেল মুভমেণ্ট অমদি ট্রেড ইউনিয়ননচিংবা লিংখৎপশিবু শেরাম্নবা মীৎয়েংনা য়েংশম্মী অমস্তং কমিউনিষ্ট খৎনরী সবু শিংনরম্মী। মরমসিদগী মাক্সিজমগী থিওরী মমুৎ তানা থংহন্দুনা রিভোলুশনরী মুভমেণ্টসিদা নিংতম্মদনা শরুক য়াহন্নবগী-দমক্তা বুর্জুৱাকী অমদি অতৈ পেটি বুর্জুৱাগী মাইথোক্তা হনবা লৈতনবা থেংননবগীদমক্তা নৈহৎপীরবশিংবু ওর্গেনাইজ তৌবা তারম্মী।

ইং শোক ১৮৪৬ হৌগৎলকপদা Wilhelm Weitling কৌবা মাক্সিজমগী আইদোলজিগী মাইয়োক্তা লেম্মা জর্মন ৱার্কর অমা ব্রুসেলসতা লাকখি। মার্চ ৩০, ১৮৭৬ তা কমখিবা ব্রুসেলস কমিটিগী মিটিংদা Weitling না জর্মন্দা কমিউনিষ্ট রিভোলুশন থুনা থোকলকদোরে হায়গা এসি মাইপাক্কবগীদমক্তা নৈহৎপীরবশিংদা সাইন্টিফিক নোলেজ লৈহন্বা অমদি ওর্গেনাইজ তৌবগী কান্নবা লৈতে হায়খি।

মার্ক্সনা Weitling গী মত অসিবু মপুং ফাবা থুদম পীদুনা হায়র্দ—

"নীতী অমবু মীয়ামদা শক্তোকপা মতমদা
ধর্মগী পুরোহিতনা পীবা পাওতাক খুদিংমক
ধর্মতত্ব চংশিনবা কাংবুনা করিগুম্বা অমতা
শিংনবা তৌদনা লৌবা অঙ্গুম্বা তৌবা
তারগদি শেঙ্গাও পাইবগী সমাজ অসিবু
নমথবা তঙমলোই" হায়খি।

মার্ক্স অমস্তং এঙ্গেলসনা Weitling গী অচাওবা ৱাখল্লোন অসিবু সমালোচনা তৌবা অসিনা সাইন্টিফিক কমিউনিজমবু পাক শন্না মীয়ামদা শক্তোকপদা মতেং পাংলম্মী। অমদি রিভোলুশন হায়বসি ওর্দর তৌদুনা থোকহনবা য়াদে হাওবা মার্ক্সকী মতসিগী মতিক চাবা সপোর্ট কংলম্মী। ইং শোক ১৮৫০ য়োরমদাইদা জর্মনী মচৈশিংমশিং য়াম্না হৈরবা মীওই কাংবু অমনা, (অশেংবা সোসিয়ালিষ্ট

হায়না মার্ক্সিজমবু হৌদে কথবশিংনা ফাগী ওইনা থোনবীব ) পৃথিবীদা লৈরিবা মীয়ামশিনা ১না অমবু শুংশিলগী থাখকসি লৈরবদি কেপিটেলিজম্না থোকহল্লিবা ভেম্নবা কয়াসি কোকহন্বা ভমগনি কোংদোকথি। মথোয়গী মত ১তুং ইন্না মীওইবগী একটিভিটিসি শরুক অনি থোক্না খাইদোকই— 'থবক শুবা' অমদি 'মুংঙাইথোকপা'। অতুগা শুরি নোমজিবশিংনা তাঙ্গিবা অবা অনাগী দশা কয়াসি মথোয়গী ময়াইবক্তা ভমলকলবনি। মার্ক্সনা মথোয়গী থাজাও ভাংবা থাখল্লোন অসিবু শিংনরদুনা সমাজদা থোকলিবা অবা অনা কয়াসি কেপিটেলিষ্টশিংনা পুথোক্লিবা পোৎথোক্কী চাংগা মরি লৈনৈ হায়খি। হায়রিবা মতমসিমক্তদা মার্ক্স ফ্রেঞ্চ পেটি বুর্জুয়াজী সোসিএলিস্ট Pierre Joseph Proudhon অমদি মাগী মতুং ইনবাশিংগী থৌশিল হায়বাদ কেপিটেলিজমগী প্রথা হোংদোক্লনা শুর নোমাজবশিংগী ফীভম ফগৎহনগনি হায়দুনা চোংথোরকলিব কাংবাসবু থ ঙব তারম্মী। মথোয়গী মতৌ লনাই মীওইশিংনা থোকহনব খুৎলাই অমদি পোৎথোক্কী মপু ওইনা লৈরবতদা থৎশুমন অমসুং থবক্কী মরক্তা লৈনরিবা মরি অসি কাহদনা থম্না ভমগান হায়রবসি। Proudhon না মাগী মতাসিদি সিষ্টেম অফ ইকোনোমিক কন্ট্রাডিকশন নত্রগনা দ ফিলোসোফি অফ পোভর্টি হায়ন'খংনব লাইরিক অমা ইং শাক ১৮৪৬ তা ইদুনা ফোংদোক্লকখি। মার্ক্সসু Proudhon গী লাইরিকসগী মতিক চাবা পাৎখুম ওইনা "দি পোভর্টি অফ ফিলোসোফি" হায়বা মীযাম পাক শম্না খংনরবা লাইরিক অমা ইংশোক ১৮৪৭ তা ইখি। লাইরিকসিগী মমিংসিমক্তা তাকলিবসি Proudhon গী ফিলোসোফিসিদা মচং ওইবা মচাক থাৎপা অমদি চৎনবা য়াদবসিবুনি। মার্ক্সনা মাগী দি পোভর্টি অফ ফিলোসোফিদ মর ওইনা নেনরিবসি হায়দগী হেন্না মরিক চুমজবা সাইন্টিফিক কমিউনিজমগী থিওরী, ইতিহাসপু পোৎব মরি লৈননা য়েংবা অতুগা ক্লাস স্ট্রগল অমসুং সোসি যালিষ্ট রিভোল্যুশনগী চৎনবীশিং

☆রিভোল্যুশন হায়বসিদি মীয়াম্না তৌগদবনি পটি অমনা রিভো-ল্যুশন তৌবা ঙমদে। —মার্ক্স

লাইব্রিকসিনা তুংদা ইরকখিবা মার্ক্সকী কাওরবা লাইব্রিক কেপিটেলগী মুখকম থোনখি। অমুম্বা মার্ক্সকী শু-নোমলিবশিংগী ইহৌগীদমক্তা হনবা লৈতনা হোৎনবশিংগী মচৈ ওইনা ওৎপী নৈবীরবশিংগী পার্টি অমা শেম্নবগী লম য়ানখি। ইং শোক ১৮৫০ য়োম্নমদাইদা ইংলন্দা মহৈ মরোংগী পোৎথোক হুন্দুরকপদগী থোকপা ইকোনোমিক ক্রাইসিসকী চৈথেং ইউরোপ পুম্বদা ফংলম্মী অমদি শিন্মী লোমীশিংনা পোলিটিকেল দেমোনষ্ট্রেসন কাওবা চংলম্মী। মফম মতম খংলবা মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা ইউরোপতা ফিউদেল সিষ্টেমসি মুথৎনবগীদমক্তা রিভোলুশন অমা থোরকপা য়াবগী তাঞ্জাহু উরম্মী। অমদি শু-নোমলিবশিংবু লৈবাকী রাজনীতিদা য়াওহনবগীদমক্তা নৈহৎপীরবশিংগীদমক্তসু পোলিটিকেল ওর্গেনাইজেসন তৌবগী চপ চাবা পুংকম লাকলে হায়বসু খংখি। ইং শোক ১৮৪৭ কী অহৌবা শরুক্তা মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসপু ইং শোক ১৮৩৭ তা পেরিসতা রাজনীতি মীচেলশিংনা লিংখৎখিবা ইকভালস লিগকী লেফট বিংনা শেমখিবা ওর্গেনাইজেসন - লিগ ওফ দি জষ্টিতা য়াওবীনবা খংহল্লকখি। মথোয় অনীনা লিগসিদা য়াওদুনা ওর্গেনাইজেসনসি নৌহৌনা শেমগৎতুনা ওৎপীরবশিংগী পার্টি অমা শেমগৎনবা হোৎনখি। মখোয়গী থবকসিদা লিগকী খুমাং চাওশিল্লবা মেম্বরশিংনা মতেং পাংখি। মখোয়নীগী লমজিং মখাদা লিগসিগী পান্দম, পনথুং অমদি মেম্বরশিংগী থৌদাংশিং মযেক শেংনা ইথোবখি। ইং শোক ১৮৪৮ কী জুন থাদা লন্দন্দা ফমাখবা মীতিন্দা লিগ ওফ দি জস্ট কৌরম্নদগী কমিউনিস্ট লিগ হায়না মমিং ওন্থোকখি। মার্ক্স শেল থুমগী ফিভম ফতুবদগী লন্দনগী মীফমসি য়াওবা ঙমখিদ্রবসু মাগা লোইনবশিং অমদি এঙ্গেলসনা তিল্লিবা দেলিগেটশিংদা মার্ক্সকী রিভোলুশনগী প্রিন্সিপলশিং মযেক লানা থমখি। মীফমসিনা মীয়ামদা ফোংনা লাওথোকখিবা বাফমশিংদি— বুর্জুবাজিগী সাসন মুথৎতুনা ওৎপী নৈনীরবা কাংলুপকী সাসন লিংবা, লাইরবা অমদি ইনাক খুনবগী মরক্তা খেন্নবা থমলিবসি মুথৎতুনা মীগ মীগগী মরক্তা খেন্নবা লৈতবা সমাজ অমা শেমগৎপনি। কমিউনিস্ট লিগকী অনি শুবা

মীকম ইং শোক ১৮৪৭ লোইরমদাইদা লন্দনদা ফমখি। হুমিং ১০ নিগী মীফম অসিদা মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলস্না কমিউনিস্ট লিগকী প্রোগ্রাম কয়া মরিক চুম্না য়াংথে ক্লবা "মেনিফেস্টো অফ দি কমিউনিষ্ট পার্টি" পুথোক্কখি। মার্ক্সনা নৈহৎপীরবশিংগী মুক্তীগীদমক্তা কমিউ-নিজমলোমদা লাক্লবা হনবা লৈতনা হোৎনবসিদা কমিউনিস্ট লিগকী মেম্বরশিংনা মাবু "ফাদর মার্ক্স" হায়না থংনরম্মী। মাগী মরুপ ফ্রে-ড্রিক এঙ্গেলসনা মাগী নিংশিং রাবীদা অস্তুম্না হই— "মার্ক্স মতমদুদা চহী ২৮ লোমগী মীযাম ওইনা চাওবা, মরেং ফনবা, মশা-মউ ফবা অমদি মীৎয়েং শানবা শম্না হায়রবদা পোকপদগী লোইনবক্লবা মীয়ামবু লুচিংগদবা গুন কয়া য়াওরবা মীশকনি। মহাক্কী রাভাং-রাতা শমই, অতুগা রাইহ পরেং খুদিংমক অর্থ চেল্লি।"

মার্ক্সনা শেমগৎপদা ভাইরিবা সরগারনা অখিংবা পীরিবা পার্টিসি পাকথোক চাওথোকহন্দুনা শং-নোমহন্দুনা মীযামগা চেংশিনবা মগী থম্নবা হোৎনগদবনি হায়রম্মী। ইং শোক ১৮৪৭ কী আগষ্ট থাদা মার্ক্সনা এঙ্গেলসকা লোইননা জর্মন বার্কর্স সোসাইটি কৌবা ওর্গে-নাইজেসন ১ লিংখৎখ। সোসাইটিসিগী মেম্বর মশিং সি অস্তুম হেঙ্গৎ-লকলম্মী। মার্ক্সনা সোসাইটিসিগী মিটিং খুদিংমক্তা যাওরম্মী অমদি সোসাইটিসিদা মানা পানথাকখিব লেকচর মযামদু পুনশিল্লগা কোম্না, বেজ, লেবর এন্দ কেপিটল হায়বা মীযামনা খংনরবা লাইরিক্তু ফোং-দোকলকখি। হৌরকপদগী হৌনা মার্ক্সনা ওৎপীরবশিংগী ঈহৌদা অচৌবা থৌদাং লৌনা অমদি সমাজদা অওনবা অমা পুরক্লবগীদমক্তা হোৎনবগীদমক্তা মীযাম্না শক খংবা ওংম হেঙ্গৎহল্লম্মী। ইং শোক ১৮৪৭ কী নবেম্বর থাদা পাংথোকখিবা ব্রুসেলস দেমোক্রেটিক এসো-সিয়েশনগী মীখলদা মার্ক্সপু এসোসিয়েশনসিগী ভাইস-চিয়ারমেন খনখি। মার্ক্সনা অনৌ-অনৌবা মীওইশিংবু এসেসিয়েশনগী মেম্বর

---

☆ মার্ক্সিজম অসি অমুক্কী মাতিক শক্তী লেপ্পে মরমদি মসি অচুম্বা ওইবননি।

—লেনিন

ওইহন্দুনা এসোসিয়েশনগী মপাঙ্গল কনখৎনবা অমদি লৌয়াম চাবশিংগী মাইয়োক্তা পুন্না হৌননবা মরা চেৎপা প্লেট ফোর্ম অমা শেমজম্মী। অমুম্না মার্ক্সনা হাংনবগী মপান্না ব্রুসেলস দেমোক্রেটিক এসোসিয়েশন অসি মালেমগী দেমোক্রেটিক মুভমেন্টতা মরু ওইবা মফম লৌরম্মী।

ইং শোক ১৮৪৮ গী ফেব্রুবারী থাদা মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা ইবা "মেনিফেষ্টো ওফ দি কমিউনিষ্ট পার্টি" লন্দন্দা ফোংখি। ১৯ শুবা শতাব্দিগী ময়াই চল্লকপা মতমসি কেপিটেলিজম মরাই হাইগৎলকপা মতমনি। বুর্জুবাজীশিংনা সমাজদা মখোয়গী থাক অহুম বাংদুনা লৈগনি অমদি লনাই সম্পত্তী লৈবগী চৎনবী অসি মুথৎপা ঙমলোই খনবা মতমনি। মখোয়না পুলিসকী মতেংনা সাইন্টিফিক কমিউনিজমগী বাখল্লোন শন্দোকপা কাংবুবু নমথগনি খল্লম্মী। অতুবু ইথংখংহৌদনা কমিউনিষ্ট পার্টিগী মেনিফেষ্টো অমা পুথোরকপুনা ইফোংফোংনা হৌজিক্কী ওইরিবা সমাজগী ফিভমসিবু হোংদোক্লবগী দমক্তা বুর্জুবাজিগী সিষ্টেমসি মুথৎকদবনি হায়না শিংনকোল। মেনিফেষ্টোসিগী অরোইবা বাহৈদি-মালেমগী শুদ্নে মশিবাশিং পুন্নসি হায়বা খোল্লাওসিনি।

মার্ক্সকী বাখল্লোনসিবু মীয়ামদা শন্দোকপদা কমিউনিষ্ট লিগনা মরুওইবা থৌদাং লৌরম্মী। লিগসি ইহান হান্না সময়ানাখবা রিভোলুশনরীশিংগী কমিউনিজম নৈনফম ওইখি অমদি ক্লাসলেস সোসাইটি অমা শাগৎপদা লোইননা সোসিয়েলিজমগী বাখল্লোন শন্দোকপদা কমিউনিষ্ট লিগ মেম্বরশিংনা লময়ানবা ওইরম্মী।

ফিলোসোফরশিংনা মালেম অসিবু মখোয় মখোয়গী পান্থবা মওংদা মশক তাক্লকই। অদুবু মসিবু হোংদোকপনি মরুওইবা মথৌ।

ফিলোসোফরগী খুদিংমক্কা সংসার অসিবু
মানা মানা পামজবা মওংদা মশক তাক্লবা
হোংনৈ। তৌইগুম্বমতুং মতুংদদি মসিবু
হোংহনবা হোংনবনি।        —মার্ক্স

## মার্ক্স অমসুং ফিলোসোফি

অঙনবা মতমদগী ফিলোসোফরশিংনা তোঙান তোঙানবা মওংদা ফিলোসোফিগী মশক তাক্লুনা লাকলি। মখোয়গী মরক্তা থরনা য়াম্না লুশিন্না মীচম প্রজ্ঞানা থংবদা বাবা মওংদা অদুগা থর অমনা হল্লাই লায়বা মওংদা ফিলোসোফিবু মশক তারবা হোংনৈ। অমবু ওইবে অমবু ওইরে-ফিলোসোফি, মীওইবগী বাহংগা মরি লৈনবা বিষয়নি। মীওইবা যুক্তপনা থুন্দা লৈতাজুনা লেরকপদগী ফিলোসোফি হায়বসিগুম অদুম লোইনজুনা লাকলবনি। মরুনাদ মৈহৌরান্দগী হৌনা মীওইবনা বাহং কয়াগী পাওখুম পিজুনা লাক্লি। চাওখৎলকপগী মতুং ইন মীওইবগী মীয়েং অমদি বাহংগী মওংদা খেন্নবা কয়া লাকলে। মপুংদা ফিলোসো-ফিদা হংলিবা মরুওইবা বাহংদি মেটর (পোৎ)গা কনশিয়সনেসকা (রাখল) লৈনরিবা মরি অসিনি।

মীওইবগী বাহং কয়াগী পাওখুম থিন্নিবা নত্রগা পীরিবা মীওইশিংবু ফিলোসোফর হায়না মীয়াম্না খংনৈ। মার্ক্স ফিলোসোফরশিংগী মরক্তা অথোইবা অমনি। মখোয়দি মহাক্না ফিলোসোফিদগী ওইবা বাহংদা

নত্তনা অতৈ লম কয়াগী বাহংশিংগী পাওখুমশু খুমখি। মার্ক্সকী মমাংদা লৈরম্বা ফিলোসোফর কয়ানা মেটর অমদি কনসিয়সনেসকী লৈনরিবা মরি অসিগী পাওখুম কয়া পীতুনা লাকখি।

ফিলোসোফিদা য়ুমফম ওইরিবা বাহং মেটর অমদি কনসিয়সনেস-অসিগি কয়ম্বনা হাল্লি হায়বগী মতাংদা পীবা পাওখুমগী মতু-ইন্না ফি-লোসোফরশিংসি মপুংদা কাংলুপ অনী আইদিয়েলিস্ট অমসুং মেটিরিয়ে-লিস্ট হায়না তানতুনা লাকই। আইদিলিষ্টশিংনা তাইবংপানবা অসি বাখলদগী থোকপনি, বাখলনা পোংতগী হাল্লি হায়না অকনবা শাফু পীতুনা লাকই। অমরোমদা মেটরিয়েলিষ্টশিংনা তাইবংপানবদা লৈ-রিবা খুদিংমক বাখলগী মথা পোন্দবা ভাক্তনি, পোংনা বাখলদগী হাল্লি হায়বসিনি। কার্ল মার্ক্সকী মমাংদা লৈরম্বা ফিলোসোফর অয়াম্বা আইদিয়েলিষ্ট ওইবা মীয়েংসিদগী নানথোকপা ঙমনখিদে। মার্ক্সনা ফিলোসোফিবু কয়াম থরাই য়াওনা নেনবগে হায়বসি মহাক্না বার্লিন ইউনিভর্সিটিদা তমলিঙৈদা মপাদা ইখিবা চিঠিদা পনখিবা "ফিলো-সোফি হায়বসি য়াওত্রবদি ফরিগুম্বা হীরম অমদা চংশনবা শুকয়া য়াদে" হায়বসিমক্তা ময়েক শেংনা তাকলে। ফিলোসোফিনা মীওইবগী বাখল অমদি থবক্তা অকনবা চৈফু পী হায়বসি মার্ক্সনা থংখি।

মার্ক্সকী মমাংদা লৈরম্বা মরুওইনা ফ্রেন্স অমদি জর্মনী মেটরি-এলিস্ট ফিলোসোফরশিংনা মীওইবগী অরা অনা কয়া কোকহনগদগে হায়বগী পাওখুম পীরকখিবতুনা মতমতুগী মীয়ামদা অনৌবা বাখল কয়া পোকহল্লকপা ঙমখি লোইননা ইউরোপকী তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা ঐতিহাসিক ওইরবা রিভোলুশনশিং শোক ১৮৩০ দা ফ্রেন্সতা বুর্জ্জুবাজি রিভোলুশন, লোইননা শোক ১৮৩২ অমদি ১৮৩৪ দনা লিওনস সিল্ক ইন্দষ্ট্রীদা থবক শুবা শীম্মীশিংগী অকনবা ঈহৌনা ইউরোপকী মফম পুম্নমক নিলহনখি।

১৮ শুব শকাব্দগী লোইরমদাই অমদি ১৯ শুবা শকাব্দ হৌগৎ-লকপদা লৈরম্বা জর্মন ক্লাসিকেল ফিলোসোফরশিং মরুওইনা ইমা-নুয়েল কান্ট, ফিচটে, ফ্রেদরিক হেগেল, লুদবিগ ফিউরবাকমচিংবগী

রাখল্লোনদা জর্মন্দা বুর্জ্জুরাজি রিভোলুশন অমা পুরক্কবগী শেমশাবদা চাওনা তেংবাংখি।

জর্মন ক্লাসিকেল ফিলোসোফিগী যুমফম থোনখিবা ফিলোসোফর ইমামুয়েল কান্ট (১৭২৪-১৮০৪) নেহেরেজ সাইন্সপু খংনবা কন্না হোৎখিবা মীশক অমনি। মহাক্না সৌরজগত করম্না ওইরকখিবগে হায়বগী পাওখুম অমুম্না পী "উফুল রাইথুল অমদি মনিলভুগী ওইবা মপৈ অমগী মমুংদা য়াওজবা মহৌশাগী ওইবা শক্তীশিং অমুনা সৌরজগৎ ওইরকপনি"।

কান্টগী ফিলোসোফিদা য়াওরিবা মরুওইবা রাকমদি মেটর (পোৎ) হায়বসি মশানা অমুম লৈজরবনি। অমুবু মসিদি ঐখোয়না খংবা য়াবা পোৎ ওইবা য়াদে হায়বসিনি। অসিগুম্বা মখল মথেল কয়ানা থন্না লৈরবা তাইবংপানবা অসিবু কান্টনা মহৌশা হায়না খোল্লি। মহাক্কী মতী রাখল (কনসিযসনেস) অসি য়াওদনা তাইবংপান লৈবা য়াদে। অমুগা ঈশ্বর লৈ-লৈতেগী মরমদা সাইন্সনা বিচার তৌবগী 'হক লৈতে' ধর্ম্ম (রিলিজন) হায়বাসিতনা ইশ্বরগী মশক খংবা ঙম্মী হায়রসি মহাক্কী থাজবনি। মরমদি ধর্ম্মনা মীওইবগা ইশ্বরগা পুনশিনহনবা ঙম্মি, ধর্ম্মতনা অৱাবা, মুংঙাইবা, অনাবা ফাওরিবা মখোয় অসিদগী নানথোকহন্দুনা পুরিংগী ঙপাথা অমু ফংহনবা ঙম্মী ঙসিগুম্বা কান্টগী হেন্না আহাদয়েলিস্ট ওইবা নিয়েং অসিদগী মহাকপু আইদিযেলিস্ট ফিলোসোফর ওইনা লৌনৈ।

আইদিযেলিষ্ট ফিলোসোফিগী মথন অমুক্কা হেন্না হাপখিবসি জর্মন ফিলোসোফর ফ্রেদরিক হেগেল (১৭৭০-১৮৩১) নি। মহাক বার্লিন ইউনিভর্সিটিদা (১৮১৮-৩১) ফাওবা ওঝা ওইরম্মী। মপুংদা হেগেলগী ফিলোসোফিদা নৈনরিবা ১৮ শুবা শকাব্দগী লোইরমদাইগী

---

☆শান্তিপুরন ওইবা লম্বীনা, অন্দোলননা হেন্না থুনা অমসুং শোয়দনা য়ারগদবা থবক্কুদা খুংলাই পাইরগা তৌগনি হায়রবদি অঙাওনা তাগনি। —মার্ক্স

১৯ শুবা শকাব্দ হৌগৎলকপা ফাওবদা ইউরোপকী লৈমাকশিংদা পুরকখিবা ইতিহাসকী ওইবা অহোংবশিংচুনি। ফিলোসোফিদা দাইলেক্তিক্স মেথোদ হাযবসি মহাক্না হৌদোকলম্বনি। হেগেলগী মত মতুং ইন্না তাইবংপানবা অসিদা লেংলি-পাল্লিবা কয়া অসি য়াম্না অপিকপা অচম্বা মওং ওইরম্বদগী অমুম অমুম চাওখৎলকপনি। অসিগুম্বা প্রোসেস অসিদা মায়দবা অনৌবা শকলোন কয়া তোপ তোপ্পা মওংগা লোইননা থোকলকই অদুগা হান্না ওইরম্বা কয়া মাংখি। হেগেলনা মাগী দাইলেক্তিক্স মেথোদ অসি মীওইবা সমাজগী অমুম অমুম চৎথরকলিবা ইতিহাস অসিদা পানশিল্লগা লৈনবনি। অসিগুম্বা দাইলেক্তিক্স মেথোদ পুথোকখিবা ফিলোসোফর অসি আইদিয়েলিস্ট অমনি হায়বসি মহাক্না পুম্নমক্কী হৌরকফমদি স্পিরিট নত্রগা এবসোলুট আইদিয়ানি হায়না ফোংদোকখিবসিনা তাকলে। মহাকী মত্তা সংসার অসিদা হোংলকখিবা শকলোনশিং অসি এবসোলুট আইদিয়া অসিগী শকলোন হোংলকপদগীনি। মসি মথং মথং অনৌবা শকলোন অমমুক থোরকনিংঙাই লৈত্রবা ফাওবা চৎথগনি। অদুম্না চৎথবকপা অসিনা এবসোলুট আইদিয়াগী মখুংদা য়াওরিবা পুম্নমক অনৌবা অমদি তোঙানবা বাখল কয়া ওইনা থোরক্লবা মতুংদা এবসোলুট আইদিয়া অসি মেটরিয়েল ওবজেক্ট ওইরকই। অসিগুম্বা মেটরিয়েল ওবজেক্টশিং অসিদগী নেচর ওইরকখি লোইননা নেচরদগী তোঙান তোঙানবা ফেনোমেনন কয়া থোরকখিবনি। অদুবু হেগেলগী ফিলোসোফিগী খাইদগী চাওবা অশোযবদি মাগী ফিলোসোফিগী রাজনৈতিক য়েংবা মীযৈং মতুদি সমাজ চাওখৎলকপগী থৌদাং অসি নিংথৌ অমদি অঙম অথৌ থরগী থৌদাং ওইনা পল্লম্বা অদুনি।

মার্ক্সনা বার্লিন্দা লৌ তম্বা চৎত্রিঙৈদগী হৌনা হেগেলগী ফিলোসোফিগী মরমদা খরমথৈ খংল্লে। মহাক্না মমুৎ তানা হেগেলগী ফিলোসোফি লৈনবা হৌখিবসি হেগেলগী মতুংইনবশিংগী মরক্তা মত খেন্নরকপদগী তোঙাননা থোরকখিবা লেফট বিং গ্রুপ অয়াম্বা য়ং হেগেলিয়ানসহায়না খংনবশিংদুগা শোক ১৮৩৭ তা বার্লিন্দা উনখিবদগীনি।

হেগেলগী মথংদা থোরকখিবা জর্মন ফিলোসোফর লুগরিক ফিউরবাক (১৮০৪-৭২) মেটারিয়েলিষ্ট ফিলোসোফরনি। মহাক্না হেগেলগী দাইএলেক্টিক্স মেথোদ লৌইননা মাগী ফিলোসোফিগী পাঙথোকশিং য়ারম্দে। ফিউরবাক্কী মত্তা হেগেলগী এবসোলুট আইদিয়া হায়বসিদি মীওইবগী রাখলনি। রাখলনা মীওইবগী হকচাংদগী তোঙাননা খায়দোকখ্রগা মতেংমতা লৈতবা উমপ্রবা মতুংদা সংসার অসি ওইরকখিবনি। হেগেলগী এবসোলুট আইদিয়া অসিগা থিওলোজিদ য়াথাংবা ঈশ্বরগা করিমতা খেন্দ্রে। ফিউরবাক্না মেটিরিয়েলিষ্ট ওইবা মীয়েংদগী হায়রিবদি—মীওইবগী খোপনা তৌরিবা মথৌ রাখল খনবা হায়বাস মীওইবগী হকচাংগা মরি লৈনদনা লতোমত। কৈরুনা ভম্বা হায়বসি ওইথোক্তে। রাখলগী মথোদ স্প্ রিচুয়েলগা মেটারিয়েলগা শমংহনবনি। মেটিরিয়েলনা (থোপ্পা হান্না কৈফম থোকত অদুগা রাখল (Consciousness) না কোন্না লাক্লদবনি। মথোয়নি খেন্নরিবসি হেগেলনা মহাক্কী ফিলোসোফিগী খ্রম এবষ্ট্রেক্ট স্পিরিট তা ওইবা অদুগা ফিউরবাক্কীনা মীওইবা অমত্তুং মহোশদা ওইবা অসিনি।

ফিউরবাকনা মাগী ফিলোসোফি অসি মীওইবগী মরমদা লৈনবা রাহং কয় দা যুক্ষম ওইরগত্রু সমাজগা মীওইবগা লৈনরাবা মরি অসিদি মহাক্না টাখদে।

মার্ক্সনা মাগী নমাংদা লৈরম্ব ফিলোসোফর কয়াগী রাখল্লোন অসি মমুৎ তানা লৈনরবা মতু দ য়াম্না লক ওইবা ফিলোসোফিগী রাহং—মীওইবগা ফিলোসোফিগা লৈনবা মরি অমদি মীওইবা সমাজদা ফিলোসোফিগী থোদাং কবিনৌ খংনবা হোৎনখি। মার্ক্সনা মীওইবা সমাজ কয়া দন্দপ শৌরকৃংগে হায় সি লৈননবগীদনক্লা হেগেলগী দাইএলেক্টিক্সপু মরুওইবা খুৎলাই অমা ওইনা শিন্নৈ। রাহং অমিগী মথা তাবকপা ওইনা মার্ক্সনা হংখিবা অতোপ্পা রাহংদি—অতোপ্পা অনৌবা মগুন কয়াগা লোইননা দেভলপ তৌরবা মীওইবগী সমাজ

☆অরিনা পোৎশক অমনা ফিভম থরগী মথাদা ওন্দবা হোংদবা য়ারক্তবদা রিভোলুশন থোকলকই। — লেনিন

অসিদা মীগা মীগী মরক্তা খেন্নবা লৈত্রবা সমাজ অম, করম্না ওইরকপা য়াগদগে হায়বসিনি। মার্ক্সনা মাগী দোক্তরেল থিসিসতগী হৌরদুনা মথং মথং Rheinische Zeitung গী ইদিটর ওইনা ফিলোসোফিদা য়ুম্ফম ওইবা আর্টিকল কয়া—দি ফিলোসোফিকেল মেনিফেস্টো ওফ দি হিষ্টোরিকেল স্কুল ওফ লো, দিবেটস ওন দি লো ওন থেফটস ওফ উদ, প্রিলিমিন্নরী থেসিস ফোর এ রিফোর্ম ওফ ফিলোসোফি, এ ক্রিটিক ওফ হেগেলস ফিলোসোফি ওফ লোনচিংবা ইহুনা ফোংখি। মপুংদা মার্ক্সনা মাগী আর্টিকলশিংদা নৈনরীবসি মতমতুগী সমাজগী প্রথা লোই-ননা মতু হোংদোকপগী তঙাইফদবহুনি। মথা তারকপদা এঙ্গেলসকা পুম্না শোক ১৮৪৪ দা দি হোলি ফেমিলি ইতুনা ১৭ শুবা শকাব্দদগী ১৯ শুবা শকাব্দগী মযাম ফাওবগী ফিলোসোফিগী বাখল্লোন নৈনহুনা মেটরিয়ে-লিজমগা আইদিয়েলিজমগগী মরক্তা চাওনা খেন্নবা লৈরিবা লোইননা মেটরিয়েলিজমগা সোসিয়েলিজম অমদি কমিউনিজমগা লৈনরীবা তৎনথানবা য়াত্রবা মরিগী মতাংদা শন্দোক্না তাকপা লাইরিক পুথোক-খি। শোক ১৮৪৭ তনা প্যেরি জোসেপ প্রাউদোনগী ফিলোসোফি ওফ পোভরটিগী পাওখুম ওইনা মার্ক্সনা পোভরটি ওফ ফিলোসোফি ইতুনা দাইলেকটিকেল মেটরিয়েলিজমগী মরুওইবা কয়াংশং নৈনখি। দি জর্মন আইদোলোজিদনা মীওইবা সমাজনা খুন্দা লৈতাহুনা লৈরক-পদগী মথং মথং অহোংবা কয়া লাক্নুনা মাম্নবা খুম্নাই অমা লাকপা ফাওবগী মতাং নৈনহুনা উৎলি অহুম্না মার্ক্সনা আচৌ-পীশক, লাইর-ইনাকখুনবগী খেন্নবা লৈতবা চাথুং-ফিথুং মাহনা হিংমিন্নবগী সমাজ ১গী শক্তম য়াংতুনা মীওইবগী অরা-অনা পুম্নমক মথৎখিনবগী নিত্তিদা য়ুম্ফম ওইব ফিলোসোফি — হিষ্টোরিকেল মেটরিয়েলিজমগী য়ুম্ফম থোনবা হৌখি।

মীয়াম্না মীকপ খোকক্রিঙৈ শৌগৎপীরবক্রিঙৈদা রিভোল্যুশনরী থৱতনা হায়না চোংশিল্লুনা হায়রবসি অপংবা তাবদি লাইরহনা মীহাৎ-মীপুনগী মরাল লৈবক্তুম ওইগনি। —লেনিন

## শোক ১৮৪৮ ৪৯ দা ইউরোপকী লৈবাকশিংদা রিভোল্যুশনরী মুভমেন্ট

মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা মেনিফেষ্টো ওফ দি কমিউনিস্ট পার্টি ফোংলকপা মতমসিদা ইউরোপকী তোঙান তোঙানবা লৈবাকশিংদা মীযামগী রিভোল্যুশন থোকলকপগা তাঞ্জা চান্নরম্মী। শোক ১৮৪৮ গী ফেব্রুৱারী থাদা মীয়াম হোরক্লুনা ফ্রান্সতা লুই-ফিলিপকী নিংথৌ সাসন মুৎথক্লুনা রিপব্লিক লাওথোকাখ চহীসিংকী মার্চ ১৩ অমদি ১৮ দা অষ্ট্রীযাগী কোন্নুং ভিয়েনা অমদি প্রুসিয়াগী কোন্নুং বার্লিন্দা মীয়াম হোরক্লুনা অষ্ট্রিয়াদনা নিংথৌবু কনষ্টিটিউশন শেম্নবগীদমক য়াইন-খিবা লোইননা প্রুসিয়াদনা ওপোজিশন বুর্জুৱাজি সরকার অমা লৈহল্লকপা ঙমখি। অতূনগী রিভোল্যুশনগী মৈয়াসি মথং মথং জর্মনগী স্টেটশিং, চেক লৈবাকশিং, হঙ্গেরী, ইটালিগী নিংথৌ পানবা লৈবাক মচাশিং অমদি পোলেন্দনচিংবদা শন্দোরকখি। রিভোল্যুশনশিং অসি হোরকখিবগী মরুওইবা মরমদি মতমসিদা কেপিটেলিজমগী মরাক্ত হায়-গৎলকপা লোইননা নিংথৌ শাসনগী শুপ্নম নিত্তিস্ত অয়োৌবী থাক য়োৌ-থৎলকপদগীনি। মতমসিদা মার্ক্স ব্রুসেলসতা লৈরি। মার্ক্সকী কো-

বার্কের ফ্রেদরিক লেসনরনা ফ্রান্স রিভোলুশন মাইপাকতবপদা অহুম্মা হায়খি— ফ্রান্সতা রিভোলুশন মাইপাকপসিদা ঐখোয়না ঐখোয়গী পুন্সি অমদি লৈজবা পুম্ব মীওইনা কাংলুপকী নিংখা তমহন্নবগীদমক কৎখোকলবনি। মার্ক্সনা ব্রুসেলস দেমোক্রেটিক এসোসিয়েশনগী মাইগৈদগী ফ্রান্সকী রিপব্লিকান গভর্নমেন্টতা থাগৎ-বাহৈ থাখি। মতমাসদা ব্রুসেলসতা লৈবা জর্মন রাজনীতি মীচেলশিংনা বেলজিয়মগী অওনবা পাম্বা মীওইশিংগা পুন্দুনা রিভোলুশন তৌমিন্নবা লেপনখিরম্মী। অদুবু মতিকচাবা খুৎলাই লৈরমদে। মরমসিদগী মার্ক্সনা মশাগী ইমুং-মনুংদা তারগদৌরিবা অরা অনা নাচুংবা তৌদনা মাগী মপা মপুগী সোতোগী অয়াম্বা শরুক মখোয়দা দান তৌখোকলম্মী। অসুম্মা মার্ক্স অমসুং জেনীনা মখোয় মশাগী ইন্টরেস্টপুদি মীয়ামগী ইন্টরেস্টনা মাং থানা থমদুনা রিভোলুশনগী স্ট্রগল মাইপাকবা হোৎনখি। ইউরোপকী মফম কয়াদা রিভোলুশন থোরকলবা মতমসিদা কমিউনিস্ট লিগকী সেন্ট্রল কমিটিনা লিগনা পাইখৎকদবা থৌরমশিংদা মার্ক্সনা লমজিংনবা লেপনখি। বেলজিয়মদসু জেবাকসিগী ফত্ত লৌশিং চেনবা নিংথৌ লিওপোলদনা মীয়াম্বু য়াত্রবাদ মহাক সিংহাসন থাদোকপা য়ারে হায়না লাওথোকলম্মী। অদুবু মাগী খোংনৌলাম্মী থাদোক্নুনা সহরদুদা মিটিং তৌবা অমাদ দেমোষ্ট্রেশন চৎচবা মীওইশিংবু তমথীনা ওৎ নৈরম্মী।

মরকসিদা মার্ক্স বেলজিয়মদা লৈবা খুদোংচাররোই খংদুনা পেরিসতা চৎনবগীদমক্তা ফ্রান্সকী প্রোভিজনেল গর্ভনমেন্টতা চে ইরম্মী। মার্চ্চ তাং ১, ১৮৪৮দা মার্ক্সপু ইকাই খুম্নবগা লোইননা ফ্রান্সতা লাক্নবা বার্তন থারকলম্মী। মার্ক্সনা পেরিস চৎনবগীদমক্তা শেমশারিবৈ মতমসিদা বেলজিয়ম সরকারনা মাবু পুং ২৪গী মনুংদা বেলজিয়ম থাদোক্নবা হুকুম থোরকলম্মী। বাকমসি তাবদা ব্রুসেলস সেন্ট্রল কমিটিগী মেম্বরশিংনা মার্ক্সকী মমুমদা পুন্দুনা অনৌবা সেন্ট্রল কমিটি অমা পেরিসতা শেম্নবা বারেপ লৌরম্মী। অদুন ওইনমক কমিটিগী মক্ওইবা মেম্বর মঙা অদুনা হনখিবগা পুলিসনা মার্ক্সকী

য়ুমদা থিবা হুৎকী থবক চংথখি অমদি মার্ক্সপু ফাজিন্দুনা ব্রুসেলস জেলদা থমজিনখি। মার্ক্সকী মুপী জেনীনা মার্ক্সপু থাদোকহন্নবগী-দমক্তা বেলজিয়ান দেমোক্রেটিক এসোসিয়েশনগী চিয়ারমেন উনখি। জেনীবুসু পুলিসনা ফাহনা হন্টোরোগেশন চংথরবা মতুংদা টাউন হোল জেলদা থাজিনখি। মখোয়না ফাখিবা অসিদা মীয়ামগী অকনবা প্রেশর লাকপা অমদি রিভোলুশনগী মৈরী চুরকপা মতম ওইবনা পুলিসনা মার্ক্স অমসুং জেনীবু থাদোকপা তাখি। মখোয়বু পুং ২৪ গী মনুংদা ব্রুসেলস থাদোকদবনি হায়বা মতমজু হেন্নবনিনা মপোৎ মচৈ অমত্তা পুদনা পেরিসতা মার্চ ৫, শোক ১৮৪৮ দা থুংলকখি। মখোয়নীবু মরম চাদনা জেলদা থাজিনবগী ময়োক্তা মার্ক্সনা রিফোর্ম কৌবা নিউজপেপরদা অদুগা এঙ্গেলসন নোর্থন স্টারদা ফোংদোকখি। মসিনা বেলজিয়মগী পার্লিযামেন্ট চবাংনহনখি লোইননা মার্ক্সপু ফাননবীদমক শরৌশিনবদা যাওবা ওফিসয়েলশিং থবক তৌখি। ফ্রেন্স রিভোলুশনন্না পুরকপা অওনবা কয়া উবদা মর্ক্স নুংঙাইবা পোকখি। মতমসিদা জর্মনগী রাজনীতি মীরোংশিংনসু মীরমদমদগী রিভোলুশন হোত্নদুনা জর্মনদা অওনবা পুরকপদা থুাজননবা হোৎনরম্মী। মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনাদ মপান্দগী রিভোলুশন হৌবা হায়বসি মাইপাকপা ওইথোকলোই হায়না অরেৎপা মত পীখি। অওইবমকসু লাকহৌ-রুনবা চংথিবা কাংবুনা সিমানা লানাশনবদা জর্মন সরকারগী লান্মী-শিংনা কোইশন্দুনা ফাজিনখি। মার্ক্সন পেরিসতা থুংলরবা মতুংদা মাগী মরুপ মপাংশিং অমদি লন্দনদগী থুংলবা কমিউনিষ্ট লিগকী মেম্বরশিং উন্নদুনা লোইননা শিন্মীশিংগী মিটিংদা শরুক যাহুনা অমাদ স্ত্রিট দেমোনষ্ট্রেশনদংবদ, পুচি হনা ওগে নাইজেশন কনখৎনবা হোৎন-নখি। অদুগা খুননক কমিউনিষ্ট লিগকী তনৌবা সেন্ট্রেল কান্টি অমা পেরিসত শেমদুনা জর্মনদা রিভোলুশনগী মৈরী চুথংলকপা

---

☆রাজনীতি য়াওদে হায়বসিমক গনতন্ত্র য়াদে হায়বগা খেন্নবা লেতে।

—থোমাস মেন

অসিদ· পাইখৎকদবা থৌরাংশিং থম্লখি · ঙৈং খোক ১৮৪৮ গী মার্চকী অহাইদা জর্মনগী রিভোলুশনসি অহুকী মতিক কনখৎলককখী। মার্চ তাং ১৩ দা অষ্ট্রিয়াগী কোঙুং ভিয়েনাদা থোকপা ঈহৌগী ফলনা লৈবাকসিগী চান্সেলর কম থাদোক্তুনা লৈবাক হাংনা লাননা চেনখি। মার্চ ১৭ তা বার্লিন সহরদা শিন্মীশিং, কারবার মচা তৌবশিং অমদি ছাত্রশিংনা পুন্না চৌহুনা নিংথৌগী লাম্নীবু মাইথিবা পীখি। জর্মনগী সাসন্দা অহোংবা কয়া পুররুগান হায়বগী থাজনা পীখি। রিভোলুশনসিদা মীয়াম্না মাইপাক্লবসু সাসনগী মতাংদা দ শেঙ্গাও পাইবা বুর্জুয়াশিংগী মখুত্তা চংখ্রে। মরমসিদগী ফিউদল সিস্টেমগী চংনবী মুংথৎতুনা অপুনবা জর্মন রিপব্লিক অমা শেমগৎপগী তঙাইফদরবদু মার্ক্সনা মকুওইবা কমরেদ ইন আর্মশিংদা শন্দোক্লা থংহনখি। মার্ক্সনা এঙ্গেলসকা লোইননা রিভোলুশনদা কমিউনিষ্ট লিগনা পাইখৎকদবা পোলিটিকল প্রোগ্রামগী কয়াৎ য়াংলখী। "দিমান্দস ওফ দি কমিউনিষ্ট পার্টি ইন জর্মনী" হায়বা ড্রাফট রিজোলুশনসিদা থমলিবা দিমান্দশিংদি-অপুনবা দেমোক্রেটিক রিপব্লিক অমা লিংখৎপা, জর্মনসি মচেৎ-মচেৎ থোক্লা থাইদোকপা যাদবা রিপব্লিকনি হায়না লাওথোকপা, ভোটিং রাইট লৈহন্দুনা পোপুলার গভর্নমেন্ট শেম্না, চর্চকা ধর্ম্মগা মরী লৈনবা থবক্তা লেঙাক সাসনগা মরী লৈনহন্দবা, মীযামদা চেম্না লাইরিক তম্নবগী থুদোংচাবা ফংহনবা অসিনচিংনি। মার্ক্সনা লৌযাম চাবগী চৎনবী মুথংলবকদা লৌমী সিন্মীগী মুক্তি ফংগনি হায়বসি কন্না শন্দোকলম্মী। লোইননা রিভোলুশনগী স্টেটসিনা পাইখৎকদবা থবক্তী লৈবাকী থনিশিং, লনাই বেঙ্কশিং অমসুং ট্রান্সপোর্টকী থবকশিং পাইশিনবা অমুগা লৈবাকী ওইবা শিনশং লিংখত্তুনা মীপুম থুদিংমক্তা থবক পীনা অমদি থবক শুনা ডমত্রবশিংদা পেনসন পীবনি। হায়রীবা দিমান্দশিং য়াওবা লিফলেট, কমিউনিষ্ট পার্টিগী মেনিফেষ্টোনচিংবা পুহুনা কমিউনিস্ট লিগকী মেম্বর ৩০০/৪০০ রোমনা তোঙান তোঙানবা লম্বীদা, জমনদা থুংলহুনা মীয়াম পাকশন্না লিফটলেটশিং য়েনথোকখি। এপ্রিল ৬, ১৮৪৮ দা মার্ক্স এঙ্গেলসকা লোইননা **Colonge** দা থুংলহুনা রিভোলুশনগী চেফোং **Rheinische Zeitung (Organ of**

Democracy) অমুক হয়া কোংবা অমদি অতৈ লম কয়াদা লমজিংবা হৌরকখি। জেনীস্থ পীকলিবা মচা অহুমগা লোইননা অৱা হনা কয়া খাংখি।

মার্ক্সনা থুনমক ওল জর্মন বাকিং ক্লাস পার্টি অমা শেমনবা হোৎ-নখি। মসি নহৈ য়ালহন্নবগীদমক্তা কমিউনিষ্ট লিগকী সেন্ট্রেল কমিটিনা অনৌ অনৌবা পাষ্টি কয়া শিন্নহনজনা মশিং য়াম্না মীয়ামগী পুক্নিং চিংশিন্নবা হোৎনখিবশিংগী মসুংদা মুংতিগী চেফোং পুথোক্লবা হোৎন-খি। মার্চ রিভোল্যুশনগী মতুংদা জর্মনদা প্রেস্কী মনিংতম্বা কংহনা চঠী মঙা চুপ্পা অথিংবা থমল্লবনা রিভোল্যুশনরী জর্নেল Rheinische Zeitung অমুক হোংবা হৌখি। জর্নেল হোংনবগীদমক্তা মতিকচাবা কন্দ হৈনতহনা বার্করশিংদগী খোমগৎনব য়ারেপ লৌখি। অহুমুক মহু-নস্থ কান্নদহনা অমদি তৌবকপদা মখোয়দা মতেং পীরম্বা লিবরেল বর্জোৱাজিশিংন মার্ক্সকী রিভোল্যুশনরী জর্নেলসিনা মখোয়দা তাইহন্ন-গদবা থুদাংখিবশিং অহু মাংহন্নবা উংদগী মতেং পীয়ু হায়বা য়াখি-দবদগী দবকার ওইবা শেংফম মগী মপা মপুনা থম্বীরম্বা সোত্তোদগী পুথোকখি। মার্ক্সন Neue Rheinische Zeitung গী ইদিতো-রিয়েল ষ্টাফকী মকোক ওইখি। অমদি রিভোল্যুশনরী বাখল্লোন শন্দোকপা ইদিটর অমা ওইনা মার্ক্সকী মগুন হেক্সংঙ্কাখি। চেফোং-সিনা খুহ্নদগী মমিং লৈবা জর্মন পাও চে ওইরকপগী মতাংদা এঙ্গেল-সনা হায় মার্ক্সকী অচুম্বা মীয়েং অমদি অচেৎপা বাখলনা চেফোংসিগী মগুন হেনগৎহল্লিবনি। এঙ্গেলসনা চেফোংসিগী আর্টিকল কয়ামরুম ইখি লোইননা ওর্গানাইজেশনগী থবক খোরম কয়াদা মপুং ওইবা খোং-দাং লৌখি। চেফোংসিগী অতৈ মমিং পনব য়াবা কন্ট্রিবিউটরশিংদি Wilhelm Wolff, মার্ক্সকী কমরেদ ইন আর্মস, জর্মন রিভোল্যুশনরী কবিশিং —George weerth, Ferdinand Freiligrath নি

---

☆ফিলোসোফি হায়বা অসি য়াওজরবদি করিশুম্ব হিরম অমদা চংশিন-বা শুকয় য়াদে। —মার্ক্স

মার্ক্স মশামক্না চেকোংসিগী কোরেসপোন্দেন্টশিং খল্লম্মী লোইননা চেফোংসিগী পোলিসিশিং শেম্বা অমদি করম করম্বা আর্টিকলশিংহাপ-কদগে হায়বত্তুম্ন লেপ্লম্মী। মার্ক্সকী থিওরীটিসিযান অমা ওইবগী থোইদোক হেন্দোক্লবা পীথোক্লবা গুন অমদি রিভোলুশনরী চেকোং অমা পুথোকপদা চংদবা য়াদবা মচাক কয়া শুনা য়াওবনা মরম ওইদুনা চেকোংসি ওংপিরবশিংগী খুাইদগী হেন্না মমিং লৈবা ওর্গান অমা ওইবা ওমখি। মার্ক্সনা জর্মনদা হৌরকখিবা বুর্জুবাজি রিভোলুশনগী মুভমেন্টসিদা কমিউনিষ্ট লিগকী মেম্বরশিংনা লেফট উইং পার্টি অমা শেমদুনা শক্তক য়ানবা লেপলম্মী। মানা মখোয়গী মুংতিগী চেকোংদা কনা শন্দোকখিবা রাক্কমদি দেমোক্রেটিক ফোর্স পুম্নমক পুনশিন্দুনা ফিউদেল সিষ্টেম মুথৎপা হায়বাসনি। ইং শোক ১৮৪৮গী এপ্রেল থাদা বার্কশিংগী ওর্গেনাইজেশন ময়াম অমা পুনশিন্দুনা বার্করস লিগ অমা শেম্বা ওমখি। মার্ক্সনা অপুনবা জর্মন দেমোক্রেটীক রিপব্লিক অমা শেম্বনা সমাজদা চাওথংপা পুবকনি লোইননা নৈহং-পীরবশিংগী পার্টি অমা শেমদুনা বার্কিং ক্লাস মুভমেন্ট খুমাং চাউশিন-হনগনি হায়বা অচেৎপা থাজবা মীয়ামদা পীখি। মার্ক্স ১মুং এঙ্গেলসনা লৌমীশিংবু শোক ১৮৪৮গী এগ্রারিয়ান রিফোর্মগী রিভোলুশন অসিদা মাংজিল থানা চোংথোরক্লবা পাইখৎপা যাবা থৌরাং পাইখৎলম্মী। লৌমীশিংনা রিভোলুশনসিদা য়াওশিল্লকপদগী জর্মনগী মকম খুদিংমক্তা লৌযাম চাবগী মাইয়োক্না থেংনদুনা লৌশাম্নচিংবা পীবা ঙোক্লম্মী। অদুবু জর্মন বুর্জ্জুবাজিশিংনা মথোয়গী শম্পাঙী মাংশিনি কিবদগী লৌয়াম চাবশিংগী মাইগেদা লেপখিবদগী লৌউ পথাপ শেমদোক্লবগী পুথোরক-খিবা বিল অদুনা লৌমীশিংদা কান্নবা ফংহনখিদে। মার্ক্সকী অচেৎপা থাজবদি লৌমীনা লৌগী মপু ওইরবতদা লৌয়াম চাবগী খুবামহুংদগী নানথোকপা ওমগনি হায়বসিনি। লৌয়াম চাবশিংনা লম লৈজদবা লৌমীশিংবু কন্নাগী মতিক নমথবগে অমদি ওং নৈবগে হায়বত্তুগী মরমদা আর্টিকল কয়া **Wilhelm Wolff,** না ইদুনা **Neue Rheinische Zeitung** দা ফোংদোকখি।

মীয়াম্না ঐখোয়গী মীচংদা য়াওহল্লকপা
খুৎকিদগী হাম্না পাইখৎকদবা থৌদাংদি—
ঐখোয়গী পান্দমশিং মীয়ামদা শন্দোকপনি।

—ফিদেল কাস্ট্রো

## জুন ১৮৪৮ গী পেরিস রিভোলুশন

ইং শোক ১৮৪৮ গী জুন ২৩ দগী ২৬ ফাওবসি পেরিসনা ইউ-রোপিয়ান রিভোলুশনগী সেন্টর ওইখি। প্রোলিটেরিয়টশিংনা খুত্তা খুংলাই পাইদুনা ফেব্রুয়ারী রিভোলুশনদা পুক্কপা থাদুনা পুন্না মাখায়গী ওইথ্রবা কাউন্টর রিভোলুশনগী বুর্জুয়াজিশিংগী মায়োক্তা লোইচোননা হৌদুনা ফ্রান্সপু দেমোক্রেটিক রিপাব্লিক অমা ওইহনবা হোৎনখি। মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা মখোয়গী তাংখাইশংদা অমাদ রিপোর্টশিংদা পেরিসকী লেহৌপারবা মাওই লিশিং ৪০ রে য়াম্না লৌদুনা কাম্পি ঈ হাসদগী য়াম্না হাইস্টোরিক ওইবা থাডা অমা মীয়ম্না ওৎলে মতুংদি বুর্জুয়াজিশিংগী শাসন মথৎতুনা শাসনগী ভারসি মীচম থক্কা-শিংগী খুত্তা লাকললবতদা সোসিয়েলিজম ওইখোকনি হায়বাস ফঙ-দোকখি। মার্ক্সনা মাগী ফাওবা আর্টিকল "দি জুন রিভোলুশন" হায়বদুনা অসুম্না ই— পেরিসকা শিন্নাশিংবু ঈনা লোৎথোং চেলহন্দুনা নমথপ্রবসু মতু মাইথিবনি হায়বা য়াদে।

পেরিসতা শিল্মীশিংগী রিভোল্যুশন মাইথিখবা মতুংদা ইউরোপতস্থ রিএক্সনরীশিংগী মপাঙ্গল কনখৎলল্লম্মী। ইং শোক ১৮৪৮ গী নাকেন-থাদা জর্মনদস্থ রিভোল্যুশনগী ফোর্সশিংগা কাউন্টর রিভোল্যুশনরী-শিংগী মরক্তা লডাই কনখৎলকলম্মী। কাউন্টর রিভোল্যুশনরীশিংবু নমথনবগীদমক শিল্মীশিংগী ওর্গেনাইজেশন কয়া পুনশিন্দুনা মপাঙ্গল কনবা ফ্রন্ট অমা শেমগৎপগী তঙাই ফদবত্তু মার্ক্সনা উথি অমস্তুং মহাক্না কল্লা হোৎনবদগীদি কোলোন ৱার্কর্স লিগ, দি দেমোক্রেটিক সোসাইটি, দি ৱার্কর্স এন্দ ইমপ্লোযরস এসোসিযেশননচিংবা মরুওইবা ওর্গেনাইজেশনশিংগী রাইন প্রোভিন্সকী ওইনা অপুনবা কো-ওর্দিনেটিং কমিটি অমা শেমখি। মার্ক্সনা পেটি বুর্জুৱাজি দেমোক্রেটশিংগা মিচং চুংশিল্লবা চুম্মী খনবদগী দেমোক্রেটিক সোসাইটিশিংগী মিটিংদা তোইনা যাওতুনা অমদি কো-ওর্দিনেটিং কমিটিগী মিটিংশিংদা মীওইবগী অধিকার অমস্তুং নিংতম্বা ফংনবগীদমক্তা পুন্না ষ্ট্রগল তৌমিন্নবগী তঙাই ফদবত্তু মরিক চুম্না থমখি। অস্তুম্না তৌবদগী মার্ক্সপু মীযাম্না রিভোল্যুশনরী ফোর্সশিংগী লুচিংবা ওইনা খঙখি। মার্ক্সকী চেফোং Neue Rheinische Zeitung সি লান্মীশিংগী মবক্তগী কাওনা থাগৎনরকপা যাওবদগী ফিউদেল রিএক্সনরিশিং অমস্তুং বুর্জুৱাজিশিংনা মীপাইনবা হেক্সংলল্লম্মী। চেফোংসিবু ফোংবদি রাইন প্রোভিন্সকী আইনগী মতুং ইন্না থিংবা ওইহোক্কবদগী অতোপ্পা পাম্বৈ থীরম্মী। ইং শোক ১৮৪৮ গী আগস্ট থাদা Colonge অথোরিটিশিংনা মার্ক্সপু প্রুসিযানগী প্রজা অমা ওইদবনা মাবু মীতোপ ওইনা লৌই হায়বা চে থারক্লম্মী। নোটিফিকেসনসিগী মরু ওইবা মরম হায়বদু মার্ক্সপু মীতোপ্পা হায়বগী থুদোং চাবা লৌদুনা প্রুসিয়াদগী তান্থোক্লুনা Neue Rheinische Zeitung ফোংবা লেপফনবনি। মার্ক্সনা প্রুসিয়াগী লৈবাক মন্তুংগী থবক পুবা মিনিষ্টরদা চিঠি ইত্তুনা অস্তুম্না থংহনখি— প্রুসিয়া সরকারনা তকশিনবদগী ঐহাকপু ফ্রান্স অমস্তুং ব্রুসেলসতগী তানথোরকলে অদুগা প্রুসিয়াগী ওমথৈ হেক লানশিনবগা ঐবু ফাননবা চে থোকপনিনা প্রুসিয়াগী প্রজা ওইবা তোকপা নত্তুনা

অতৈ নানথোক্লবা উপাই অমা লৈখিদে। অদুবু হৌজিক্কী ৱাজনীতিগী মীৱোং পুম্নমক মরৈবাক্তা হন্নদুনা প্রজা অমনা কংকম থোকপা সিভিল ৱাইটস পুম্বা ফংনরে। ঐ ইতোমতদা অধিকারশিং অসি ফংহল্লে। মার্ক্সকী ৱাকংসি মল্লিনা লৌখিদে অদুম্না তৌরকাওবদা মার্ক্সনা মাগী রিভোলুশনরীগী ফীরেপ অদুদগী হন্দোকখমদে। অদুগা মীয়াম-দমু মীৎনাশিংনা লেপ্তুনা রিভোল্যুশনরী ফোর্সশিংবু মাইথিবা পীননবা আ ৎকল কয়া কোংদোক্লুনা পাইল্লম্মী। রিভোলুশনরী মুভমেন্টশিংদা মরুওইবা থৌদাং লৌরবা সেন্টরশিংগী মন্নক্তা নকশিল্লবা মরি থম্নব-গীদমক্তা মার্ক্সনা বার্লিন অমসুং ভিয়েনাদা চৎতুনা কমিউনিষ্ট লিগকী মেম্বরশিং অমদি দেমোক্রেটিক ওর্গেনাইজেশনশিংগী লিদরশিং উন্নখি। দেমোক্রেটিক সোসাইটিগী মিটিং অমদা Wilhelm Weitling কৌবা মশাবু "দেমোক্রেট সোসিয়েলিষ্ট" নি হায়না লৌজবা অমনা মশিং য়ামদবা মীওইশিংনা পুর্নশিন্দুনা দিকটেটোরিয়েল প্রোবিজনেল গভর্নমেন্ট শেমদুনা লৌমী-শিন্নাশিংবু সাসন তৌগদবনি হায়বা অচেৎপা মত কোংদোকখি। মার্ক্সনা Weitling গী য়াম্না সেক্টরিয়ান ওইবা মীওই খরতগী শুপ্পম সাসন লিংখৎপবু শিংনরদুনা রিভোল্যুশন হৌরক্ল-বগীদমক্তা লময়ানবশিং অমদি মালেমগী চৎন-পথাপ নৌহৌনা শেম দোকপশিংনা লৌমী শিন্নাশিংবু সাসন তৌগদবা নত্তে, মাশিং য়াম্নবা শুপ-নোমালবা কাংবুনা মীয়ামনা পাম্নবা মীয়ামগী মীজুৎ শুনা যাওরবা রিভোল্যুশনরী দেমোক্রেটিক গভর্নমেন্ট অমা লিংখৎকদবনি হায়না পাওখুম্মখি। অদুম্না মার্ক্সনা মানা যাওবা মিটিং খুদিংমক্তা দেমোক্রে-টিক মুভমেন্টতা শরুক যবা লে ভান তাঙাপা শিনযগী মীজুৎ শুনা যাওবা সরকার অমা লিংখৎলবতদা সমাসা কয়া মাইয়োম্নারবসি কোকপা মগনি কোংদোকখি।

বাইন প্রোভিন্সতা ওইরকলিবা লৈতাইন্দবা ফীভমসি উবদা প্রু-সিয়ান গভর্নমেন্টনা Colonge অমদি অতৈ সহরশিংনা লাম্না ত্রুপ

---

☆মীওইবগী মরমদা হংবা বাহংশিং অসিনা ফিলোসোফিগী থাইদগী অথোইবা ৱাহং ওইগনি। —হেগেল

কল্লা লোম্না থাদোকপা হৌরক্লে। রাইন প্রোভিন্সকী লানবনশিংদা হৌরিবা উজাওশংশু য়াম্লতুন সহরদা লৈরিবা প্রজাশিংদা হোপনচিংবা কাপশিন্দুনা মথরাই মাংহল্লবগীদমক শিল্লিনা কযাত্ত এঙ্গেলসনা কুপ্না যেংশিল্লম্মী অমদি প্রুশিয়ান সরকারনা মীয়ামগী মাইয়োক্তা চংথরকলিবা প্লানশিংশু মখোয়গী চেকোংদা ফোংদোকখুনা ময়ামদা থংহল্লম্মী।

মার্ক্সকী য়ুম অমদি Neue Rheini‘che Zeitung গী ইদি-টরিয়েল ওফিসসি খিভাঙ্লুশন্নরী খোংহংগী হুদ কার্টর ওইরকল্মী। য়াম্না তোইনা শিন্মীশিংনা ওফিসসিদা লাক্লুনা Colonge দা ওইরক-লিবা ফিভমগী মরমদা হংজনবা অমদি সরকারগী মাযোক্তা হোৎদা শরুক য়াথিংবগী অপাম্বা ফোংদোক্লম্মী (সেপ্তেম্বর ১৮৪৮ দা মীওই লিশিং তরুক তিনবা অচৌবা মিটিং অমা Cologne দা পাংথোকখি। মিটিংসিদা “কমিটি ওফ পাব্লিক সেফটি” কৌবা মার্ক্স, এঙ্গেলস, Neue Rheinische Zeitung গী অতৈ ষ্টাফশিং লোইননা কো-লোন ৱার্কর্স লিগকী মীহুৎশিং শুনা যাওরবা কমিটি অমা শেমখি। মার্ক্সকী লমজিং মখাদা কমিটিসনা কাউন্টর থেংনবগী মরু ওইবা থৌদাং লৌরম্মী। কমিটিসিগী অনিরক শুনা মিটিংদা ভর্মন নেসনেল ফ্লেককা লোইননা অতাংনা কিবাল পাইরম্মী ‘দিমান্দস ওফ দি কম্যুনিস্ট পার্টি ইন জর্মনি’’ গী নমথোক্লবা কপীশিং মীয়ামদা যেন-থোকলম্মী অদুম্না মীযাম্না কমিউনিষ্টশিং, Neuc RLeinische Zei-tung গী ষ্টাফশিং অমদি কমিটী ওফ পব্লিক সেফটিগী মেম্বরশিংবু কাউন্টর রিভোলুশন থেংনবদা মখোয়গী লিদর ওইনা লৌনখি। মসিনা মরম ওইদুনা পুলিসশিংনা Neue Rheinische Zeitung গী ইদিট-রিয়েল ষ্টাফপু তোইননা ফাদোক ফাজিন চংথরক্লম্মী। পুলিসনা ফা-হন্দনবগীদমক্তা এঙ্গেলস, ষ্টাফ মেম্বর মতাংগা লোইননা মতম খরগী ওইনা Colonge থাদোকপা তাখি। মখোয়গী য়েক্রবশিংনা চেকোংসি মথা থোকপা ভমলরোই খন্দুনা হুংঙাইখি। অদুবু মার্ক্সনা মাগী লৈজবা মাল চাং ফাওবা কাইথোক্লুনা চেকোংসিগী শেন্দোন শিংদোকখি লোইননা চেকোংসি জোইন্ট ষ্টোক ইন্টরপ্রাইজ ওইরম্বদগী মাগী লনাই

চেক্কোং ওনথোকখি। কাউন্টর রিভোল্যুশনরীশিংনা মখোয়গী মথল মথাগী এটেকশিং অমদি শেল থুমগী থুদোংথিবা কয়াদগী চেক্কোংসি ক্ষোংবা তোকখ্রগনি হায়না মুংঙাইরম্মু মার্ক্সকী মশাগী খন্দবা ওয়া মাইথিবা পীখি। অসিগুম্বা য়াম্না মীকুপ নাল্লুম শিংনা লৈগদবা তাঞ্জাসিদা মার্ক্সনা মীয়াম ওর্গেনাইজ তৌদুনা পোলিটিকেল ইদুকেশন পীনবগু হোৎনরম্মী। শিন্মীশিংনা হায়জবদগী মার্ক্সনা Colonge Workers' League কী লুচিংবা ওইখি। মার্ক্সকী লমজিং মখাদা Colonge League কী মেম্বরশিংগী মরক্তা সাইন্টিফিক রিভোল্যুশনরীগী থিওরী মমুৎ তানা নৈনবা হৌরকলম্মী। Neue Rheinische Zeitung থবাই য়াওনা পাবা হেক্সংলক্রম্মী অমস্তুং লৈবাক্কী ওইরকলিবা ফিভম কুপ্না য়েংশিল্লম্মী। অসুম্না মার্ক্সনা হোৎনবদগী Colonge Workers' League সি মথং মথং চাওখৎলকুনা তুংদা শেমগৎলকপা ওর্ক রাকরস পার্টি ওইরকখি। কাউন্টর রিভোল্যুশনরীশিংবু থেংনন-গীদমক্তা মার্ক্সনা মীয়ামদা আপীল তৌবদগী জর্মনগী তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা সেফটি কমিটি মাশিং য়াম্না শিংখৎকক্রম্মী। লৈবাকশিনবা থুংনা পোলিটিকেল ওর্গেনাইজেশন বাংপা অমদি মখোয়গী মরক্তা সেক্টারযান টেন্দেন্সি লেবা কয়া য়াওজরবস্তু জর্মনগী শিন্মীশিংনা বুর্জুবাজি অমস্তুং পেটি বুর্জুবাজিশিংগী থবামগুংদগীদি মানিং তম্না নাম্থোকচবগী তাঞ্জা অমা লাকপসিদা মার্ক্স মুংঙাহজরম্মী।

অতুবু কাউন্টর রিভোল্যুশনরী ফোর্সশিংনা শোক ১৮৪৯ গী ফেব্রুবারি ৭ তা সরকারবু ইকাইবা পীবগী নোটিশ অমা মার্ক্স অমস্তুং এঙ্গেলসদা থারকলম্মী। মথংগী মুমিক্তা মার্ক্সপু প্রজাশিংদা টেক্স থিদনবা ১সুং সরকারগী মায়োক্তা হৌনবা ইনশিনবগীদমক মরাল শিজুম্না কোর্টতা পুথোকলম্মী। অতুবু মার্ক্সনা মাগী দিফেন্সকী বারোলদা প্রুসিয়াগী মোনাকিষ্ট গভর্নমেন্টনা পার্লিয়ামেন্ট অমদি নেসনেল এসম্বলী মুংক্তুম্না

---

☆মালেমসিগী নত্তবা শক্কী অমনা হেল্লোইনা পুরগুম্না কবিতানা ঐবু ওমহল্লুনা লৈরে। —মার্ক্স

শুপ্নোমলিবা মীয়ামগী দেমোক্রেটিক রাইটস ফংহন্দবা, অচুম্বা আইন চংনবগী মহৎতা নমফু শিজিন্নবনচিংবা মরিক চুম্না ডাংবদগী জুরিনা মহাকপু মরাল লেত্তে হায়বগী রাই পীখি। মার্ক্স অমসুং মাগী কমরেদ শিন আর্মশিংনা কাউন্টর রিভোলুশনবু নমথগে হায়রবদি দেমোক্রেটিক রিভোলুশনগী ফোর্সশিংগী অপুনবা শক্তী শাগৎপা দরকার ওই হায়-রসি খংবদগী মার্ক্সনা "দি বুর্জ্জোয়াজি এন্দ দি কাউন্টর রিভোলুশন" হায়বা হেদিংগী মথাদা আর্টিকল কয়া অমা হন্থনা ওগেনাইজেশনগী থবক য়াংশিন্নবা হোৎনখি। লোইননা জর্মন্দা সোসিয়েল প্রোগ্রেস পুরকননগীদমক্তা থাহদগী শম্বা লম্বীদি লোমী-শিন্মী অমসুং রিভোলুশনগী পেটি-বুর্জ্জোয়াজিশিং পুনশিন্দুনা ফিউদেল কাউন্টর রিভোলুশন ফোর্সকা থেংনবনি। লোমী-শিন্মীশিংদা শেন্থাও পাইবশিংনা মথোয়বু কদায় ফাওবা নমথবগে হায়বদু ময়েক শেংনা খংহন্নবগীদমক্তা হংশোক ১৮৪৯গী এপ্রিল থাদগী "বেজ, লেবর এন্দ কেপিটেল" গী মরমদ ইবা আর্টিকল মথং মনাও নাইনা ফোংবা হৌখি। মাসনা বার্কারশিংদা শেন্থাও পাইবশিংগী থুবাক্সুংদগী নানথোক্কে হায়রবদি রিভোলুশনগীনা ওইথোকপা ঙমগানি খংহনখি। হংশোক ১৮৫০গী মে থা হৌবনপদা রিভোলুশনরবী ফোর্সশিংগা কাউন্টর রিভোলুশন ফোর্সকা থেংনখি। মসি হৌরকখিবগী মথমদি ফ্রানকফোর্টকী নেসনেল এসেম্বলীদা থা কয়া চুপ্পা খন্নরবা মতুংদা পাস তৌখ্রবা ওল জর্মন ইম্পরিয়েল কন্স্টিটিউশন অদু প্রুসিয়া, অষ্ট্রিয়া, অমদি অতৈ জর্মনগী লৈবাক মচাশিংগী নিংথৌশিংনা চংনবা যাখিদ্রদগীনি। কনস্টিটিউশনসিদা য়াওরিবসি প্রুসিয়া অমদি অতৈ জর্মনগী নিংথৌ পানবা লৈবাক মচাশিং পুন-শিন্দুনা অপুনবা জর্মন অমা শেম্বনি। ইহান হানবা ওইনা কন্স্টী-টীউশনসিবু চংনহন্নবগীদমক্তা হৌরকখিবসি ড্রেসডেনগী খুংলাই পাইবা শিন্মীশিংনি। সরকারগী লাশ্মীগা মুমিং কয়ানি চুপ্পা শোক্করবা মতুংদা মথোয় হন্দোকপা ঙাখি। মরুকসিদা রাইন প্রোভিন্স, বেইষ্কাফিয়া, বাদেন্নচিংবা মফমশিংদসু নিংথৌগী মাইয়োক্তা শিন্মীশিং চোংথোরক-খি। প্রুসিয়াদা শোক্কবা লানফমদা এঙ্গেলসনা মিলিটরী লিদর ১না

চেনগদব গুনশিং ময়েক শেংনা উৎপা ঙমখি  অদুবু খুজু খুৎলাই অমদি মীশিংদা নিংথৌগী লাম্মীগা পানবা ঙমলক্কবদগী মাইথিখি। মাসন মরু ওইবা মরম অমা ওইদুনা প্রুসিয়ান সরকারনা মার্ক্সপু পুং ২৪ গী মনুংদা প্রুসিয়া থাদোক্নবা হুকুম মে তাং ১১ দা থোকখি। অদুগা এঙ্গেলস মসুং বুলফপুনা কোর্টতা বিচার চৎথনবা চে থোকখি। মার্ক্সনা প্রুসিয়া থাদোকত্রবৈদা পাংথোকখিবা অচৌবা শিন্মীশিংগী মিটিন অমদা মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা শোক ১৯৪৮–৪৯গী রিভোলুশনরী একটিভিটিশিংগী ফল মীযাম মমাংদা নৈনখি অদুগা মখোয়নীগী অমতা ঙাহৎরবা রাশক্কী মফম থুদিংমক্তা অমদি মতম লৈবা খিনক্তা শুন-নোম-লিবশিংবু মনিং মথা তমহনবনি হায়খি। মার্ক্সনা প্রুসিয়া থাদোক-ত্রিবৈদা মাগী চেফোংগী তোল্লিবা শেন্দোন, প্রিটিং প্রেসতা শুরিবা শিন্মাশিংগী তঙাব অমদি মাগী মরুপ-মপাংশিংগী দরকার ওইবা শেল মাগী মপা-মপুগী সোতোদগী পীথোক খরম্মী। মখোয়গী ইমুং-মনুংগী প্রুসিয়া থাদোকতুনা চৎনম্বা ভাঁরা কান্নদতুনা জেনীগী লুনা থমজরবা লুপাগী প্লেট ফাওবা কাইথোকলম্মী। মার্ক্সনা অহানবদা জর্মনগী থা-নোংচুপ থংবা শরুক্তা অদুদগী ফ্রানকপোর্ট অমসুং মনহেমনচিংবা মফমাশংদা কোংনা চৎতুনা নিংথৌগী মাইথোক্তা হৌরকফিবশিংদুনা নিংথৌগী মশিং লাকহমদ্রবা লাম্মী থিংবা ঙমদবগী অশেংবা শক্তম উরম্মী। মার্ক্সনা পেরিসতা মাগী ইমুং-মনুংগা লোইননা অমুক হন্না চৎখি। অদুবু ফ্রান্সতসু রিএক্শনারি ফোর্সনা সাসন অমুক পাইরবনিনা লৈবদা থুদোং চাওমদে মচাউপী অহল জেনী মার্ক্সকী হাইদা "আগষ্ট তাং ২৩ দা পুলিস সরজেন্ট অমা এখোয়গী য়ুমদা লাক্লুনা ঐখোয় পুং ২৪ গী মনুংদা পেরিস থাদোকদননি হায়বা ওয়েদর পীরম্মী। শোক ৮৪৫ গী হৌনা শুগম নিতি শিজিন্নদুনা মার্ক্সপু অহানবদা পেরিসতগী, শোক ১৮৪৮ দনা ব্রুসেলসদগী শোক ১৮৪৯ দনা কোলোন অমদি অমুক হন্না পেরিসতগী মার্ক্সপু তানথোকখি। মার্ক্স সুইজর-লেন্দদা চৎনবগীদমক্তা পাসপোর্ট ফৌনবা হোৎনখি অদুবু পীদবদগী লন্দনদা চৎপা তাখি।

> কনাগুম্বা মীশক অমনা কার্ল মার্ক্সপু মপুংফানা খংবা হায়রবসি মাগী স্কোলার ওইবগী গুন অমদি চাকথুং ফীথুং মাম্নবা সমাজ অমগী-দমক থেংনরম্বা কয়াহু পুম্না খংলবতদা ওইথো-কনি।
>
> —পাউল লাফর্গ

## লন্দনদা য়ুম হোংবা

শেলথুমগী ফীভম থুদোং চাদবদগী মার্ক্সনা মাগী য়ুপী অমস্তুং পীকলিবা মচা অহুমবু পেরিসতা থ০য়্রগা মতোমতা লন্দনদা চংখি। লন্দনগী লৈমাইদা খোং হেক থাবদা মার্ক্সনা মপুন্সি চুম্নগী ওইনা ইংলন্দা লৈরগনি লোইননা মাগী চহী ৪০ গী পোলিটিকেল একটিভি-টিগী মফুংদা চহী ৩৩ দি মফমসিদা লেল্লুগনি অমদি মরৈবাক জর্মনিদা গুকহন হনবা ওমলরোই হায়বসি থল্লুদে। শোক ১৮৪৯ ওক্টোবর থয়াইদা জেনী নারি শারি তৌরদুনা মচা অহুমগা লোয়ননা লন্দনদা থুংলম্মী। এঙ্গেলসনা মথংগী থাদা লন্দন য়োরকখি। মতমসিদা লন্দনগী মীশিংসি মিলিয়ন অনীদগী হেন্দুনা পৃথিবীগী মফুংদা থ্বাইদগী চাওবা সহর অমদি চাওখৎপদা খম থেংলবা কেপিটেলিষ্ট লৈবাক অমগী কোম্মুং লোইননা পৃথিবীগী শিনশংনি। লন্দনদা মার্ক্স শেল-থুমগী অৱাংপা লৈবদগী লৈকম চাফমগী অৱাবা কয়া থেংনরম্মী। অহুবু প্রুসিয়া নিংথৌগী গুপ্ত সাসন অমদি অওৎ অনৈদগী পোৎথাবা

কংজরম্মী। মতমসিদা ইংলন্দদি পার্লিয়ামেন্টরী দেমোক্রেসিদি চংলি হায়বব বুর্জ্জোয়াশিংনা মখোয়গী মনিং মথা তম্বদি অচুম্ব ফংলম্মী। রুলিং ক্লাস নত্তনা অতৈ মীচম প্রজাশিংদি শেলথুম য়াংপনা ওইহনবা অরা অন, কয়া থেংনরম্মা। মার্ক্সনা মীচল অমা ওইনা লন্দনদা থুংলবা তুংওইননা থেংনখিবা ইক্সপরিয়েন্সতি পাল্লিবা সরক্কারসিনা য়াবু ইউনভর্সিটিদা ওঝা ওইনবগী থুদোংচাব পীরমদে লোইদনা মানা ইলা লাইব্রিক ফোংবনবা পত্রিকসিং লৈরমদে অমদি খবর, কাগজ ১মুং জর্নেলদা মাগী আর্টিকল তাম্নীয়ু য়ারমদে। অতুবু মার্ক্স নিংবা কাইরমদে। মতমসিদা মার্ক্স এন্দক্সন ষ্ট্রীটতা লৈদুনা মাগী মরি-শুবা মচা পোকখি। অতুবু থা থর লৈরগা লৈফমগী ভরা পীবা ঙমদবদগী যুম্বনা তাম্বোরকখি। অমদি মার্ক্সকী ইমুং-মন্নুং য়ুমহোং তোইবা তাখি। মমৈঙংদা দিন ষ্টিটতা তলব অপিকপা চাজবা শিন্মী-শিং, মরৈবাক থাদোকতুনা চেল্লকপা মী ওইশিং শম্না হায়রবদা শ্লাইদগী হেন্না তোল্ল-তারবশিংগী মরক্তা লৈথ অঙম্না চহী তরক মফমসিদা লেল্লবা মতুংদা ইংলোক ১৮৫৬দা জেনীগী মমানা উইল তোত্থনা থনম্বা অপিকপা শেগফমত্তু শিজিন্নতুনা থরা তন্না লৈফম চাফম খুদোং চাগদবা মফমদা হো লম্মী। মার্ক্সপু মরৈবাক্তগী চেল্লক্তুনা লন্দনদা শাইদাংলবা মীয়াম্না পুনশিন্দুনা শেম্বা সোসিয়েল দেমোক্রেটিক ফিউ-গিটিভ কমিটিগী চিয়ারমেন খল্লম্মী। মার্ক্সনা মখোয়গী লৈফম চাফম শিনবা, মতেং পাংনবা ফন্দনাচংবা খোম্বা অমদি থবকনাচংবা থিবী-রম্মী।

মার্ক্সনা কমিউনিষ্ট লিগকী মেম্বরশিং লোইননা মখোয়গা পুন্না চংমিন্নবা য়াবা প্রোলিটরিয়েটশিংগী আইদোলোজিকেল ইডুকেসন ১দি থিওরিটিকেল ট্রেনিং পীনবা থাগী হান্নগী চেফোং **Neue Rheinische Zeitung** অমুক হন্না ফোংবা হৌনবগীদমক শোক ১৮৪৯গী নাকেন-থাদগী নিংথৌথাগী মতম ফাওবসি মরুপ মপাংশিংগা লোইননা পত্রিকার আর্টিকল কনট্রিবিউটর অমদি চেফোংশিংগী সিয়ার লৈবীগদবা মীওইশিং ওইরম্মী। চহীসিগী লোইরমদাইদা হেম্বর্গগী প্রিন্টিং প্রেস অমগী মপু

**Kohler** লোইননা বুক্‌শপর **Schubert & Co.** দা পব্লিকেশন ১দি সার্কুলেশনগী দাইত্ব শিন্নখি। চেক্কোংগী মমিংনা হায়রগী **Neue Rheinische Zeitung** দা **Political Economic Review** হায়বা বাহৈশিংসি হাপচিনখি। শোক ১৯৫০গী মার্চ্চ তাং ৬ তা চেক্কোংসিগী অহানবা ইস্যু হেমবর্গতগী থোকখি। চহীসিদা ইস্যু তরুক পুথোকখি। ৫ শুবা অমদি ৬ শুবা ইস্যুদি পুন্না নবেম্বর থাদা থোকখি। চেক্কোংসিগী পোলিটিকেল ইকোনোমিক রিভ্যুগী অয়াম্বা শরুক মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা ইখি। মার্ক্সকী "দি ক্লাস ষ্ট্রগল ইন ফ্রান্স"; "লুই নেপোলিয়ান এন্দ কাউলদ" অমদুগা এঙ্গেলসকী "দি জর্মন কেম্পেন ফোর এন ইম্পরিয়েল কনষ্টিটীউশন"; "দি পিজেন্ট ৱার ইন জর্মনী" অমসুং "দি ইংলিস টেন অৱারস বিল" মমিং পনবা য়াই। শেল ৱাৎপা অমদি চেক্কোং নম্ফম জর্মনদা পুলিস বিভাকী অকনবা মিৎয়েংগা লোইননা ইউরোপতা রিভোল্যুশন মথং মথং নমথোক্‌শিনবা চেক্কোংসিগী সার্কুলেশন হন্থরকপা অদুগীসু মথক্কা লাইরিক যোনবা হুকানশিংনা রিভোল্যুশন্নরী চেক্কোংসি যোনবীয় যাদবদগী মখা তানা নমথবা ঙমখিদে। অদুবু তেল্লবা মতমসিগী মসুংদা মার্ক্স অমদি এঙ্গেলসগা মখোয়না মীয়ামদা খংহনবিনিংবা অতুদি মপুংফানা খংহনবা ঙমখি।

মরকসিদা মার্ক্সনা কমিউনিস্ট লিগকী সেন্ত্রেল কমিটি অমুক নৌপ হৌনা শেমদোক্লুনা রিভোল্যুশনরী মুভমেণ্টতা মরুওইবা থৌদাং লৌবশিংবু সেন্ত্রেল কমিটিগী মেম্বর হাপচিল্মী। মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা "এড্রেস ওফ দি সেন্ত্রেল কমিটি তু দি কমিউনিষ্ট লিগ" নমলগা ফোংদোকখি। মসিদা মরুওইনা নৈনরিবসি ৱাফম অনীনি—অমনা লিগকী মেম্বরশিংনা রিভোল্যুশনরী মুভমেণ্টতা মরুওইবা থৌদাং লৌখি। অনিশুবদা লিগকী মেম্বরশিংনা লৌরিবা লম্বীসিনা খুাঙদগী অচুম্বনি।

☆ ঐখোয়গী মরক্তা মী হাৎপা নত্তনা কল্লমতা তৌনিংদবা অমসুং খুংলায় ফংননবা ফত্তবা থবক্কমক তৌগদবগী হোৎনদুনা লৈবা য়াওরবদি মখোয়দু হেক্তা তাম্মোকখ্রগদবনি। —ফিদেল কাস্ট্রো

ইকোনোমিগী এনালাইসিসতগী সাইন্টিফিক কমিউনিজমগী মতুন লেপ্লা ঊমখি লোইননা মিস্ত্রীশিংদা তাইদোক্নবা হুদীবদা কান্নবা কংবা ঊমখি। মতমতুদা লন্দনদা লৈবা জর্মন বার্কর্স ইদুকেশনেল সোসাইটিনা কমিউনিস্ট লিগকা নকবা মরি থমখি। মার্ক্সনা সোসাইটিসিদা পোলিটিকেল ইকোনোমী অমত্তুং মেনিফেষ্টোগী মরমদা বা কয়ামরুম ঙাংলম্মী।

ইং শোক ১৮৪৮-৪৯ দা হৌরকখিবা রিভোলুশনশিং মাইথিব্রবা মতু দা মার্ক্সনা ফ্রান্সতদি থুনমক রিভোলুশন অমুক হন্না হৌরকত্রা খল্লম্মী। অদুবু শোক ১৮৫০ হৌরকলবা ফাওবদা রিভোলুশন অমুক হৌরকপগী মওং লৈত্রবদা মার্ক্সনা ইউরোপকী লৈবাকশিংগী ওইরিবা ফীভম কুপ্পা নৈনখি লোইননা অতোপ্প ক্রাইসিস অমা থোকত্রিমখেদি রিভোলুশন অমমুক থোরকলোই হায়না লেপখি। মরমসিদগী তুংগী রিভোলুশনগীদমক তপুনবা শক্তী অমা শাগৎনবগীদমক্তা সাইন্টিফিক কমিউনিজমবু হেন্না মচা তানবা শেমগৎপা লোইননা প্রোলেটেরিয়ান রিভোলুশনরী কেদরশিংদা আইদোলোজিকেল তম্বীবা তম্বাইফদবা থোরম অমা ওইনা লৌথোকখি। মার্ক্সকী হিষ্টোরিকেল মেটিরিয়েলিজমগী প্রিন্সিপলদা য়ুম্ফম ওইদুনা পুথোরকপা ফক্টশিং অসি পেটি বুর্জুৱাজিশিং অয়াম্বনা যানি লমদে। মখোয়গী মতমদি রিভোলুশন হায়বাসি তাঞ্জা চাবদা হেক্তা হৌবা যাই অমদি মথংগী রিভোলুশনগী মতুংদা প্রোলেটেরিয়েটশিংনা শোইদনা পৱার পাইগনি হায়বাসনি। মার্ক্সনা মখোয়দা মিস্ত্রীশিংগী পার্টি অমনা পোলিটিকেল লাইন শেমগৎপদা হৌজিক্কী ওইরিবা ফিভমদগী মথং মনাও নাইনা চংশিনবা তাবগী মতাংদা মারককুপ্পা থুদম পীদুনা তাকখি। মফম অতম খুদনা চংশিল্লরবাদ পাৱার পাইবা অমা নত্রগা অমুক হন্না হৌরকপা ঊমজরোইদবা মওংদা মাংখিবা অমা শোযদবানা হায়না মহাক্না হায়খি।

অদুবু মার্ক্সনা হায়বগী মাইয়োক্তা পেটি বুর্জুৱাজি লেফটিষ্ট ইলিমেন্টশিংনা রিভোলুসন হৌদুনা জর্মনদা পৱার পায়বগী রায়ম মাশন্দোকলকপদগী কমিউনিষ্ট লিগকী মরুওইবা মেম্বর কয়া জর্মনগী

সহরুশিংদগী ফাজিনখি। মার্ক্সনা মখোয়গী অশেংবা লমথুং য়াওনজ্ঞ বাক্তাও ভাংবদগী কমিউনিষ্ট লিগতা তাইলজিবা দশাদু পন্দুনা আটিকল ইখি। প্রুসিয়ান পুলিসনদু তাঞ্জাসিগী খুদোংচাবা লৌদুনা কমিউনিষ্ট-শিংবু ফাজিন্দুনা অওং অনৈ তৌবা হৌরকখি। লন্দনদা ফাওবা মখোয়গী এজেন্ট থাদুনা কমিউনিস্ট লিগকী দোকুমেণ্ট হুনবা হোৎনখি। মার্ক্সনা মাগী ফাজিনখ্রবা কমরেডশিংগী দিফেন্সকীদমক হন্না হোৎনাখ। মহাক্না প্রুসিয়ান ওথোরটিনা মীওইবগী অধিকারবু শিংনদুনা চৎথরক-পা কয়াসিবু উৎথোক্লুনা "রিভিলেশনস অবাউট দি কোলোন কমিউ-নিষ্ট ট্রাইয়েল" কৌবা পম্ফলেট অমা ইদুনা বিচারদুদা শিজিন্নরিবা চে চাং রাইনচিংবা আস সিভিল রাইটস অমসুং লিবরটিজগী বাংমদনি হায়না উৎখি। লোয়ননা মহাক্না কমিউনিষ্ট মুভমেণ্টপু পুক্লিং থোগৎ-দুনা অপুনবা প্রোলেটরিয়ান পার্টি অমা শাগৎলবতদা শিন্নাশিংগী কাংলুপ লড়াই চংশিনবদা মাইপাকনি হায়না হাথ। পম্ফলেটশিং স্যুইজর্লেন্দা নমখ। অদুবু জর্মনদা পুশিল্লকপদা পুলিসশিংনা বো-র্ডরদা কপিশিং অসি ফাজিনখিবদগী মীয়ামদা য়ৌহনবা ঙমদে। অদুবু মার্ক্সকী মরুপ-মপাংশিংগী মতেংদগী অমেরিকাদা ফোংবা জর্মন-অমেরিকান পাওজেল চেশিংদা পম্ফলেটতা য়াওরিবা আটিকলদু ফোংদোকপা ঙমখি। অমদি এঙ্গেলসকী শেলথুমগী মতেংনা রাইন প্রোভিনসতা কপিশিংদু য়ৌহল্লকখি।

কোলোন ট্রাইয়েলগী মতুংদা মার্ক্সনা শিন্দুনা কমিউনিস্ট লিগ-কী লন্দন দিষ্ট্রিক্ট কমিটিগী মীফম ফমদুনা লোকেল ওর্গেনাইজেসনাস ফংসন তৌরুবগী কান্নদ্রে হায়দুনা মুথৎখি।

মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা কমিউনিষ্ট লিগকী মেম্বর চা কয়া পার্টিগী আউদোলোজিগী লমদা মমুৎ তানা তঙ্গী তাকপীখিবগী মহৈনা ইং শোক

☆রিভোলুশন্নরী ওইবা কাংলুপশিংগী মনুংদা অমদি লৈবাক অমগী মনুংদা রিভোলুশন্নরী পার্টিনা মেজোরিটি ওইদ্রবদি লালহৌবগী রাসি পল্লুনিঙাই ওইদে। —লেনিন

১৮৬০ গী মতুংদা ইউরোপকী লৈবাকশিংদা প্রোলেটরিয়ান পার্টিশিং লিংখৎলক্কবগী লম য়াংপা ওইখি। মতম থক্কগী ওইনা লিগকী থবক লেম্বা মতমসিদা মার্ক্সনা রিভোলুশনগী দোকত্রিনগী থিওরী শাগৎনবা হোৎনখি। মহাক্কী "দি ক্লাস ষ্ট্রগল ইন ফ্রান্স" তা রিভোলুশনবু মহাক্কা "লোকোমোটিভস ওফ হিস্টরী" হায়বদি সমাজদা অওনবা পুর্বকপদা মরু ওইবা ফোর্স অমনি হায়না হায়। লোইনমা মহাক্কা সোসিয়েলিষ্ট রিভোলুশনগী মরুওইবা মচাকশিং অমদি রিভোলুশনগী তোঙান তোঙানবা মওং শন্দোক্না তাকই। লাইরিকসিদা মহাক্কা অহানবা ওইনা "দিক্টেটরসিপ ওফ দি প্রোলেটেরিয়েট" হায়বা বাহৈ প্রোলেটেরিয়েটশিংনা পোলিটিকেল পবার পাইরকপবু থংনবা বাহৈ ওইনা শিজিন্নখি। মথংদা "দি আইটিনথ ব্রুমেয়ার ওফ লুই বোনাপার্ট" হায়বা ফ্রান্সতা পোলিটিকেল কু তৌদুনা লুই বোনাপার্টনা দিক্টেটর ওইদুনা পানবা লোয়নমা বাকিং ক্লাসপু শুমহুনা চারবসি বুর্জুয়াজিশিংনা শাশনগী চুপ্পী পাইরিবমখৈদি কোকলোই হায়বা লাইরিক ইখি। মহাক্কা লাইরিকসিদা ইহান হংমবা ওইনা ফোংদোকলিবা বাখল্লোমদি প্রোলেটরিয়েটশিংনা রিভোলুশন হেক মাইপাকপগা বুর্জুয়াজি মেছিনরীশিং হায়বদি মিলিটরী অমদি অতৈ মীচম প্রজাশিংবু নমথনবগীদমক্তা লিংখৎলিবা ইনষ্টিটিউশনশিং মরু ফংনা মুথৎপা মতাইফদে অসিনি। মসি তোৌরবতদা কেপিটেলিস্ট সোসাইটিদগী কমিউনিষ্ট সোসাইটিদা ওন্থকপদা খুদোংচাবা হেনগনি হায়বসি মার্ক্সকী অচেৎপা থাজবনি। মহাক্কী লাইরিকসিবু কোংবীনবা জর্মন পব্লিসর লৈরমদে। ফ্রান্সতা নম্নবগী খুদাং চানস্তু ফংলমদে। মমৈদা জর্মন বার্ক ব অমনা চংগদবা শেলফম লাইনা পুথোকপদগী অমেরিকাদা নমহুনা ফোংখি। মরকাসিদা মার্ক্সকী ইমুং-মনুংগী শেলথুমগী ফীভম ফওবা শুম হেল্লিল্লকলম্মী। মার্ক্সপু মতেংপাংনবগীদমক্তা এঙ্গেলস মানচেস্টরদা লৈবা টেক্সটাইল

---

☆লালহৌবা হায়বাস মতম পুম্নমক্তা যুৎ চাবা ও জাদ ওইদে, হায়না মাংজোননা দরকার ওইবা মচাকশিং অদু লৈত্রবাদ মীয়াম মরক্তা রিভোলুশন কাগী তাই। —লেনিন

মিল (ইরমেন এন্দ এঙ্গেলস) দা ক্লার্ক ওইনা থবক তৌবা হৌখি। অস্থুম্না চহী কুন চুপ্পা মানচেষ্টরদা লৈদুনা মার্ক্সপু শেলগী মতেং পীখি। লন্দনগা মানচেষ্টরগসি কিলোমিটর চা কয়া লাপ্পরবসু মখোয় অনীগী মরিসি অস্তুম অস্তুম চেংশিনবা হেক্কংলকলম্মী। মার্ক্সনা জর্মন লোন্দা ইবা আর্টিকলশিং এঙ্গেলসনা ইংলিশ লোন্দা হন্দোকলম্মী লোয়ননা মখোয়না হিরম কয়া-ইন্টরনেশনেল পোলিটিক্স, বাকিং ক্লাস মুভমেন্ট, সোসিয়েল ডেভলপমেন্ট অমস্তুং নেচরেল সাইন্সগী মরমদা মত কোংদো-রুবা চিঠি কয়া চংনরম্মী। এঙ্গেলসনা লন্দনদা লাকপা মতমসি মার্ক্সকী থাইদগী হেন্না নুংঙাইজবা মতমনি। মখোয় অনী অহিং চুপ্পা তুমদবমখৈ লম কয়াদা থম-নৈনরম্মী।

মার্ক্সকী লাইপোক অমা ওইবগী মতিক মঙ্গনবু হৌরকপদগী থংবা ঙমখিবী জেনীনা মার্ক্সকী মেন্নুসক্রিপ্টশিং পাবা লোয়ননা ছাপাখানাদা নমনবগীদমক্তা শিন্দোক-খোংতোকপগী থবক্তা মতেং পাংলম্মী। অদু-দসু নত্তনা ইদিটরশিং অমদি পব্লিসরশিং উন্নহুনা তাঞ্জা কয়াদা করি তৌগদগে লেপ্পা লোয়ননা মার্ক্সতা থারকপা চিঠিশিং পাওথুমনচিংবা পীবগী ভারসু জেনীনা লৌরম্মী। মার্ক্সনসু জেনীগী তৌবঙম্বগী শক্তি, মী লোয়নবা হৈবা অমদি মাগীদমক্তা অরা অনা কায়থোকপা ঙম্বা মঙ্গুন্দা চাওথোকচরম্মী। জেনীগা হন্না তান্নদনা মেন্নুসক্রিপ্ট অমতসু পব্লিসরদা পীবা তৌরমদে।

খ্বাইদগী হেন্না খোঁজাল হৈবা, ইং তম্মা
মীয়ুংশি লৈবা অমদি মীয়াম্না, সুংঙাইহনবা
ঙম্বা মীশক অমা হায়বা তারবদি মীশক অদু
কার্ল মার্ক্সনি।          — ইলেনোর মার্ক্স

## য়ুমগানবগী পুন্সিদা কার্ল মার্ক্স

য়াম্না বারবা মতমদা ফাওবা মার্ক্স অমদি মাগী ইমুং-মনুংগী মীওইশিংনা সুংঙাইথোকপা ঙমলম্মী। মার্ক্স অমসুং মচাশিংগী খ্বাইদগী সুংঙাইজবা মশামদি মার্ক্সনা শগোল শারগা মচাশিংনা মথক্তা তোংহনা শারবহনি। করিগুম্বদম্ভ ঈশিং চোম্না য়াওবা খুদেং (তব) দা চেগী জহাজ মচা শাহনা লান শোরবীগু শান্নে। অদুগা নোংমাইজিং খুদিংগীনা ইমুং-মনুং পুম্না মরুপ মপাংশিংগা লোইননা কোইবা চৎপহনি। মার্ক্সকী মচানুপীশিংনা চাউখৎলকপগা লোইননা শামনগী মওংসু থর থর হোংদোরক্নুনা ইন্টেলেক্চুয়েল পবায় শিজিন্নবা মশাননা চেস (ছত্রং), কুইজনচিংবরোমদা ওস্তোরকখি। মখোয়না তোয়না শামবা মথাগী বাহং পাওখুমশিং অসিদগী মার্ক্সনা মচাশিংদা রিভোলুশনরী অমা ওইবগী গুন চেলহনবা হোৎনখিবহু ময়েকশেংনা থংহল্লি।

| | |
|---|---|
| নহাক্কী পামজবা লিচৎ | — ইচম চমজবা |
| নহাক্কী অখোয়বা গুন | — পুক্নিং অনী লো'দবা |
| নহাক্কী নুংঙাইজবা বাখল | — হনবা লৈতবা |
| নহাক্না খাইদগী হৈনজদবা লিচৎ | — নোঞ্জবা |
| নহাক্না খাইদগী 'যানিংদবা শাজৎ | — মিথ্যা পোন্না হিংবা |
| নহাক্না পামজবা থবক | — লাইরিক পাবা |
| নহাক্না খিদম পামজবা মীশক | — স্প'াটাক্স |
| নহাক্না পামজবা মচু | — অঙাংবা |

মার্ক্সনা অশংবা মতমদা মচাশিংদা খিদমনিংঙাই যাওবা বারী লাইরিক কয়া পাহনা তাহনবা হোৎনরম্মী। মসিনা হৈনবী ওইরক্লুনা মচাশিংসি অফাও অফাওবা স্কোলারশিংনা ইবা লাইরিকশিং মরুওইনা ইতিহাসিক অমদি লমকোও বারীশিং পামজনা পারম্মী। মপা অমা ওইনা মার্ক্স মচাশিংবু নিংথিজনা পাউতাক পীদুনা মতিক চাবা মী ওইননবা হোৎনরম্মী। মতম লৈবা খিবিক্কা অচুম্বা চৎনবা লোইননা নিংখাতম্বা ফংনবগীদমক শোক্নিবশিংদা অঙম্বা মতেং পীবসি মখোয়গী লেঙ্গ্রেবা কাদমনি। অদুম্না পিকলিঙৈদগী হোনা মার্ক্সকী মচাশিংনা মীকুহনা যেংবা অমদি মীওং-মীনৈবু য়ানিংদবা অদুগা নিংথা তম্না হিংমিন্নগদবনি হায়বগী বাখল চেল্লকই। মার্ক্সকী মীথোই মীহেনবগী গুনশিং অদু মচানুপীশিংদসু মমি তাই। মচানুপী অহল জেনী ইংরেজী থোইদোক হেন্দোক্না হৈবগী মথক্তা লাইয়েকপসু যাম্না হৈরম্মী। মান্না য়েকপা লাইশিং মখোয়গী য়ুমগী ফক্লাংদা পরেং শানা থেৎতুনা অরাকপা মীগী পুক্নিং শুমহৎহল্লম্মী। মচানুপী য়াইমা লোরা ইশৈ শকপা যাম্না হৈরম্মী। খাইদগী হেন্না পীথোরকপা গুন চেনবদি শোক ১৮৫৫, মার্ক্সকী অমত্তা য়াওজবা মচানুপা ইদগরনা মঙুংমতম চাদনা শিবগী মাংজোননা পোকথিবা মচানুপী ইলেনোরনি। মঙোন্দা মমাগী কান্নাবিদ্যাবু পামজবগী মগুন অদুগা মপান্দগীনা ওয়েলাইজেশন্দ হৈশিংবা অমসুং খিওবী পুথোক্লবা বাখল খন্থবা ঙম্বগী শক্তী মমী তাই।

লৈত লাইব্রেরী চৈনা লোইননা য়ুমহোং তোইবগী অৱাবা কয়া মায়োক্নহুনবু মার্ক্স অমদি মাগী ইমুং-মচুংগী মীওই অমগুনা পুক্সিং হনবা তৌখিদে।

মার্ক্সকী ইমুং-মচুংনা ব্রুসেলসতা য়ুম হোংলকপদগী ইমুংগী মী অমগুম্না লৈরকখিবী হেলেন দিমুথবু মখোয়গী য়ুমহোং তোইবা পুন্সিদা অচুম লোইনচুনা লাকখি। মহাক্কী য়ুমগী থবক ইনখাংদা হৈশিংবা লোইননা অককনবা শেন্নকমনা ইমুং চলাইনবা শিনবা উবদা মার্ক্স ঙক্নবা ঙমখিদে।

জেনীবু মাগী মুপী ওইনা ফংজবসি মার্ক্সকী মরাইবক ফবনি। মুংঙাই য়াইফবা ইমুংদা হৌরকলবসু পুন্সিগী তানফম কয়াদা অৱা-অনা কয়া থেংনবদা মার্ক্সকীদমক চেংপখি। লোইননা মচাশিংবু রিভোলুশন্নরী বাখল্লোন পীচুনা কংথোকপগী বাথক চেকহনবদা থৌদাং চাওনা লৌখি।

ইং শোক ১৮৫১ দা মার্ক্স সার্কুলেসন লাক্ক অনীগী মথক্তা চৎলবা মুংতিগী ফোংবা পাও চে "নিউ যোর্ক দেলি ত্রিবুন" গীদমক আর্টি-কল ইনবগী ওফর ফংলম্মী। ইং শোক ১৮৫২ গী আগষ্ট থাদা মার্ক্সকী ইহান হনবা আর্টিকল ত্রিবুনদা ফোংখি। মথং চংগী তঙদা মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা ত্রিবুনাসিদা আর্টিকল ৫০০ গী মথক্তা ইচুনা ফোংখি। ত্রিবুনসিদা আর্টিকল হাপ্পগা লোইননা মার্ক্সনা অতে লেবাকশিংদা ফোংবা দেমোক্রেটিক অমদি প্রোগ্রেসিভ ওইবা পাওচেশিং লোই-ননা ইংলেন্দগী লেবর প্রেসকীদমক আর্টিকল ইখি মার্ক্সকী আর্টি-কলশিংদা মরুওইনা ফোংদোকালিবসি বৃটিশ কনস্টিটিউশনগী অশোইবা, পার্লিযামেন্টতা প্রাইম মিনিষ্টরতগী অশুপ্পা পরারি, ষ্টেটকী অমদি ফোরেন পোলিসিদা মীযাম্না শকক য়াবা ফংদবা, কেপিটেলিস্ট লৈবাকশিংনা এসিয়া, আফ্রিকা অমদি লেটিন অমেরীকাগী লৈবাকশিংবু মখোয়গী কোলোনি ওইনা থম্নবগী পোলিসিনাচংবা নৈনবগী মতাংদনি।

☆ এভোল্দা ওর্গেনাইজেশন পীয়ু, অচুগা এনা নখোয়দা রিভোলুশন পীগে।
—লেনিন

মার্ক্সনা ইখিবা ভারতকা মরি লৈনবা আর্টিকলশিং— "দি ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পেনি, ইটস হিষ্টরী এন্দ রিজল্টস'; 'দি বৃটিশ রুল ইন ইন্দিয়া"; "দি ফিউচর রিজল্টস ওফ দি বৃটিশ রুল ইন ইন্দিয়া" নচিংবদা সম্রাজ্যবাদিনা ভারতকী মশান্না লৈজরম্বা সমাজগী শক্তম মরু ফংনা মাংহন্দুনা অমুক হিংগৎলকপা য়াদনবা শিনবনচিংবগী শক্তম তাকই।

ইং শোক ১৮৫০ হৌগৎলকপদা ইংলন্দা চার্টিস্ট মুভমেণ্টকী লেফট বিং কাংবুনা বার্কিং ক্লাসপু মিৎ পাংহন্নবগীদমক্তা থবক থৌরম কয়া পাইখৎলকপগী মতুংদা "দি রেদ রিপব্লিকান" হায়বা জর্নেল অমা ফোংবা হৌখি। জর্নেলসিদা অহানবা ওইনা কমিউনিষ্ট পার্টিগী মেনিফেস্টো ইংরাজি লোন্দা ফোংখি। লোইননা জর্নেলসিগী আর্টিকল কয়াদা তোট তৌদুনা মীয়ামগী মীভুৎ থম্নবগী বাফম নৈনরম্মী। মার্ক্সনা চার্টিষ্ট লিদর ইরনেষ্ট জোনসপু "দি পিপলস পেপর" হায়না থংনবা জর্নেলদু চয়োলগী ওইনা ফোংবদা মতেং পাংখি। ইং শোক ১৮৫২ দা ফোংবা হৌখিবা চেফোংসিগীদমক মার্ক্সনা আর্টিকল ১৭ ইখি। অদুম্না মার্ক্সকী মতেংদগী রিভোলুশনরী প্রোলেটরিয়ান জর্নেল ওহরকখি। ইং শোক ১৮৫৪ দা চার্টিস্ট লিদরশিংনা মানচেষ্টরদা ট্রেদ ইউনিয়নশিং, বার্করশিং অমসুং ক্লবশিংগী মীহুৎশিংগী কংগ্রেস অমা কনভেন তৌখি। কংগ্রেসসিগী মরুওইবা পান্দমদি মাস মুভমেণ্ট অমা শাগৎপনি। মানচেষ্টরদা চৎপা খুদোং চাদবদগী মার্ক্সনা অইবা চিঠি অমা থাখি। মহূদা পল্লিবদি তোঙান তোঙানবা বার্কিং ক্লাসকী কোর্সশিং পুনশিন্নহুনা জাতীগী থাক্তা প্রোলেটরিয়ান পার্টি অমা শেমগৎপগী তঙাইফদবহুনি।

ইং শোক ১৮৫৫ গী কালেন থাদা শিল্মীশিংনা লন্দনগী মরুওইবা সহরশিংদা অচৌবা দেমোস্ট্রেশন অমা চত্নুনা নোংমাইশিং মুমিত্তা হুকান থোং লোনবগী মাইয়োক্তা প্রতিবাদ তৌখি। মরমদি হায়রিবা মুমিং অসিদা মখোয়গী মুপীশিংনা থাংজ মুমিত্তা চয়োলগী ওইনা পুম্না ফংবা থুংশুমল পুহুনা কৈথেল কাবা মুমিংনি। মার্ক্সসু দেমোস্ট্রেশন অহুদা শরুক য়াখি অদুগা পুলিসনা ফাগদবগী শমনাদা নানথোকহৌই। মার্ক্সনা ইংলেন্দগী ইকোনোমিক অমদি পোলিটিকেল কন্দিশনশিং

কুপ্পা নৈনরবা মতুংদা ৱার্কিং ক্লাসনা মখোয়গী ভোটিং রাইট মওং চুন্না শিজিন্নরবা লোয়ননা কাংলুপকী লড়াইগীদমক নিংথিনা ওর্গেনাইজ তৌরবদি তুংদা সাসনগী চুপ্পা শোইদনা পাইরকনি হায়বগী অচেৎপা থাজবা ফোংদোকখি।

মার্ক্সনা শোক ১৮৫০-৬০ ফাওবগী মতুংদা পৃথিবীগী কৈথেলদা অহোংবা লাকখিবা কয়া নৈনখি। মতম্মসিদা ফাইনান্সিয়েল বেঙ্ককী মশিং য়াম্না হেন্গৎলকখি লোইননা স্টোক মার্কেটতা সিয়ার লৈবা য়োনবগী থবক কনখৎলকখি। মার্ক্সকী যাম্না সাইন্টিফিক ওইবা এনালাইসিসনা শেন্দোংগীদমক পোৎথোক হেন্না পুথোকপা ওইরকদবা থুদোংথিবা কয়াত্থ মাংজোননা খংবা ঙমখি। অওইবমকন্থ হং শোক ১৮৫৭ তা ইকোনোমিক ক্রাইসিস থোক্লনা পোৎথোক পুথোকপগী চাং খংহনহন্থখিবনা কল কারখানা কয়া থোং লোনশিনখি। মসিনা শাথিনা শোকহল্লিবদি ৱার্কিং ক্লাসনি। ইংলন্দদতা ইন্দষ্ট্রীয়েল ৱার্করশিংগী চাদা ৬০ দি থবক ফংহল্লমদে। পোৎচৈগী মমল খৱাং ৱাংখৎখি। মার্ক্সনা ইউরোপ্তা থোকলিবা ইকোনোমিক ক্রাইসিস অসি নৈনবা আর্টিকলশিং মথং মনাও নাইনা নিউযোর্ক দেলি ত্রিবুনদা ফোংদোক্লনা ইকোনোমিক ক্রাইসিস অসি থোরকখিবগী মরম অমদ মসিনা ওইহল্লকপা ফল মীয়াম পাকশন্না খংহনখি। মানা হাথিবা আর্টিকল অমদা বৃটিশ ইমপ্লোয়রশিংনা শেন্দোংগীদমক ফেক্টরী এজ্টকী ৱাংমদা শিন্মীশিংগী থবক শুবগী মতম শাংদোকপা, খুৎশুমন হংনা পীবা লোইননা চহী নৌরিবা অঙাংশিংবু কল কারখানাদা থবক শুহন্দুনা হক্প্লোইট তৌরিবা কয়াস মরিক চুন্না নৈনখি। বৃটিশ কেপিটেলিজমবু অঙাংগী ঈ চুপ্পা ভাম্পায়ারগা চাংদমনখ। ইকোনোমিক ক্রাইসিসসিনা মার্ক্স পুন্থ চেথেং পীবম্মী। ত্রিবুনগী হদিটরশিংনা মার্ক্সকী আর্টিকল থা অমদা নিপান ফেংলথহ্ মরিদা হন্থহন্দুনা মানা হান্না ফংলম্বা শেনফমহ্ তংথাইদা

☆রিভোলুশনশিং অসি কৈরোইরোন্থ তৈয়াম্বদা হেক্তা শেমশাবনা ঙাক্ত ওইনা পোকলক্তে। —লেনিন

হম্মরকলম্মী। মরমসিদগী ঊমুং চলাইবা ওম্নবা মাগী ইমুং মচুংগী যোনবা য়াবা পোৎচৈ অয়াম্বা য়োনবা তারম্মী। এঙ্গেলসনা মার্ক্স অমদি মাগী ঊমুং মচুংবু কয়া য়াম্না মত্তেং পাংবগে হায়বদি লেনিননা কোম্না কোং-দোকলকখিবা রাকম এঙ্গেলসনা মশাগী ওইজবা পুম্নমক থাদোক্তুনা শেলগী মত্তেং পীরমুত্রবদি মার্ক্সনা কেপিটেল ইবা লোইশিনবা ঙম-লম্মোই" হায়বসিনা হেন্না ময়েক শেংহল্লে।

মার্ক্সনা ইকোনোমিক ক্রাইসিসকী মরমদা ইবা আর্টিকলশিংদা কেপিটেলিষ্ট সিস্টেমনা লৈরিমখৈদি ইকোনোমিক ক্রাইসিস থোক-থিগনি হায়বসি এনালাইজ তৌদুনা উৎখি। ক্রাইসিসসিনা ইউরোপ অমসুং অমেরিকাগী রাজনিতিগী লমদা অওনবা কয়া লাকখি। রাসিয়াদসু রিভোলুশন অমা থোরকপা য়াবগী ফীভম লাকখি। মোক ১৮৬১-৬৫ গী চহিসিদা অমেরিকাদা নেগ্রোশিংবু মীনাই ওইহনবগী মায়োক্তা সিভিল বার থোরকখি। ইটালিদসু রিভোলুশন হৌরকখি লোয়ননা পোলেন্দদসু এষ্ট্রিয়ান রুলগী মায়োক্তা পোলেন্দগী মীয়াম হৌরকখি।

মার্ক্সনা বার্কিং ক্লাসকী মীওইশিংনা রাজনিতিগী লমদা শরুক য়ানবগীদমক্তা মুভমেন্ট কয়া হৌরকলিবসি বুপ্না লেংদুনা তেংবান তোঙানবা লৈবাকশিংগী রিভোলুশনরীশিংগী মরক্তা অচেৎপা মরি থম্নবা লোৎনখি। অমেরিকাগী সিভিল বারসি মানদবা সোসিয়েল সিস্টেম অনিগী মরক্তা (মপু অমসুং মীনায়গী) থোক্তুবা য়াদহুনা থোকলকপা ষ্ট্রগলনি হায়বা ইহান হান্না উবা ঙমখিবা মীশক্তী কার্ল মার্ক্সনি। মীনাই লোইবগী প্রথা লোয়শিনখিবনা পৃথিবীগী ইতিহাসতা অকনবা চৈথেং পীরগনি হায়বসি মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা খংখি অমসুং নেগ্রো-শিংগীদমক্তা থনবদু শিংথারতুনা লিংকনগী মমিংসি ইতিহাসতা ময়েক লানা লৈহৌরগনি হায়বসি মার্ক্সনা হায়খি। রাশিয়াগী মতাংদনা লৌমী শিন্মীশিংনা হৌরক্লিবা ইহৌ অমদি তুংদা অচৌবা রিভোলুশন অমা থোরকপা য়াবগী ফিভম লৈনখি লোয়ননা শেলথুমগী ফীভমদা শোৎথনা লৈহৌরিবসি মেনথৎনবগীদমক্তা ইন্দষ্ট্রি চাওথৎন্নবা হোৎনবগী

তঙাইফদববু মার্ক্সনা পনখি। শোক ১৮৬৩ হৌগৎলকপদা রিভোলু-শনগী মৈয়ী অসি পাক্চাওনা শন্দোক্পা হেন্নকখি। রাসিয়াগী খুদুম মথাদা লৈবা পোলেন্দগী লৈবাকশিংদসু জাতিগী নিংতম লড়াইগী দমক মীয়াম হৌরকলম্মী।

মার্ক্সনা এঙ্গেলসতা ইবা চিঠি অমদা ইউরোপতা রিভোলুশন হৌরকলিঙৈ চৈরকসিদা পোলেন্দসু ইহৌসিগী মৈয়ি শন্দোকপ্রবনিনা হন্দক্কী মতাংসিদা ঐখোয়না আশা তৌগদবসি মৈগী চীং পোকথাইহনা অশাবা মহী থংহৌদনা চেম্বরকপগুম রিভোলুশনগী মৈয়ীসি নোংপোক্তগী নোংচুপলোমদা শন্দোরকপা ওইসম্ম হায়না ইখি। মহাক্না পোলেন্দগী রিভোলুশনয়ীশিংদা অঙম্বা মতেং পাংখি। অদুবু জারগী লান্মীশিংনা মখোয়বু লাকশিনখি। পোলেন্দগী জাতিগী নিংতম লড়াইদা মাইথিখিবা অসিদা মার্ক্সনা মতমমতুগী ফীভমশিং কুপ্পা নৈনরবা মতুংদা পোলেন্দগী মীযাম্না মাহপাকপা পুবক্কে হায়রবদি রিভোলুশন্নরী মেথোদ হোং-দোক্লুনা লোমীশিংসু ইহৌসিদা শরুক য়ারক্নবা হোৎনবা তোইনা রাসিয়াদ রিভোলুশন হৌরক্লিবা কাংবুগা খুৎশম্নবা তঙাইফদে হায়না লেপখি। পোলেন্দগী মীয়ামগী ইহৌশিবু নিংশিংবা ওইনা মার্ক্সকী মচান্নুপী অহল জেনীনা ইনসর্জেন্টকী ক্রোস অমা শিরম্মী।

শোক ১৮৬১ তা মার্ক্স বার্লিনদা থুংলদুনা শিন্মীশিংগী ফেগের্নাই-জেশনাশিংগা মরি থম্নবা লোইনা শিন্মীশিংগী চেফোং অমা ফোংবা য়াগত্রা হায়বগী মতাংদা জর্মনগী রার্কস মুভমেন্টকী লুচিংব ফর্দিনান্দ লাসালি গা বারি শান্নখি। অদুবু লাসালিনা মার্ক্স ও মঙ্গুং এঙ্গেলসনা শাগৎলকপা রিভোলুশনরী দোকত্রিনগী প্রিনসিপলশিং অদুবু যাদবদগী রারী শান্নবা অদু মাহ পাকখিদে। অদুগা মার্ক্সনা প্রুসিয়ান সিটিজন অমা ওইগে হায়না হাংনখ্দুসু আরম্বা তাখি।

---

☆ ঐখোয়গীদমক্তা ফিলোসোফরশিংনা থনবিরিবা অমদি শিন্মীশিংনা থেংনগদবগী লেপলিবা অসিদা করম্বা মতিক ময়াই লৈরবা মালেমগী শক্তী অমনা ঐখোয়গী প্রোগ্রেসপু নহথবা ঙমগনি।

—ফ্রেদরিক এঙ্গেলস

শোক ১৮৬৩ গী মে থাদা জর্মনদা অহানবা ওইনা "দি জেনেরেল এসোসিয়েশন ওফ জর্মন ৱাকিং ক্লাস" কৌবা বুর্জ্জুৱাজিশিংগা মরি লৈনদবা ওর্গেনাইজেশন অমা শেমদুনা ৱার্করশিংগী মুভমেন্টসি থর কনখৎলকপগুম তৌখি। ওর্গেনাইজেশনসিগী ইহৌদা লাইরিক লাইশু হৈরবা প্রোগ্রেসিভ ওইবা মীওইশিংসু শরুক য়াবা হৌরকখি। অদুবু শোক ১৮৬৪ কাওবদি লাসালিনা ওর্গেনাইজেশনসিগী লুচিংবা ওইখি। অদুগা মথা তাবদনা মাগী মতুং ইনবশিংনা মহুৎশিনখি। ওর্গেনাইজেশনসিগী লিডরশিংগী পোলিসি অমদি আইদোলোজিনা মরুওইবা মরম ওইদুনা ৱার্করশিংগী পুক্নিংদা অহনবা পীরম্মী। লাসালিগী ৱাথলদি অনৌবা সমাজ অমদা কেপিটেলিজমসু মকা-কল্লা শাৎকাইহনবনি।

লাসালিনা প্রোলেটরিয়েটশিংগী ইকোনোমিক ষ্ট্রগল লোইননা ট্রেড ইউনিয়ন মুভমেন্টনচিংবা য়ারমদে। অদুগা প্রোলেটরিয়েটশিংনা পিজেন্ট অমদি পেটি বুর্জ্জুৱাজিশিংগা পুনশিন্নবসু য়ারমদে। লাসালিগী ৱাথল্লোনসিনা জর্মন ৱার্করশিংগী মরক্তা সাইন্টিফিক কমিউনিজম শন্দোকপা লুনা থোকখি। মাক্সনা লাসালিগী ৱাথল্লোন অমসুং টেকটিসকী অশোয়বা উখি। মরমসিদগী ৱার্কিং ক্লাসতা অচুম্বা খোংজং উৎপদা পোলিটিকেল ইকোনোমিনা য়ুম্ফম ওইবা লাইরিক দরকার ওই হায়না লেপ্তুনা মাক্সকী মমিং লৈরবা লাইরিক "কেপিটেল" ইবা হৌখি।

> কেপিটেলদা কোংদোকলিবা ইকোনোমিক
> থিওরীসি বুর্জুৱাজিশিংগী মকোক তম্না এম
> তৌথিবা খ্বাইদগী হেন্না মতিক ময়াই লৈরবা
> মিসাইলনি।
>
> — কার্ল মার্ক্স

## মার্ক্সকী মমিং লৈরবা লাইরিক কেপিটেল

মার্ক্সনা পোলিটিকেল ইকোনোমীগী মরমদা নৈনবা হৌখিবসি মানা শোক ১৮৪২ দা **Rheinische Zeitung** গী ইদিটর ওইনা থবক পুবা হৌরকখিবদগীনি। অহানবদা মহাক্না সপ্লাই ভেল্যুগী থিওরী শাগৎপদা চংলিবা প্রিন্সিপলশিং অমুক হেন্না পাথোক চাওথোক্নবা হোৎনরম্মী লোইননা মতুং তাবা থিজিন হুমজিনবগী থবক চংথনবগী— দমক্তা মেথোদশিং পুথোকলম্মী। শোক ১৮৪৯ দা লন্দনদা য়ুমহোংবা মতমদা ইউরোপকী মফমশিংদা হৌরিবা রিভোলুশনগী ইহৌনা মথা তানা লমসিদা থিজিন হুমজিনবদা অপনবা থোকত্রা থনখি। অদুবু মথা তাবা চহী কুনলোম অহু ৱার্কিং ক্লাস মুভমেন্টকী থোংজংদা থোইনা কনশিন— খিদবনা য়াম্না নিয়ম চুম্না মথং মনাও নাইনা থিজিন হুমজিনবগী থবক চৎথবা ঙমখি। অহানবদা মার্ক্সনা বৃটিশ পোলিটিকেল ইকোনোমিগী ইতিহাস নৈনখি। লোইননা মার্ক্সিজম শাগৎলকপদা বৃটিশ পোলি- টিকেল ইকোনোমীনা অচৌবা মতেং পীখি। মার্ক্সনা ইকোনোমিক্সকা

মরি লৈনবা লাইরিকশিং লৈনবতা নৎত্তনা অতৈ সাইক্কী লাইরিকশিংসু কুপ্না পারম্মী। শোক ১৮৫৭ কী আগস্ট থাদগী শোক ১৮৫৮গী মে থা ফাওবা থা তরা চুপ্না হোৎনত্তুনা নমথোক্লবা চেনা ৫০ পানবা ইকোনোমিক মেনুসক্রিপ্ট ইখি। মার্ক্সকী মমিং লৈরবা লাইরিক কেপিটেল অসি ইকোনোমিক মেনুসক্রিপ্ট অসিদা য়ুম্ফম ওইরগা তোঙান তোঙানবা সবজেক্ত নৈ-বা লাইরিক তরুক— কেপিটেল, লেন্দ প্রোপর্টি, ৱেজ লেবর, দ স্টেট, ফোরেন ট্রেদ অমদি দি বাল্দ মার্কেট ইনবা প্লান য়াৎখি।

চহীসিমক্কী আগস্ট থাদগী নবেম্বর থয়াই ফাওবগী মনুংদা মার্ক্সনা ইকোনোমিক মেনুসক্রিপ্টতা য়ুম্ফম ওইরগা নমথোক্লবা চেনা ২০০ পানবা "এ কন্ত্রিবিউশন তু দি ক্রিটিক ওফ পোলিটিকেল ইকোনোমীগী অহানবা শরুক ইখি। লাইরিকসি চেপ্তর অনীনা শাবান— "দি কমোদিটি" অমদি "মনি ওর সিম্পল সার্কুলেশন"। লাইরিকসিদা মপুংদা লৈনরিবা তোপিকশিং অসিদগী মার্ক্সকী ইকোনোমিক দোক্ত্রিন "দি মার্ক্সিষ্ট থিওরী ওফ ভেল্যু" পুথোরক্লবগী কম য়াৎখি। লাইরিকসি মথং মথং সেবিয়েল নাইনা বার্লিনগী পব্লিশর Duncker গা য়ানবা অমগী মথাদা ফোংখি। মার্ক্সকী এ কন্ট্রিবিউশন তু দি ক্রিটিক ওফ পোলিটিকেল ইকোনোমী অসি পৈশা (মনি) অমসুং মসি করম হায়না সার্কুলেট তৌবগে হায়বগী মতাংদা লৈনবা থাইদগী মরিক চুম্বা লাইরিক অমা ওইবতা নত্তুনা মার্ক্সিষ্ট থিওরী পুথোররবগী লম য়াৎপা লাইরিক ওইখি। লাইরিক অসি ইউরোপতদা নত্তুনা ইউনাইটেদ স্টেটস্সু য়াম্না পাম্না পানখি।

এ কন্ত্রিবিউশন তু দি ক্রিটিক ওফ পোলিটিকেল ইকোনোমী ফোংপ্রবা মতুংদা শোক ১৮৬১ গী কালেন থা ফাওবদি ইমুং মনুংগী লৈত লাইর অমদি অনা অয়েক্লা মাগী থিজিন হুমজিনবগী থবক্তা অপনবা পীখি। অতুবু চহীসিগী আগস্ট থাদগী শোক ১৮৬৩ গী জুলাই থা ফাওবা চহী অনী চুপ্না হনবা লৈতনা হোৎনবগী ফলনা নমথোক্লবা চেনা

২০০ য়োম পানবা "এ কন্ট্রিবিউশন তু দি ক্রিটিক ওফ পোলিটিকেল ইকোনোমী" গী অনিশুবা শরুক ইবা লোইখি। মসি শোক ১৮৫৭-৫৮ তা মার্ক্সনা ইখিবা ইকোনোমিক মেন্নুসক্রিপ্তু হেন্না মরিক চুম্মা ইথোকপনি। মসিদা মার্ক্সনা কোন্না মথং মনাও নাইনা ইথোরকখিবা কেপিটেলগী ভোলুমশিংদা নৈনরীবা হীরমশিং লোইনা য়াওরে। মসি পুথোক্নবগীদমক্তা মার্ক্সনা থা কয়া বৃটিশ মিউজিয়মদা অৱা অনা থিদনা থিজিন হুমজিনবগী থবক চংখখি। মরকসিদা ইমুং মঙ্গুংগী ক্তীভম ফত্তবা হেঞ্জিল্লকপদগী মহাক্না রেলৱে কমপেনি অমদা থবক তৌনবগীদমক দরখাস ফাওবা থাখি। অতুবু মাগী হেন্দরাইটিং ফজদবা অতুনা অপনবা ওইখি। এঙ্গেলসনা মশাগী ওইজবা থিদনা তেংবাং পীরকপা অতুনা মার্ক্স-না মাগী থিজিন হুমজিনবগী থবক কাইদনা চংথবা ঙমখি। তোপ তুনা নারগদবা ফাওবা মার্ক্সনা অৱা অনা থীদনা, চোকথবা উত্তনা ইকোনো-মিক মেন্নুসক্রিপ্ত (অনিরকশুবা ইথোকপা) লোইশিন্নবা হোৎনবদা মাগী নক্লবা মরুপ মপাংশিংনা অঙকপা পোক্লখি। অন্তুম্না মার্ক্সনা চহী কয়া অযুক সুংথিলদনা বৃটিশ মিউজিয়মদা মরি লৈনবা লাইরিক পাতুনা অতুগা অহিংদনা য়ুমদা নৈনকবা কয়াতুদগী ফংলকপা ফললশিং হীশন্দুনা মতম লেনখি।

মার্ক্সনা মাগী অনিরকশুবা ওইনা ইথোকপা হেন্না মরিক চুমলবা ইকোনোমিক মেন্নুসক্রিপ্ত (১৮৬১-৬৩) অসি শোক ১৮৫৯দা ফোংখিবা এ কন্ট্রিবিউশন তু দি ক্রিটিক ওফ পোলিটিকেল ইকোনোমীগী অনিশুবা শরুক ওইনা ফোংবগী মতুংদা "কেপিটেল" হায়না অতুগা সবটাইটলদা এ কন্ট্রিবিউশন তু দি ক্রিটিক ওফ পোলিটিকেল ইকোনোমী হায়না পোননা পামখি। লোইননা লাইরিকসিগী ভোলুম হেন্না চাওরকপদগী তোঙান তোঙানবা হীরমদা নৈননা ভোলুম অহুম থাইদোক্নে লেপাখ। অতৈ অতোপ্পা থবক কয়া ইন্তরনেসনেল বার্কিং মেনস এসোসিয়েসন শেপ্পা, জর্মন অমদি হোলেন্দদা লোইশিন্দবা যাদবা লনাইগী ওইবা

---

☆মীয়াম্না ঈশিংনি, রিভোলুশনরীশিংনা ডানি। —মাওসেতুং

থবক কয়াশিনা মার্ক্সপু মথৌ চিলহল্লবস্ত কেপিটেলগী নোহৌনা ইথোক্ল-বা মেন্নুসক্রিপ্ত শোক ১৮৬৫ গী দিসেম্বর থাদা ইবা লোইখি। মথং চহীগী (১৮৬৬) জনুৱারি থাদা এঙ্গেলসনা হায়বদগী প্রেসতা নমথোক্ল-বগীদমক্তা কেপিটেলগী অহানবা ভোলুম—"প্রোদক্চন ওফ কেপিটেল" ইথোকপা হৌখি। অসুম্না চহী মাপল চুপ্না অকুমলক ওইনা ইথোল্লবা মতুংদা লমায় কয়া পাল্লবা মেন্নুসক্রিপট অদুদগী অহানবা ভোলুম শংকত্তুনা ইথোকপহ্ অরাইবা থবক নংলমদে। ভোলুম অসি ইবদা লৈত-লাইরা অমাদ অনা অয়েক্তা অপংবা কয়া পীথ্রবস্ ১তু ইবা লোই-বদা মঙোন্দা অদুকী মতিক পেনবা ফাওখি মহুদি মহাক্কা মশাদা ফাও-খ্রিবা মুংঙাইবগী ইথিল অসিবু মমাওহবী অমনা অঙাং উন্নবা ১তমদা অরাবগী পন্দোম লোম্বা, অদুগা অঙাংহ্ উরগা অবাবা পুম্নমক কাও-থোকখিবগা চাংদমনখি।

শোক ১৮৬৭ কী এপ্রিল ২দা কেপিটেলগী অহানবা ভোলুম ইবা লোইখি। মশামক্তা হেমবর্গকী পব্লিশর Meissner গী মনাক্তা এপ্রেল ১২ দা থুংলহুনা লাইরিক অসি নমথোকপগী মরমদা বুপ্না থন্নবদা ত্রেন তৌবা প্রূফ রিদরনচিংবা বাংলদগী লেপজিংদা লৈবা Otto Wigand দা নম্বনা হেন্না থুদোং চাগান লেপহুনা এপ্রিল তাং ২৯ দগী মফমসিদা নম্বা হৌখি। হেমবর্গতগী মার্ক্স মাগী মরুপ Ludwig Kugelmann উন্ননা চৎখি অমদি মাগী মরুপকী য়ুমদা থা অমরোম লৈহুনা কেপিটেলগী ফার্স্ট প্রূফ পাখি। মহাক্কা Ludwig গী য়ুমদা লেনখিবা মতমসিবু মাগী পুন্সিদা থেংনবা খুইদগী হেন্না ফজবা ওসসকা চা দমনখি। কেপিটেলগী অহানবা ভোলুংগী প্রূফ রিদিং চহীসগী আগষ্ট তাং ১৬ কী নোংঙাল্লমদাই পুং ২ তাবা মতমদা মাগী লন্দনগী য়ুমদা লোইখি। প্রূফ পাবা হেক লোইবগা মার্ক্সনা এঙ্গেলসদা চিঠি ইহুনা তৌবীমল থংবা কো দোকখি। মহাক্কা ইখি "নহাক্কা ঐগীদমক্তা নশাগীওইজবা থাদোক্লমদ্রবদি ঐহাক্কা অসুক চাওথ্রবা থবক আস তৌব, ঙমলমলোইদবনি"। অসুম্না চহী ২৫ চুপ্না হনবা লৈতনা অমদি চোকথবা পোক্কনা হোৎনবগী মহেনা শোক ১৮৬৭ কী সেপ্টেম্বর

১৪ দা কেপিটেলগী অহানবা ভোলুম লাইব্রিক ওইনা মীয়ামদা উহনবা ডমখি। লাইব্রিকসিগী ময়মদা মার্ক্সনা হায়খি "ঐনা ঐগী হকচাং ইমুং মমুং অমদি সুংঙাইবা পুন্নমক কেপিটেলগীদমক সেক্রিফাইস তৌগ্রবনি"।

লাইব্রিকসি মাগা মতম শাংনা রিভোল্যুশনরী স্ট্রগলদা লোইনহুনা লাক্লবা মরুপ রিলিয়ম ব্রুলফতা দেদিকেট তৌখি।

বুর্জ্জুয়াজি প্রেসনা কেপিটেলগী অহানবা ভোলুম অসিবু নম-থনবা হোৎনখি অদুবু মহৈ য়ানখিদে। এঙ্গেলসনা লাইব্রিকসিদা য়ুম্ফম ওইহুনা আর্টিকল কয়া ইখি। অদুগা অতৈ লোন্দা আর্টিকল-শিংসিবু হন্দোকপদা মার্ক্স মশামক্না অকুপ্পা মিৎয়েং চংখি। শোক ১৮৭২ দা সেন্ট পিটরসবর্গতা (লেনিন গ্রেদ) কেপিটেলগী রাশিয়ান ইদিশন ফোংখি। মসিনা ইহান হানবা অতোপ্পা লোন্দা হন্দোক্লুনা ফোংবা লাহারক ওহাখ। রাশিয়ানদা ইবা কেপিটেলগী কপি ফংবদা মার্ক্সনা মাগী ইমুং মমুংগী মীওইশিং অমসুং মরুপ মপাংশিংগা লোই-ননা নুংঙাইবা ফোংদোকখি। লাইব্রিকসিবু রাশিয়ান লোন্দা হন্দোকপা অমদি ফোংবদা অচোবা দাইত্য লৌখিবসি রাশিয়ান রিভোল্যুশনরী জি: এ: লোপাটিননি। জারনা কেপীটেলসি ফোংবা য়াগনি হায়বগী অয়াবা পীখিবসিমক লাইব্রিকসিদা অঙ্ক য়াম্না য়াওবনিনা মী অয়াম্বনা পাবীরোই খনাখিবদগীনি। অদুবু অহানবা খুৎনমগী কোপী লিশিং অহুম অহু য়াম্না থুনমক লৈনখিবদগীদি লাইব্রিকসি মখা নমথবা থিং-জিনখি। মার্ক্সনা মাগী লোইরমদাই মিৎকুপ ফাওবদা থিজিন লুম-জিনবগী থবক লেপতনা চৎথহুনা অমদি ইথোক্লুনা মতম লেনখি। লাইনক খিবদি মাগী অচোবা কন্ট্রিবিউশন কেপিটেল ভোলুম অনী ১মুং অহুম মানা হিংলিঙৈ মতমদা নমথোক্লবা কপ ওইনা উবা ফংঙদে। মার্ক্সনা অনৌ অনৌবা ফেক্ট খোমজিনবগা লোইননা কেপিটেলগী ২শুবা

---

☆মীয়াম মরক্তা বিপ্লবিক ওইবা রাখল পোল্লদনা অমসুং অসিগুম্বা রাখল অসি চাওখৎহনবগী খুদোংচাবা ফীভম য়াওদনা রিভোল্যুশনগী টেক্টিস অমত্তা থবক্তা ওন্থোকপা য়ারোই। —লেনিন

অমসুং অহুমশুবা ভোলুমশিং কয়ারক হন্না ইথোকলম্মী। শোক ১৮৬৯ দদি মার্ক্সনা অনৌবা মচাক কয়া খোমজিন্নবগী মতম্তা রাশিয়ান লোন তমজদুনা রাশিয়াদা ইবা লাইরিক কয়া পাখি। মার্ক্সনা ভোলুম অহানবগী ইন্দষ্ট্রীয়েল রেজ লেবরগী মতাং নৈনবদা লন্দন মিউজিয়মনা অচৌবা মতেং ওইখিবগুম ভোলুম অনীশুবগী গ্রাউন্দ-রেন্ট (লৌমীগী খাজনা) কী মতাংদমা রাশিয়াগী লৌমী অমদি লৌপুগী মরক্তা লৈনবা মরিগী মরমদা ইবা লাইরিকশিংদগী কান্নবা কয়া কংখি। মসিগী মথক্তা অমেরিকাগী কেপিটেলিষ্ট দেভেলপমেন্টস্ত কুপ্পা নৈনখি।

মার্ক্সনা কেপিটেলিস্ট ইক্সপ্লোইটেশনগী অরোনবশিং অমদি কেপিটেলিজমনা চাওখৎলকপগী ইকোনোমিক লোশিং খংদোল্লবা মতুংদা সাইন্টিফিক কমিউনিজমগী থিওরী পুথোক্লুনা সোসিযেলিষ্ট রিভোলুশন্না সোসিয়েলিস্ট সোসাইটি অহুদগী কমিউনিষ্ট সোসাইটি পুরক্কনি হায়বসি প্রমান তৌদুনা পুথোকখি। কমিউনিজমদা মার্ক্সনা মচা তানা নৈনরিবসি সমাজ অমগী প্রোদক্তিভ ফোর্সশিং মপুং ফানা চলাইবা হায়বসি কমিউনিস্ট প্রোদক্সন রিলেশনগী মথাদতা ওইথোক্কনি অসিনি। মরমদি কমিউনিজমদদি পোৎথোক পুথোকপগী চাংসি দরকাবগী মতুং ইন্না লেপ্পী। লোইনমা বিজ্ঞান চাওখৎলকপগা ইবোইননা পুথোরকপা থোকহন খুল্লাইশিং শিজিন্নফম চানা শিজিন্নে। কমিউনিজমদা লনাই সম্পাত্তী লৈত্রবনিনা রো-মেটিরিয়েলশিং অমদি এগ্রিকল্চরগী পোৎথোকশিং অসি মীযাম্না কন্ট্রোল তৌই। অহুগা ইকোনোমিক প্লানিং তৌদুনা মীয়ামগী অপাম্বগী মতুং ইন্না পোৎথোক পুথোকই।

মার্ক্স মশামক্না কেপিটেলগী ভোলুম লোইনমক মথং মনাও নাইনা ইথোক্লুনা মীয়ামদা পুথোকনবা হোৎনখি। কেপিটেলগী অহানবা ভোলুম কোংগ্রিছৈদা ভোলুম অনিশুবা অমসুং অহুমশুবগী চাওরাকপা ড্রাফট ইবা লোইরম্মী। সেপ্তেম্বর ১৮৬৭ তগীদি ভোলুম অনীসগী মেন্নসক্রিপট ইবা হৌরম্মী।

মার্ক্সকী মরুপ এঙ্গেলসনা অস্তুক য়াম্না মক ওইগ্রবা লাইরিক ২সি লোইশিনবা হোৎনদুনা নমথোকখি। এঙ্গেলস মশামকী বাহৈদা—

"কেপিটেলগী ভোলুম অনী অমস্তুং অহুম
ইথোকপা লোইহনা কোংদোকপসিনা ঐগী
পুন্সিদা য়াম্না চাওবা থবক অমা পাংথোক্লে"

হায়খি–মহাক্না মেন্নুসক্রিপট অদু নৌক্তৌনা ইথোক্তুনা হাপচিনবা য়াবা কয়াম্নু হাপচিল্লগা অৱা অনা কয়া থাংহনা লাইরিক ওইনা নমথোক্লবা হোৎনখিবনি

ভি: আই: লেনিন্না কেপিটেলগী অনীশুবা অমস্তুং অহুমশুবা ভোলুম কোংদোক্লবা হোৎনবদা এঙ্গেলসনা লৌখিবা দাইত্য পল্লহনা অসুম্না হায়খি—

"কেপিটেলগী ভোলুম অনী অমস্তুং অহুম
কোংদোক্লুনা এঙ্গেলসনা মাগী মীথোই
মীহেল্লবা মরুপ মার্ক্সকীদমক্তা মতম চুপ্পগী
ওইনা লৈহৌরগদবা মোন্নুমেন্ট অমা শারে
অদুগা মহাক মশাদি খংজদনা মাগী হোৎনজমন্না
মোন্নুমেন্টতুদা মাগী মমিংস্তু যাওহনা লৈহৌরে।
অশেংবমক কেপিটেলগী ভোলুম অনী অমস্তুং অহুম অসিদা মার্ক্স অমস্তুং এঙ্গেলসকী অপুনবা থবকনি।"

কেপিটেলগী ভোলুম অনীশুবা ১৮৮৫ দা কোংখি অদুগা অহুমশুবা ভোলুমনা ১৮৯৪ দা কোংদোকখি। অদুবু এঙ্গেলসস্তু মার্ক্সকী ইকোনোমিক মেন্নুসক্রিপত পুম্নমক কোংদোক্লবগীদমক্তা শেম শাবা লোইহশিনবা ঙমদনা লোঙ্গাখি। মরমসিদগী মরিশুবা ভোলুম "থিওরীজ ওফ সপ্লর্স ভেলু" কুনশুবা সংকলিতা সোভিয়েট ইউনিয়নদা কোংলকখি।

লেনিন্না কেপিটেলিজমবু মবিক চুম্না নৈনহনা মসিগী ৱাখললোনসি মীয়ামদা খংহনবদা লমজিং পুরেন ওইখি। ঙশেংনমকস্তু কেপিটেলসি মার্ক্সনা পুথোকলম্বা দোকাত্রননি অদুগা মসিবু লেনিনগী লমজিং মখাদা রাসিয়াদা গ্রেট ওক্টোবর সোসিয়েলিস্ট রিভোলুশন মায় পাক্লুনা থবক ওইনা চাংয়েং তৌখিবনি।

"দেসপ্রেম কোনসেংদি স্বাধীনতানি; দেস অমগী স্বাধীনতা মাঙহল্লগা দেস, অমগী স্বাধীনতা ওইবা য়াদে। মাগী দেসবুনা চাউহল্লগা লৈবাক অমবুনা পিকহনবা, অদুগুম্বা অমগী স্বাধীনতা মাঙহনবা অমসুং অতোপ্পা দেস অমগী মীবু অরেম্বদা ওং-নৈরগা মখোয়না করিগুম্বদা স্বাধীনতাবু সন্মান তৌদে। মদুগী আর্থদি মাগী দেসকী স্বাধীনতা অদু চিঙ্খদা য়াবা থবক্কিদি য়াদবনি।

—ইরাবত

## ইন্তরনেশনেল ৱার্কিং মেনস এসোশিয়েশনগী লুচিংবা ওইনা মার্ক্স

কেপিটেলিজমনা অসুম অসুম চাওখৎলকপা অমদি শিল্পী মশিং য়াম্না কেপিটেলিস্ট ইন্তরপ্রাইজশিংদা পুল্লা থবক শুবা হেনগৎলকপদগী শিল্পীশিংনা মখোয়গী ফীভম ময়েক শেংনা খংবা হেল্লকখি অমসুং মখোয়গী ক্লাস ইন্তরেস্ট ঙাক্কবগীদমক্তা পুনশিন্নরকখি। মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা মখোয়গী "মেনিফেষ্টো ওফ দি কমিউনিস্ট পার্টি" দা লাইকাওগুম্না ফাওদোকখ্রবা বাফম মদুদ কেপিটেলিষ্ট দেভলপমেন্টনা শিল্পীশিংগী মরক্তা জাতিগী অমদি অন্তরজাতিগী থাক্তা পুশিন্নবগী

তাঙ্গা পুরকলগনি হায়বতু অচুম্বা ওইরকখি। মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা শিন্মীশিংগী হেন্না ককগৎপা পুক্নি অমা শেম্নবগীদমক্তা "দি ইন্তরনেসনেল বার্কিং মেনস এসোসিয়েশন কৌবা" ইহান হানবা অন্তরজাতিগী থাক্কী সংস্থান অমা লিংখৎনবগী লম য়ানখি। শোক ১৮৬৪ গী সেপ্তেম্বর তাং ২৮ দা লন্দনগী সেন্ট মার্টিন হোলদা পাংথোকখিবা মিটিং অদুদা ইংলিস, ফ্রেঞ্চ, জর্মন, ইটালিয়ান, স্বিস বার্করস অমসুং ইউরোপকী অতৈ লৈবাকশিংদগী চেল্লকু্না ইংলন্দদা লৈবা রিভোলুশন্নরী চা কয়া তিনখি। মিটিংসিদা পোলেন্দা মরৈবাকপু নিং তমহনবগীদমক্তা শোক ১৮৬৩ দা হৌখিবা ইহৌ অদুদা সোলিডারিটি উৎখি। মিটিংদুদা তিল্লরিবা অয়াম্বা শিন্মীশিংনা মার্ক্সনা শোক ১৮৪৮—৪৯ গী রিভোলুশনদা লৌখিবা থৌদাং-কমিউনিস্ট লিগকী লুচিংবা অমা ওইনা মার্ক্সকী কন্ত্রিবিউশন লোইননা মাগী রিভোলুশন্নরী পব্লিকেশন কযাদগী মানা অকিবা লৈতনা সরকারগী অশোইবা কয়া হুন্দুনা ইবশিং হান্নদগী খংলম্মী।

মার্ক্সনা হায়রিবা মিটিংদুদা তোঙান তোঙানবা বক্তাশিংনা ভাংলিবশিংদু তারগা অহানবা ওইনা শিন্মীশিং পুনশিনবগী তাঙ্গা লাক্নে হায়বসি খংবা ঙমখি। মিটিংশিনা বার্কিং ক্লাসকী কমন ইন্তরেস্ট ঙাক্কবগীদমক্তা "ইন্তরনেশনেল বার্কিং মেনস এসোসিয়েশন" কৌবা সংস্থান অমা লিংখৎনব, বারেপ লৌখি। মার্ক্সপু বার্কিং কমিটিগী মেম্বর ওইনা (মথা তারকপদা সেন্ত্রেল কাউন্সিল অদুদগী জেনরেল কাউন্সিল হায়না খংনগ্রবা) লোইননা সংস্থানসিগী রুল, রিগুলেশন ১দি প্রোগ্রাম্মচিংবা য়াৎথোক্নবগীদমক্তা সব-কমিটিগীসু মেম্বর ওইনা খনখি। অদুবু নাবনা মরম ওইদুনা মার্ক্স দোকুমেন্টশিং অসি ড্রাফট তৌবদা য়াঙবা ঙমখিদে। হায়রিবা দোকুমেন্টশিং অদুবু পাস তৌনবগীদমক্তা খন্নবা পুখোরকপা মতমদা মার্ক্সনা যানিংদবা ফোংদোকখি। মরমদি দোকুমেন্টসিদা বার্কিং ক্লাসকী থৌদাংশিং মচা খাইনা তাক্তে লোইননা অনৌবা ওর্গেনাইজেশন অসি কন্সপিরেটোরিয়েল সোসাইটি অমা ওইবকপা য়াবগী

---

☆নীওইবগী ইতিহাস অসি মীয়াম্না শেমজবনি। —কার্ল মার্ক্স

অহোবা কয়া লৈরম্মী। কুইনা খন্নরবা মতুংদা কমিটিনা মার্ক্সপু দোকু-মেণ্টতু শেমদোক্নবগী পরার পীরম্মী। মার্ক্সনা মাগী সাইণ্টিফিক কমিউ-নিজমদা য়াওরিবা প্রিন্সিপলশিং অহু লেবর মুভমেণ্টকী ওইরকলিবা ফিভমদা পানশিনবা য়াবা মওংদা ইথোক্লুনা " দি প্রোভিজনেল রুলস এন্দ দি ইনোগুরেল এড্রেস ওফ দি ইন্তরনেশনেল" হায়বসি মেম্বর-শিংদা পুথোকখি। জেনরেল কাউন্সিলনা প্রোগ্রাম দোকুমেণ্টশিং অসি য়েংনবা লৈত্না য়াখি। দোকুমেণ্টতুদা য়াওরিবা মরু ওইবা রুল খরদি :—

—পোলিটিকেল পরার পাইবা হায়বসি বার্কিং ক্লাসকী খ্বাইদগী হেন্না মরুওইবা থৌদাংনি।

—বার্কিং ক্লাসকী জয় ওইবা য়াবগী মরম হায়ববু মীশিং য়াম্বসিনি অহুবু মেম্বরশিংনা অমতা ওইনা পুনশিননহুনা জ্ঞান তাম্নরবতদা অপুন-বগী শক্তীহু উৎথোকপা ঙমগনি।

—হায়রিদ লেবরসি লেবর ওফ এসোসিয়েশন্না মহুৎ শিন্নগনি। লোইননা থবক শুবদা অনৌবা আশা, হরাও তয়াম্বা অমদি শুনিংবা অমগা লোইননা পাংথোক্নি।

—পোংথোক পুথোকপদা অনৌ অনৌবা থোকহন খুৎলাইশিং শিজিন্নহুনা দরকারগী এতুং ইন্না পুথোক্নি।

অস্নুম্না দোকুমেণ্টতা ইরিবা রুলশিং অসিনা ময়েক শেংনা তাক-লিবদি বার্কিং ক্লাসকী মুক্তি অসি বার্কিং ক্লাসনা সমাজদা চপ মান্নবা অধিকার ফংননবা লোইননা মীওই খরতগী মথুক্তা লৈঙাক সাসনগী চুপ্পী পাইবহু মুথৎহুনা মীয়ামগী সাসন লিংখৎনবা হোৎনরবতদা ওইথোক্নি হায়বসিনি।

মথা তানা এসোসিয়েশনগী রুলদা ইরিবসি ইন্তরনেশনেল বার্কিং মেনস এসোসিয়েশন অসিনা তোঙান তোঙানবা লৈবাকতা লৈরিবা বার্কিং মেনস সোসাইটিশিংগী মরক্তা ই-পাও চংনবা অমদি অমগা অমগা মতেং পাংননবগী সেন্ত্রেল ওর্গান ওইগনি। এসোসিয়েশনগী

প্রোগ্রাম দোকুমেন্ট য়াৎপা মতমদা মার্ক্সনা সেক্রেরিয়ান ওইবা য়াখল্লোন লোইননা কাংলুপ খরতনা খুদোংচাবা লৌবা য়াবা আইদিয়ানচিংবা য়াওহনদনবা অকুপ্পা মীৎয়েং চংলম্মী। মার্ক্সনা দোকুমেন্টসি ইথোকপা মতমদা মমাংদা থেংনখিবা ইক্সপরিয়েন্স কয়াদা য়ুম্ফম ওইদুনা শেমখি হায়বদি লৈবাক অতৈগী শিন্মীশিংগী মতেং য়াওদনা করিগুম্বা লৈবাক অমতগী শিন্মীশিংনা ইহৌ অমদা মাইপাকপা পুরকপা ঙমলোই লোইননা শিন্মীশিংগী স্ত্রগল মাইপাক্কবগী দমক্তা অমদি মুক্তী পুরক্কবগী-দমক্তা কনাগুম্ব মরি লৈনদবা ওৎপিরবশিংগী ওর্গেনাইজেশন অমা শেমগৎপা তঙাইফদে হায়বসিনি। মার্ক্সনা য়াম্না মরুওইনা পল্লিবা বাকম অমদি রুলিং ক্লাসকী ফোরেন পোলিসিগী মাইয়োক্তা শিন্মীশিংনা থেংনবনি। মরমদি মখোয়গী ফোরেন পোলিসিনা লৈবাক অমগী শিন্মীশিংগী ইন্টরেস্টকা অতোপ্পা লৈবাক অমগীগা চাশিন্নদনবা শিল্লি। অদুনা শিন্মীশিংনা ইন্টরনেশনেল পোলিটিক্সকী অয়োনবশিং অদু খংদোক্লবা হোৎনগদবনি লোইননা লৈবাক লৈবাক্কী ওইবা ফোরেন পোলিসি অদু কুপ্পা যেংশিল্লগা দরকার লৈরবদি থেংনদুনা চুমথোক্লবা হোৎনগদবনি। মসিনা শিন্মীশিংগী মুক্তী পুবকনবগী অচৌবা শরুক অমা ওইগদৌরিবনি। মরমদ লৈবাক লৈবাক্কী ওইবা ফোরেন পোলিসি চুমথোক্লবা হোৎনবনা পৃথিবীগী লেবাকশিংগী মরক্তা অচুমবা অমদি মোরেলিটি থম্বা ঙমগনি।

ইন্টরনেশনেল ৱার্কিং মেনস এসোসিযেশনগী খ্বাইদগী মরুওইবা ওর্গানদি মসিগী কংগ্রেসনি। কংগ্রেস অসি চহী চহীগী ওইনা ফম্মী। অদুগা এরক্কী ওইবা মীফমনা জেনেরেল কাউন্সিলনি। জেনেরেল কাউন্সল অসিদা তোঙান তোঙানবা লৈবাকশিংগী শিন্মীশিংগী ওর্গে-নাইজেশনগী মীহুৎশিং য়াওই। জেনরেল কাউন্সিলগী মথৌদি ইন্টর-নেশনেল ৱার্কিং মেনস এসোসিয়েশনদা য়াওরিবা ওর্গেনাইজেশন কয়া অসিগী থবক থৌরমশিং কো-ওর্দিনেট তৌবনি। মার্ক্সনা

☆লালহোবা হায়বসি শান্নবা নত্তে। হোৎনবদি ঙমদ্রিফাওবা শেং ক্ল-গদবনি।
—কার্ল মার্ক্স

এ:সাসিয়েশনসিগী দোকুমেন্ট ড্রাফট তৌবা মতমদা থমখিবা পান্দম-শিং—ইন্টরনেশনেল প্রোলেটরিয়ান আইদোলোজিনা বুর্জ্জুৱাজিশিংগী নেশনেলিজম অমদি চৌভিনিজমগী বাখল্লোনবু মাইথিবা পীবা অমুগা মীয়ামদা পোলিটিকেল ইডুকেশন তৌইনা পীদুনা বুর্জ্জুৱাজি অমসুং পেটি বুর্জ্জুৱাজিশিংগী বাখল্লোননা হুমদুনা পুখিদনবা ষ্ট্রগল তৌগদবনি হায়বনচিংবশিং অসিনা ইন্টরনেশনেল ৱাকিং মেনস এসোসিয়েশনগী আইদোলোজিকেল বেনর ওইরবখি।

হায়রিবা এসোসিয়েশন অসিগী জেনরেল কাউন্সিলগী মীকম লৈবাকপোকপা খুদিংগী পাংথোক্লম্মী। মার্ক্সনা ৱাকিং ক্লাসনা থেংনরিবা সমস্যাশিং, জাতিগী নিংতম লড়াইগীদমক্তা পৃথিবীগী লৈবাক খরদা চংথরকলিবা ইহৌ লোইননা পৃথিবীগী রাজনিতিগী ওইরকলিবা ফীভমনচিংবগী মতাংদা মরিক চুম্না রা কয়া ওাংখি। জেনরেল কাউন্সিলগী মীকমশিংদা তৌইনা নৈনরবা ৱাকমশিংদি- রোল ওফ ইকোনোমিক ষ্ট্রগল, দি ইম্পোরটেন্স ওফ পোলিটিকেল ফ্রিদম, প্রোব্লেমস ওফ লেন্দ ওনরসিপনচিংবা অসিনি।

জেনরেল কাউন্সিলদা মার্ক্সনা ওইরিবসী জর্মনি অমসুং নেদরলেন্দসকী কোরেসপোন্দিং সেক্রেটরীনি, ১৮৭০ দগী রাশিয়াগীসু ওইখি। অদুবু মাগী থোইদোক হেন্দোক্লবা গুন কয়াদগী জেনরেল কাউন্সিলগী আইদোলোজিকেল অমসুং পোলিটিকেল লিদর ওইখি। মার্ক্সনা কাউন্সিলগী মেম্বরশিংবু থিওরীটিকেল নোলেজ লোইননা পোলিটিকেল ইক্সপারিয়েন্স লেহননবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌখি।

মার্ক্সনা ৱার্করশিংগী প্রেসনা ফোংলক্লিবা কয়া কুপ্পা নৈনবতা নত্তনা লৈবাক কয়ানা ফোংবা সোসিয়েলিষ্ট, দেমোক্রেটিক অমসুং বুর্জ্জুৱাজি প্রেসশিংগী চেফোং কয়াসু নৈনরম্মী। লোইন-লোইননা ৱাকিং ক্লাস চা কয়া অমসুং নেশনেল লিবরেশন মুভমেন্টকী লিদরশিংগসু ই-পাও চৎনরম্মী। মার্ক্সকী মরুপ Friedrich Lessner গী ৱাহৈদা

ইন্টরনেশনেল ৱার্কিং মেনস এসোসিয়েশনগী-
দমক্তা মাক্স থবক কাহৈন্না তৌরম্মী। মশামক্না
এসোসিয়েশনসিগী প্রোগ্রাম দোকুমেন্টশিং,
মিটিনদা ভাংনবা ৱাহৈশিং লোইননা মসিগী
চেফোংশিংদা য়াওরিবা মচাক্শিং ইরম্মী।
মাক্সনা মাগী শিন্থাশিং শোইদনবা পাং-
থোকলবস্থ মশাগী হিংনবগী লানফমদি ৱানা
থেংনরম্মী।

শোক ১৮৬৬ তা ইউরোপকী লৈবাকশিংদা ইকোনোমিক ক্রাই-
সিস অমুক হন্না থোরকখিরম্মী। থবক ফংদবা, পোংচৈগী মমল
হেঙ্গৎপা অমস্তুং চানিংঙাই লৈতবগী অৱা অনা কয়া মশিং য়াম্বা
মীয়ামা মায়োক্নরম্মী। মসিদগী অনৌবা মওংগী স্ট্রাইক অমা চৎথরক-
লম্মী। মাক্সনা লুচিংবা জেনরেল কাউন্সিল অসি তোঙান তোঙানবা
লৈবাকশিংদা শিন্মীশিংনা হোরিবা ষ্ট্রাইককী সেন্টর ওইরম্মী। জেনরেল
কাউন্সিলগী মতেংনা ষ্ট্রাইক চৎথরিবা শিন্মীশিংনা অতৈ লৈবাক্কী শিন্মী-
শিংদগী পোংচৈগী মতেং ফংলম্মী। কাউন্সিলসিনা জোনভাগী ইঞ্জিন
ড্রাইভরশিং, টাইফ মচিন পানথৎপশিং অমস্তুং য়ুমশাবশিং, পেরিসকী
থাতুগী পোংচৈ শাবশিং, অমদি অতৈ অতৈ লমগী শিনফম তোঙান
তোঙানবা পাইবা শিন্মীশিংনা চৎথরিবা ষ্ট্রাইকতা শরুক য়ারম্মী
লোইননা কেম্পেন কয়া তৌদুনা সোলিডারিটি উৎখি।

জেনরেল কাউন্সিলগী মিটিং অমদা শিন্মীশিংনা খুৎশুমন হেন্না ফংনবগীদমক্তা স্ট্রগল তৌবগী মতাংদা য়েৎনবা থোরম্মী। কাউন্সিলগী মেম্বর অমগী মত্তা খুৎশুমন হেঙ্গৎলবদি মুংতিগী শিজিননরিবা পোংচৈগী মমলস্থ হেঙ্গৎলক্কনি; মরমসিনা খুৎশুমন হেনগৎনবগীদমক্তা ষ্ট্রগল তৌবনা শিন্মীশিংবু অরানবা মাইথৈদা লমজিংখিগনি হায়বাসনি। মহাক্কী

☆লালহৌবগী য়াম্না মরুওইবা ভানফমদা মীশিং যাম্না পুনশিন্নবা হোৎনগদবনি, নত্রবদি য়েক্নবনা খুদোংচাবা লৌথানি।

—কার্ল মাক্স

মতৃসিদি বুর্জ্জ্বাজিশিংনা পুথোরকপা পোলিটিকেল ইকোনোমিদা য়ুম্ফম ওইবনি। জেনরেল কাউন্সিলগী মেম্বর খরনস্তু রাক্মসি য়ানিং-বদগী মখোয়গী ইমপ্লোয়রশিংগা য়ানবা পুরকনিংলম্মী। অসিগুম্বা চমম্ববা রাখল্লোনসিদগী থোরকপা য়াবা খুদোংথিবা কয়াহু খংবদগী মাক্স্‌না মাগী ফোংদোক্লিজ্বা লাইরিক "কেপিটেল" দা য়াওরিবা ইকোনোমিক লোশিংহু শন্দোকন তাক্লুনা খুৎশুমন হেনগৎপনা পোংকী মমলদা অকাইবা থোকহন্দে হায়বসি প্রমান তৌদুনা উৎখি।

শোক ১৮৬৫ গী জুন তাং ২০ অমসুং ২৭ তা জেনরেল কাউন্সিলগী মিটিংদা মাক্স্‌না ভাংথিবশিং অদু কোম্না "রেজেস, প্রাইস এন্দ প্রোফিট" হায়বা টাইতলগী মখাদা ফোংখি।

ইন্তরনেশনেল বার্কিং মেনস এসোসিয়েশনগী থবক থৌরম কয়ানা শিন্মী কয়াগী রাথল্লোন হোংহনবা ঙমখি। অহানবদদি ষ্ট্রাইক চৎথরুরগা মাগী থবক অদু অতৈ থবক ফংদবা মীওইশিংদা পীথোকাখিগদ্রা হায়বগী অকিবা লৈনরম্মী। অদুবু শোক ১৮৬৪ গী শিন্মীশিংগী ইহৌদা এসো-সিয়েশনসিনা লৌখিবা ফিরেপতগী তোঙান তোঙানবা লেবাকশিংদা লৈরিবা শিন্মী মিলিয়ন কয়া অসি ষ্ট্রগলদা শরুক য়ানিন্নরিবা কমরেদ-শিংনি হায়না য়াম্না চাওথোকনা হায়বা হৌরকলম্মী।

কেপিটেলিস্টাশিংস্তু আসগুম্বা নিংখঙনা দ্গেনাইজ তৌরবা শিন্মীশিংগী এসোসিয়েশন অসিবু কিরকপদগী বুর্জ্জ্বাজ প্রেসনা মখল মখাগী শাক্সিনবা ই-পাও—ইন্তরনেশনেল বার্কিং মেনস এসোসিয়েশনগী মিলিটরী ফোর্সকুম্না অর্গেনাইজ তৌরবা মেম্বর মিলিয়ন কয়া লৈরে অমদি জেনরেল কাউন্সিলনা হুকুমবু পীরবদি চ ওখংলনা পৃথিবী অসিবু মরু ফংনা মাংহল্লবা য়ারে হায়বনচিংবা শন্দোক্লম্মী মাক্স্‌নস্তু অমুক হন্দুনা মখোয়গী চার্জ কয়া অদু য়ুম্ফম য়াওদবনি হায়বা খংহননবা এসো-সিয়েশনগী ওইরিবা অশেংবা শক্তমদু ফোংদোকখি।

মাক্স্‌না বৃটিশ প্রোলেটরিয়েটশিংগী মরক্তা ক্লাস কন্সিয়সনেস পোকলক্তনা বৃটিশ লেবর মুভমেন্টকী রাইট বিং লিদরশিংগী থুবামদগী নানথোক্তনা পোলিটিকেল ষ্ট্রগলদ শরুক য়ারকনবা লমবেল য়াংখি।

মহাক্ক বৃটিশ ট্রেড ইউনিয়নশিংবু বার্করস ওর্গেনাইজেশনদা ওন্থোক্তুনা বুর্জ্জুৱাজিশিংগা মরি লৈনদনবা হোৎনখি। ইন্টরনেশনেল বার্কিং মেনস এসোসিয়েশন শেমখিবা চহী অনীগী মতুংদা লন্দনগী টাইপ শাবা, চুরুপ শাবা অমদি উশুবশিং লোইনন। অতৈ ট্রেড ইউনিয়ন কয়াম্থু এসোসিয়েশনসিদা য়াওরকখি। জেনরেল কাউন্সিলনা অন স্কিলদ অমদি লো স্কিলদ বার্করসিংবুস্থ এসোসিয়েশনদা য়াওরহনবা কন্না হোৎনখি।

ইংলন্দা ভোট পীনবগী অধিকারগীদমক্তা চৎথরিবা ইহৌদা এসোসিয়েশনসনস্থ মরুওইবা থোদাং লৌগনি হায়না মার্ক্সনা ফোংদোকখি। মহাক্কী মত্তা শিন্মাশিংস্থ মখোয় মশেল মরক্তা ওর্গেনাইজ তৌনদুনা হেন্না থুমাং চাওশিল্লকলে অতুনা মখোয়গী কান্নুপকী ইন্টরেস্টতা ভোট থাদবা ওমজরগনি অসিনি জেনরেল কাউন্সিলগী ইনিসিয়েটিভতগী ইংলন্দগী ইলেক্টোরেল রিফোর্ম কেম্পেনদা কনজিংনবগীদমক্তা রিফোর্ম লিগ অমা শেমখি মার্ক্সনা ইংলন্দা লৈরিব ভোট থাদবা যাবগী চহী শুববা মুপা খুদিংমক ভোট পীবগী অধিকার ফংহনগদবনি হায়বা মতমতুদ য়াম্না মকওইথ্রবা দিমান্দ অসি রিফোর্ম লিগপু পুথোকহনখি। কেম্পেন অসি অস্তুম পাকথোক চাওথারক্লনা মীয়ামগী অপুনবা ইহৌ অমা ওইরকখি। মাসদা বৃটিশ বার্কিং ক্লাসকী মীওইশিংনা চাওনা শরুক যাখি

জেনরেল কাউন্সলগী গুাইদগী হহান হানবা ফোরেন পোলিসিগী এক্টিভিটি অব্রাহম লিংকনদা মাবু অমুক হন্না অমেরিকাগী প্রেসিদেন্ট থল্লকপা অসিদা লুংভাহবা ফোংদোকপা পাওডেল থাবন।

চিঠিতুদা মার্ক্সনা অমেরিকাগী মীনাই য়োনবশিংনা হৌরাব্রবা ইহৌ অসি ইংলন্দকী খোংচৎ অসি অমুক হন্না মমাংতৈগীরোমদা হজিন্সহন্দুনা শিন্মাশিংনা মখোয়না বানা লাঙ্গুনা ফংলব্রবা অধিকারবু মাংহননবা হোৎনব্রীবসিদা লিন্দা তৌদুনা ইখি। মাসগী পাওথুম

☆থুংলাক্ত পাইবগী লানহৌ অসি অহেৎপা। ফারেনকী মখাদা হোগদবান। যেকুবা য়েংননবা চংশিনগদবনি, নওতুনা যেকুবা ডাকথোরবা লো নবরোনদা চংশিল্লবদি ইহৌদু মাইথিগনি। — কার্ল মার্ক্স

"দি টাইমস" হায়বা ইংরাজি পাওজেলচে অহুনা চাওনা কোংদোকলকখি। মতুদা মরুওইনা পল্লিবদি ইউরোপকী শিল্মীশিংগী মতেংদগী মীনাই য়োনবশিংনা হৌরকলিবা ইহৌ অসি অমেরিকা সরকারনা লাকশিনবা ভমলে অসিনি। অস্তুম্না জেনরেল কাউন্সিলনা লিংকেন্দা ইবা চিঠি অসিনা ইন্তরনেশনেল রাকিং মেনস এসোসিয়েশনগী সেক্রেটারিয়ান ওইদবা পোলিসি অমদি মসিনা মরুম থুদিংমক্তা চৎথরিবা প্রোগ্রেসিভ ওইবা দেমোক্রেটিক মুভমেন্টশিংদা সপোর্ট তৌবহুবু ময়েক শেংনা তাকখি। মথা তানা মার্ক্সনা এসোসিয়েশনসিগী পোলিসিদা জাতিগী নিংতম লড়াইগীদমক্তা হৌরকলিবা লোইলম সাসনগী মথাদা লৈবা লৈবাকশিংদা মতেং পীনবগীদমক্তা শিল্মীশিং পুনশিনবগী মতাং হাপচিল্লবা তকশিনখি।

মার্ক্সনা বৃটিশ বুর্জুয়াজিশিংগী— বৃটিশ অমস্থং আইরিস বার্কারশিংগী মরক্তা জাৎকী অমদি ধর্ম্ম খেন্নবগী নামাদা কলক য়েংথিবা পোকনবা হোৎনবা পোলিসিবু য়ানিংদবা ফোংদোকখি। মার্ক্সকী বাহৈদ —

"ভসি ইংলেন্দা থোকলিবাস মমাংদৈদা রোমদা
থোকখিবগুগা অমহানি। জাতি অমনা অতোপ্পা
জাতি অমবু নমথনবা হোৎনবা হায়বসি মশাগী
মখোংদা য়োক্লিং থাংজিনজবগুম্নানি।

শোক ১৮৬৭ দা আয়ারলেন্দা জাতিগী নিংতম লড়াইগী ইহৌ অমুক হন্না হৌরকলম্মী। আইরিস পেটি বুর্জুয়াজি রিভোলুশনরীশিংগী অরোনবা ওর্গেনাইজেশননা—

"আইয়ারলেন্দ আইরিসশিংগী ওইগদবনি;
ঐখোয় রিপব্লিক অমা শেম্বা পাম্মী;
ঐখোযদা লম পীগনবনি"

হায়নচিংবা শ্রোগান কয়া লাওথোকলম্মী। মখোযগী ইহৌ অহু বৃটিশ গভর্নমেন্টনা লাকশিনখি। অহুবু আইরিস রিভোলুশনরীশিংনা মখোয়গী ফাজিনখ্রবা কমরেদশিং থাদোকনবা হোৎনরকপদগী সরকারনা

চেকশিন থোরাং হেন্না লৌখৎখি। মার্ক্সকী লমজিং মখাদা ইন্তর-নেশনেল বার্কিং মেনস এসোসিয়েশন্না আইরিস রিভোল্যুশনরিশিংগী দিফেন্সকীদমক্তা হোৎনরকখি। এসোসিয়েশনসিগী মেম্বরশিংনা মখোয়গা অমতা ওইবা ফোংদোকপগী মিটিংশিং পাংথোকখি। প্রেসতা ফোং-দোক্লবগীদমক্তা আর্টিকল কয়া ইনরকখি লোইননা জেনরেল কাউন্সিলগী মিটিংশিংদা আযারল্যান্দগী বাফমসি তোইনা খল্লদুনা বৃটিশ সরকারগী মীথিঙ্গাই ওইবা পোলিসিগী মাইয়োক্তা লেমপেন তৌখি। আইরিস লিবরেশন মুভমেন্ট মাই পাকখিদে। অদুবু মুভমেন্ট অসিবু শোগৎপদগী ইন্তরনেশনেল বার্কিং মেনস এসোসিয়েশন্না বৃটিশ বার্কর্শিংগী মরক্তা পোলিটিকেল কনসিয়সনেসতি পুবকপা ঙমখি। মার্ক্সনা মালেমগী শুরি-নোয়্রিবশিংনা অমতা ওইনা পুল্লবদি মখোয়দা শিংনরকপদা থিংনবগী শক্তি মতিক চানা লৈগনি হায়বসি এসোসিয়েশনসিগী মেম্বর-শিংদা তোইনা নিংশিংখি।

শোক ১৮৬৮ গী কসেলসতা পাংথোকখিবা ইন্তরনেশনেল বার্কিং মেনস এসোসিয়েশনগী কংগ্রেসতা মার্ক্সনা তিল্লিবা দিলিগেটশিংদা ফ্রান্স অমসুং জর্মনীগী মরক্তা লাল থোকলিবাসগী মরমদা পল্লদুনা মীফমাসনা লাল হৌরকলিবা লৈবাকপু নিন্দা তৌবা রিভোল্যুশন অমা পাস তৌনবগী বাফম হোদোকখি। ম'সমক্তু মতম অমদা বার্কিং ক্লাসনা মালেমগী ইতিহাসতা মরুওইবা ফোর্স অমা ওইরক্কনি হায়বসি মার্ক্সনা মাংজোননা উখিরম্মী হায়বগী মথেক লাববা থুদমনি।

শোক ১৮৬৪ দগী ১৮৭২ ফাওবগী মনুংদা ইন্তরনেশনেল বার্কিং মেনস এসোসিয়েশনগী কনফরেন্স অনীরক লন্দনদা পাংথোকখি অদুগা কংগ্রেসনা মঙারক ফমখি। মার্ক্সনা শোক ১৮৬৫ অমদি শোক ১৮৭১ দা ফমখিবা লন্দন কনফরেন্সশিং অদুগা শোক ১৮৭২ দা হেগতা ফম-খিবা কংগ্রেসতা মপুং ওইনা শরুক য়াখি। শোক ১৮৬৬ কী জেনেভা

☆কেপিটালিজমনা মী খরদংবু ঈনাক খুলহল্লি, মী অয়াম্ববু লাযরহল্লি। কেপিটালিজমগী অহানবা ফল অসিনি।

— ইরাবত, কেপিটালিজম (লাঃ ৫)

কংগ্রেসতা এসোসিয়েশনসিগী তোঙান তোঙানবা সেকসন ২৫ তগী মসিদা এফিলিয়েট তোবা সোসাইটি ১১ দগী দিলিগেটশিংনা শরুক য়াখ। দিলিগেটশিং অসি ইংলন্দ, ফ্রান্স, জর্মনি অমসুং সুইজর্লেন্দগী বার্করশিংনি জেনেভা কংগ্রেসতা শরুক য়াখিবা জেনরেল কাউন্সিলগী মেম্বরশিংনা মার্ক্সকী "ইনস্ট্রকসনস ফোর দি দিলিগেটস অফ দি প্রোভিজনেল কাউন্সিল অন দিফরেন্ট কোশ্চনস" হায়বা ইন্টরনেশনেল বার্কিং মেনস এসোসিয়েশনগী পাইখৎনবদবা কনক্রিট প্রোগ্রাম য়াংথোকপবা ড্রাফট দোকুমেন্ট দিলিগেটশিংগী মমাংদ পুথোকখি। জেনেভা কংগ্রেসনা মখাগী বারেপশিং— থবক শুবগী মতম নোংমদা পুং ৮ দা হৃম্বা, চহী ১৮ গী মখাদা লৈবা অমসুং নুপী থবক শুবশিংগীদমক্তা অথম্বা প্রোটেক্সন পীবা লোইননা ট্রেদ ইউনিয়ন অমসুং কো-অপরেটিভশিংগা মরি লৈনবা কয়া পাস তৌখি। কংগ্রেসসিনা প্রোলেটেরিয়েটশিংগী মাস ওর্গেনাইজেশন অমা ওইবা ট্রেদ ইউনিয়নশিংনা বার্কিং ক্লাসকী মুক্তী ফংনবা খোংজেলদা লমজ্জ পাদবা হায়না বাংখি। জেনেভা কংগ্রেসনা ইন্টরনেশনেল বার্কিং মেনস এসোসিয়েশনগী কংশিং অমসুং ইখুহুবেল এক্সেস য়েংনবা, লৈতনা যানাখ তৌহনবা পোলিটিকেল অমসুং ইকোনোমিক স্ট্রগল পুম্না চংশনবিনবগী দরকার ওইবগু খঙহনবা বারেপ তৌখি।

ইন্টরনেশনেল বার্কিং মেনস এসোসিয়েশনগী থবক থোরম মথং মথং পাইখৎলকপদা বার্কিং ক্লাস মুভমেন্টাস যপুং ফানা শাগৎনবগীদমক্তা গাইদিং প্রিন্সিপলশিং শেমদোকপগী ওইবা হৃদবগু খংনবক্তনা শে ক ১৮৬৭ দা ব্রুসেলসতা কমাখিবা অহুমশুবা কংগ্রেসতদি গাইদিং প্রিন্সিপলশিংগী মতাংদা নৈনবনা কংগ্রেসকী মরু ওইবা শরুব অম ওইখি। কংগ্রেস অসিদা ইংলন্দ, ফ্রান্স, জর্মনি, বেলজিয়ম, সুইজর্লেন্দ, ইটালি অমসুং স্পেনদগী দেলিগেট ৯৯ না শরুক যাখি।

শোক ১৮৬৬-৬৮ গী বুর্জ্বাজিশিং অমসুং শিল্পীশিংগী মরক্তা কাংলুপকী লডাই থোকখিবনা অচৌবা মরম অমা ওইহনা প্রোলেটেরিয়েট শংন বুর্জ্বাজিশিংগী লনাই সম্পত গী মতাংদা মরুওইবা বাহং

কয়া পুথংনরকখি। ইন্তরনেশনেল বাকিং মেনস এসোসিয়েশনগী জেনরেল কাউন্সিলগী মিটিংশিংদা শেপ্পাও পাইবশিংগী লৈমরিবা লনাই সম্পত্তী, থোকহন খুৎলাইশিং, লম অমাদি অতৈ মখলগী সম্পত্তীগী মতাংদা অমদি তুংগী সমাজদা শেপ্পাও পাইবশিংগী ওইরক্কদবা ফীভমগী মতাংদা কুপ্পা নৈনখি।

ব্রুসেলসকী কংগ্রেসতা মাক্সকী মেনিফেষ্টো ওফ দি কমিউনিস্ট পার্টিদা যাওরিব কামউনিস্টকী থিওরী— "লনাই সম্পত্তী মুৎথৎপা" হায়বসিগী মতাংদা কুপ্পা খন্নহনা লনাই থোকহন খুৎলাইশিং অসি কলেকটিভ প্রোপরটিদা ওন্থোকপা হায়না, বারেপ তাখিবসিনা ইন্তরনেশনেল বাকিং মেনস এসোসিয়েশনগী মেম্বরশিংদা মাখিকমই বাখলোন শন্দোকপগী অহানবা তাঙ্কক ওখি। লোইননা এসোসিয়েশনসিগী সোসিয়েলিস্ট প্লেটফোর্ম হেন্না মরা চেৎশিনহনখি। কংগ্রেসসিদা মাক্সনা ড্রাফট তৌখিবা রিজোলুশন পোংথোক পুথোকপদা থোকহন খুৎলাইনা (মোচননা) নীগী মহুৎ শিল্লকপাসিনা সোসায়েলিষ্ট সিস্টম ওফ প্রদক্সনদা ওনাশিল্লকনবগী ভাঙ্গা পীরে হায়নসি পাস তৌখিবগা লোইননা এসোসিয়েশনাসিগী থর হেন্না খুমাং চাওশিল্লবা বাবর্মশিংগী মরক্তা সাইন্টিফিক কমিউনিজমগী বাখল্লোনাসি চুশিনবা হৌরে হায়বসি খংবা ঙমখি।

শোক ১৮৭০ গী অঙনবা শরুক্তা জেনেভাদা চেংকুনা লৈরবা রাসিয়ান রিভোলুশনরীশিংনা ইন্তরনেশনেল বাকিং মেনস এসোসিয়েশনগী রাসিয়ান সেক্সন অমা লিংখৎতুনা মাক্সপু জেনারেল কাউন্সিলদা রাসিয়াগী কোরেসপোন্দিং সেক্রেটার ওইবীনবা পাও থংহনখি। মাক্সনা মাগী চিঠিদা—

☆অমরোমদা হেনবা অমসুং বাৎপা কেপিটালিজমগী কুপাদগী নাকন নাকন থোকই। অসুম্না লজোনবগী দথা ভাবা অমসুং মীনা থনক শুনীংচাই লৈতবা অসি কেপিটালিজমগী অনীশুবা ফলনী

—ইরাবত, কেপিটালিজম (লাঃ ৭)

"ঐবু জেনরেল কাউন্সিলদা রাসিয়ান সেক্সনগী
কোরেসপোন্দিং সেক্রেটরী অমা ওইবগী
লেমজনিংঙাই ওইরবা থৌদাং জৌ হায়রীবগী দমক্তা
মুংঙাইবা পোকচৈ" হায়খি।

মার্ক্সনা এসোসিয়েশনগী রাশিয়ান সেক্সননা কোংবা পাওজেল চে "Narodnoye dyelo" চেকশিননা পাহ। অদুগা জেনরেল কাউন্সিলনা চৎথরিবা থবক থৌরমশিং মমুৎ তানা ইদুনা তোইনা খংহনবগা লোইননা মখোয়না ইন্তরনেশনেল বার্কিং মেনস এসোসিয়েশনদা য়াওরকপসিবু পুক্নিং থৌগৎখি।

রাসিয়ান সেক্সনন৷ Narodnoye dyelo কোংহুনা রাসিয়াম রিভোলুশনরী মুভমেন্টতা মরুওইবা থৌদাং লৌরিবর্শংদা য়ৌহনথগী মথক্তা রাসিয়ান লোন্দা "লাইব্রেরি অফ দি ইন্তরনেশনেল বার্কিং মেনস এসোসিয়েশন" কৌবা এসোসিয়েশনাসিগী মরুওইবা দোকুমেন্ট কয়া য়াওবা সেরিজ অমসু কোংলম্মী।

জুলাই ১৯, ১৮৭০ দা ফ্রান্স অমসুং প্রুসিয়াগী মরক্তা লান থোকসকখি। লৈবাক অনীমক্কী কলিং ক্লাসনা মতম কুহনদগী লোন্না লানগীদমক্তা শেম শানরনসু ফ্রানকো-প্রুসিয়ান বার অসি হেক থোকলকপদা মীয়ামা ওক্লা থোকলম্মী। ফ্রান্সকী বার্কিং ক্লাসতী কর্রিমতা শেমহৌ শাহৌদবনা লানসি থোক্লবা হোৎনবদা মহৈ য়ানবা ঙমলমদে। লৈবাক অনীমক্তা বুর্জ্জোয়াজি নেশনেলিস্টিক টেনদেনসিগী ইহৌ কনখৎনরকলম্মী। মুপ্পতগী ইন্তরনেশনেল বার্কিং মেনস এসোসিয়েশনতমক মখোয়গী এন্টি বার 'প্রিনসিপল ঙাকনা চৎলম্মী। মার্ক্সনা ইনা আর্টিকল "এড্রেস অফ দি জেনারেল কাউন্সিল অফ দি ইন্তরনেশনেল বার্কিং মেনস এসোসিয়েশন" না শিম্মী চা কয়াবু ইরমদমবু মুংশিবনচিংবগী বাখল পোকহননবা শনদোকপা বার প্রোপেগন্দানা মপুক্নিং তোংহনবা ঙমলমদে। মার্ক্সকী আর্টিকলসিদা য়াওরিবা সেন্ত্রেল আইদিয়াদি লৈবাক অয় তৌনবগীদমক্তা লাল তৌবা হায়বসি প্রোলেটরিয়েটশিংগী অপামবগী বাংমদনি। মার্ক্সনা জর্মন

অমদি ফ্রেন্স ৱার্করশিংনা ইন্তরনেশনেল ৱার্কিং মেনস এসোসিয়েশংগী প্রিনসিপলশিংদু ভাক্লা চৎকনি হায়না চেৎনা থাজরম্মী। অশেংবমকশু লৈবাক অনীসিগী শিন্মীশিংনা সহর কয়াদা লাক্সিবু য়ানিংদবা ফোংদোকপা প্রোটেষ্ট মিটিং কয়া পাংথোক্লম্মী। অসিগুম্বা কয়া অসিদগী মার্ক্সনা প্রোলেটরিয়ান ইন্তরনেশনেলিজমগী মরু ফুল্লে হায়বসি খংবা ঙমখি। জেনরেল কাউন্সিলনা ৱার্কশিংদা পীবা পাওজেলগী ৱারোইশিনদা মার্ক্সনা অসুম্না হায়—জর্মন অমদি ফ্রান্সকী শিন্মীশিংনা লালগী মাইয়োক্তা চৎথরিবা প্রোটেষ্ট মিটিংশিংসি মমাংগী ইতিহাসতা অমুক্তা থোকখিদ্রে অমদি মসিনা তুংগী হেন্না অফবা পুন্সি অমগী লম্বী ফাংলে। মসিনা মমাংবৈগী শেন্নথুমগী অবস্থা ফংজিবৈ অমদি রাজনিতিগী মথি তাদ্রিবৈগী সমাজ অদুগী ওনতৈনবদা অনৌবা সমাজ অমা মতুদা অন্তরজাতিকী আইনসি শান্তী লৈহনবা হায়বসিনা ওইরগনি মরমদি লৈবাক খুদিংমক্কী লৈঙাক্লোন পুরিবাশিং অসি চপ মান্নরগনি হায়বদি শিন্মীশিংনা সাসন তৌবগনি।

মার্ক্স ইন্তরনেশনেল ৱার্কিং মেনস এসোসিয়েশনগী থবক থৌরম কয়া পাংথোক্লবা হোৎনবদা লোইননা মাগী থিজিন হুমজিনবগী থবক চৎথবদা থৌ হেন্না চিল্লম্মী। অদুম ওইনমক মাগী চহী কুন চুপ্পা উমবা ফংদ্রবা মরুপ এঙ্গেলসকা অমুক হননা উনবদা মার্ক্স য়াম্না নুংঙাইজখি। এঙ্গেলস মানচেস্টরগী টেক্সটাইল মিলদা থবক তৌবদু তোক্লুনা শোক ১৮৭০ গী সেপ্তেম্বর থযাইদগী লন্দনদা লৈবা মার্ক্সকী ফ্লেট মনাক্তা লেংদনা লৈরখি মমাংবৈদা চিঠিতনা মথোয় অনীগী মরক্তা

---

☆কেপিটালিস্ট লৈবাক অমনা অহেনবা পোৎ য়োননবা, অহেনবা কেপিটাল শীজিন্নবা, হোংনা কাচামাল অমসুং অচা অথক লেননবা শোষখদুনা লেবা কেপিটালিস্ট ফাওবা লৈবাক লৌই। মতম অদুদা লৈবাক লৌরিবা দেশ অদুবু সাম্রাজ্যবাদী দেশ; অদুগা মানা লৌরিবা লৈবাক অদুবু মাগী কোলোনী কৌই।

— ইরাবত, কেপিটালিজম (লাঃ ১২)

পাও চংথোক চংশিন তৌনবগী উপাই ওইনরম্মী। অদুবু হৌজিক্কী এঙ্গেলস মুংতৌগী ওইনা মার্ক্স উনবা লাকলম্মী। মখোয় অনী পুং কয়া চুপ্পা মার্ক্সকী ইুদি ক্রমদা রারি কয়া শান্নরম্মী নত্রগনা সহম্ন শিনবা থুংনা কোহবা চংথোক্লম্মী

মার্ক্সকী পাওতাক মতুং ইন্না এঙ্গেলসপু ইন্টরনেশনেল রাকিং মেনস এসোসিয়েশনগী জেনরেল কাউন্সিলদা লৌশিনখি। থুনমক মহাক্কী লোন কয়া মমুং তানা খংবা লোইননা পোলিটিকেল লিদর অমা ওইবগী মগুনশিংচুনা মরম ওইদুনা জেনরেল কাউন্সিলগী মরুওইবা মেম্বর অমা ওইরকখি। অহানবদা মহাক বেলজিয়মগী কোরেসপোন্দিং সেক্রেটরী ওইনা অদুদগী স্পেন, ইটালি, পোর্টুগাল অমসুং ডেনমার্ককিসু কোরেসপোন্দিং সেক্রেটরী ওইখি। মান্চেষ্টরগী কমর্সিয়েল ওফিসতা বন্দিগী মতৌগুন্না চহী ২০ চুপ্পা থবক তৌরুরবা মতুংদা, অমুক হন্না নিংতম্বা ফংলকপসিদা এঙ্গেলস হান্নদগী চহী তরা মহা ওইথোকপগুম খঞ্জরে। মার্ক্সকীসু অদু মতাং মরমদি হৌজিক্কী মহাক্কী মাগী চান্নরবা মরুপনা মুংতিগী মাগী মনাক্তা লেংদনা লেবরে।

চহী ১৮৭০ গী ফ্রান্কো-প্রুসিয়ান রার অসিদা প্রুসিয়া অমসুং মাগী মীচং চুং শননবা লৈবাক শিংনা নেপোলিয়ান অহুম শুবগী অশোইবনা থল্লবা সাসন মথাদা শোম্বরবা ফ্রান্স মাংথিবগানি হায়রবসি মাবু তিলাল হেক খোরকপদগী খংলম্মী। চহীসিগী সেপ্তেম্বর তাং ২ দা নেপোলিয়ান অহুমশুবনা মাগী লান্না লাক্ষ অমগা লোইননা সারেন্দর তৌখি। পুং ৪৮ গী মতুংদা ফ্রান্স রিপব্লিক অমা ওইবা লাওথোকখি।

ফীভমসিদা প্রুসিয়ানা ফ্রেন্স টেরিটোরীশিং খোপচিন্নবা হোৎনরকপ হায়বাসি মার্ক্সনা উবা ফংলম্মী। অওইবমবসু প্রুসিয়াগী মীশিংনা পেরিস তম্না যুজিল্লক্রম্মী। অসিগুম্বা ফীভমসিদা ইন্টরনেশনেল রাকিং মেনস এসোসিয়েশন অমসুং রাকিং ক্লাস মুভমেন্টনা পাইথংলক্কদবা থবক শীরমগী মতাংদা মার্ক্সনা ইনষ্ট্রক্সন কয়া "এড্রেস ওন দি ফ্রানকো প্রুসিয়ান রার", হায়বা টাইটলগী মথাদা ইদুনা প্রুসিয়ানা ফ্রান্সকী লম খোপচিন্নবা হোৎনববু অকনবা নিন্দা তৌখি। মার্ক্সনা

জর্মন বার্কিং ক্লাসকী মীয়ামদা প্রুসিয়ানা লম থোপচিন্নবা থৌরাং-লিবসিবু থিংননবা অমসুং ফ্রেন্সকী বুর্জুবাজি রিপব্লিকা শান্তি থমননব-গীদমক্তা পাইখৎপা য়াবা থবক পাইখৎনবা তকশিনখি।

মার্ক্সনা জেনরেল কাউন্সিলগী এড্রেসতা মসিমসু পল্লি—
"ফ্রান্সনা রিপব্লিক অমা ওইরকপসিদা
মুংঙাহৈবা পোকই। অদুবু ঐখোয়না নিংশিং-
গদবদি অনৌবা শেমলকপা রিপব্লিকসিনা
নিংথৌ সাসননা ওইহল্লমলবা অমাং অতা কয়াদু
ফংহৌবতা নৎতনা শিন্মী কাংলুপপু হস্থনা য়েংবগী
চৎনবীদুসু ফংহৌরে।"
অরোইবা ওইনা মার্ক্সনা ফ্রান্সকী শিন্মী কাংলুপতা মখোয়না মনিং মথা তম্বা লৈবাক অমগী প্রজাশিংনা ফংবা য়াবা আধিকার কয়াগী মতেংনা মখোয়গী ওর্গেনাইজেশনগী মপাঙ্গল কনখৎহনগদবনি হায়খি।

অনৌবা রিপব্লিকান গভর্নমেন্টকী মখাদা ফ্রান্সকী শেলথুমগী অমদি সমাজিক অবস্থা ফওবা হৌজিল্লকলম্মী রাজনীতিগী লমদসু অদু মডাই-সন্ধি তৌনদুনা মশা কখোকনবা শিনবা অমা নত্রগনা প্রজা মীপুম তিংনা খুৎলাই পাইবা তম্বাদুনা লান্দারকপা ঙাকথোকপা অসিনি। বুর্জুয়াজিগী ক্লাস ইন্তরেস্ট ঙাক্লবগীদমক্তা লোইননা মীয়ামদা খুৎলাই পাইহনবা কীবদগী সরকারসিনা টাম থরগী মখাদা সন্ধি তৌন-বগী পোলিসি চৎথরম্মী। অদুম্মা নেশনেল ইন্টরেষ্টপু বিশ্বাস-ঘাট তৌবগীদমক ফ্রেন্সকী প্রাজাশিংনা অনৌবা সরকারসিবু জাতিগী য়েক্লবনি হায়না লৌরম্মী।

---

☆পোৎ থোক্লবা যন্ত্রদা মী অমগী মরনাই অমসুং শেন্দোংগীদমক পোংচৈ থোকহনবা। অনি অসিবু মাঙথবা মতমদা লান্দ্রু লৈররোই।

—ইরাবত, কেপিটালিজম (লাঃ ১৪)

অরিবা সমাজ অমগী য়ুমফমদা চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না শুরি নোমলিবা মীয়ামনা হীংবা য়ারক্লবদা সমাজ অদু ওন্দবা য়ারক্তে। সমাজ অদুগী দরকার ওইবা পোংথোক পুম্নমক পুথোক্লিবা মীয়াম অদুনা পোংথোকশিং অদু পুথোক পুথোক্লা শিজিন্নবা ফংলক্লবদা মখোয় মশামক্লা অরিবা সমাজগী য়ুম্ফম অদু মরুফংনা ফুকতোক্লুনা হোংদোক্লবা হোৎনরকই।

—মার্ক্স, এঙ্গেলস

## পেরিস কম্যুন

শোক ১৮৭১ গী জানুবারি লোইরকপদা প্রুসিয়াগী মখুত্তা পেরিস মাইথিরে হায়দুনা চংজখ্রে। অদুগা প্রুসয়াগী নিংথৌ উইলিয়ম বানা জর্মন ইম্পেরর ওইনা রাশক লৌখ্রে। চহীসিগী ফেব্রুবারী তাং ২৮ দা শান্তীগী সন্ধি অমা তৌনদুনা ফ্রান্সনা মাগী টেরিটোরি অমী—Alsace Lorraine পীথোকপা য়াখি লোইননা চহীগী ওইনা ফ্রাঙ্ক মিলয়ন লিশিং ৫ লোইপোৎ থিবা য়ারম্মী। অদুবু থংহৌদনা বুর্জুরাজি সরকারসিনা পাইখৎলকপা পোলিসদা অপনবা অমা থোরকলম্মী। চহী।সগী মার্চ ১৮ দা পেরিসকী শিন্মীশিংনা হৌরক্লুনা মখোয়গী খুৎতা

পরার পাইশিনখিদ্রুনা সিটি হোলদা অঙাংবা ফীরাল থেংখিরম্মী। থুনা জেনরেল ইলেক্সন পাংথোক্লবা শিন্দুনা মার্চ তাং ২৬ তা "কাউন্সিল ওফ দি কম্যুন" হায়বা শিন্মীশিংগী সরকার অসিগী থ্বাইদগী হেন্না রাংবা বোদি অদু শেমখি। মুমিৎ নিনিগী মতুংদা পেরিসকী সিটি হোল মমাংদা মীয়ামগী অচৌবা মিটিং অমা তৌদুনা কাউন্সিল ওফ কম্যুন অসিনা সাসন পাইবা হোৎনগী থৌরম পাংথোকখি। অসুম্না মালেমগী ইতিহাসতা অহানবা ওইনা শিন্মীশিংনা শক্তী পাইখি।

মার্ক্সনা পেরিস কম্যুননা শক্তী পাইরকপসিদা নুংঙাইবা ফোংদোকখি। লোইননা অতৈ ওপোনেন্টশিংনা ওইদবা প্রচার তৌবা কয়া ঙাক শেনবা হোৎনখি। মহাক্না মাগী জর্মনীদা লৈবা মরূপ মপাংশিংদা ইবা চিঠিদা অসুম্না ই—

"মালেমগী ইতিহাসতা পেরিসকী শিন্মীশিংনা
কয়াদা চাওথ্রবা কৎথোকপনা থল্লবা থৌদাং
অমা পাংথোকখ্রে। মখোয়মনা থা তবক চুপ্পা
অমাং অতা মরক্ত চারম থকলম খংদনা পাল্লিবা
বুর্জুৱাজি সরকারগী বিশ্বাসঘাতক ওইবা নীতিগী
মাইয়োক্না ফৌইনা পারিসগী শিন্মীশিংগী
সংগীন নাচুংদনা লেংনখি। মালেমগী ইতিহাসতা
পেরিসকী শিন্মীশিংনা পাংথোকলবা অসুক
চাওবা থৌদম অমা অমুক লেত্রে।"

মার্চ তাং ২১, ১৮৭১ দা ইন্টরনেশনেল বার্কিং মেনস এসোসিয়েশনগী জেনরেল কাউন্সিলদা পোওম বিশ্লেষণগী মতাংদা এঙ্গেলসনা

---

☆ফ্যাসিজমাস কেপিটালিজমগী বিরুদ্ধদ নত্তে। কেপিটালিজমবু কান্নবগীদমক্তা শেম্বনি। ফ্যাসিজমবু ঐখোয়না করি হায়গনি থবক-শুবা কাংবুনা তৌরকনি হায়বা শাইদবা ওইবু মাইথংবা অমসুং কোলোনী লৌননগীদমক কেপিটালিজমগী রোল্লবপা মশক অদুবু ফ্যাসিজম কৌবা য়াই।

— ইরাবত, কেপিটালিজম (লাঃ ২৪)

রিপোর্ট পীখি। অতুগা মার্ক্সকী সজেশন মতুং ইন্না অথন্নবা মেম্বর-শিং খাত্নুনা বৃটিশ শিন্মীশিংবু পেরিস্‌কী কম্যুনগী সরকার শোগৎনবা তকশিনহনখি। মার্ক্সনা জেনরেল কাউন্সিলগী মিটিংশিংদা অহনবা লৈতনা পেরিস রিভোলুশনগী মতাংদা শন্দোক্লা বা ঙাংলম্মী। মহাক্লা পেরিস কম্যুনগী মেম্বরশিংদা অসুম্না ইখি— ঐহাক্লা ইন্তরনেশনেল রাকিং মেনস এসোসিয়েশনগী ব্রাঞ্চ লৈবা মালেমগী কাচিন কোয়া খুদিংমক্তা পেরিস রিভোলুশনবু শোগৎপা চিঠি চা কয়া ইখ্রে। মার্ক্সনা পেরিসতা নৌনা শক্তি পাইরকলিবা রিভোলুশন্নরী সরকারসিগী প্রোলেটরিয়ান ওইবা কেরেক্তরবু মখোয়গী দিক্লারেশনদগী খংবা ঙমখি। দিক্লারেশনগী মরু ওইবা বারোলদি— মিলিটরিজম' বুরোক্রেটিজম, ইক্সপ্লোইটেশন, মোনোপোলি অমদি প্রোলেটরিয়েটশিংবু নমথত্নুনা থমলম্বা নীতি কয়াবু মুথৎপনি।

পেরিস কম্যুননা লৌখৎলকপা সমাজিক, শেলথুম অমদি রাজ-নিতিকক্তা মরি লৈনবা থবক থৌরম কয়া রিয়েক্সন্নরি ফোর্সশিংবু শোগৎপা হান্নগী সরকারগী লাম্মীশিংবু লৌথোকলগা সধারন প্রজাশিংবু সিফাইগী থৌদাং পুহনবা, হান্না লৈরম্বা বুর্জ্জোয়াজ মোচিন্নরিশিং মুথৎ-পনচংবনি। মখা তানা কম্যুনসিনা দিক্রি কযা —লৈফমগী খাজনা থিদনবা, শিন্মীশিংগী খুত্থন অমদি থবকী প্রোটেক্সন পীবা অতুগা মপুনা থাদোক্লবা, শিথরবা কল করখানাশিংবু পোৎথোক নিংথিজনা পুথোক-হনবগীদমক্তা শিন্মীশিংগী এসোসিয়েশননচিংবা শেম্বনি। অতুগা মার্ক্সকী মপুক্লিং চিংশিনখিবা রাফম অমনা কম্যুনসিগী কাউন্সিলনা শিন্মী লিশিং কয়াবু রেসপোন্সিবল পোস্টশিংদা হাপখিবতুনি : অনোবা দিপুটিশিং অমসুং স্টেট ওফিসিয়েল খনবদা মীয়াম্না অপাম্বা খনবগী রাইট লৈহন্লম্মী। মীয়াম্না খনগৎলবা মীওইশিংসিনা আইনশিং শেম্বা অমদি শেমদোক্লবা আইনশিং অতু থবক ওইনা চৎনহন্মী। অসুমনা ইহান হানবা ওইনা প্রজাগী মাঙুৎশিংনা লৈবাক্কী খুাইদগী তেননা বাংবা পরার পাইরকুনা প্রোলেটারিয়ান দিক্তেটরসিপ হায়বসি করিনো হায়বতু ময়েক শেংনা খংহনবা ঙমখি।

বার্কিং ক্লাসনা চংশিন্নকলিবা খোংজং অসিদা মার্ক্স ওমথৈ লৈতনা চাওথোকচবা পোকচখি লোইমনা মাগী চিঠি অমদা অস্মুম্না ই—

পেরিসকী ইহৌ অসিমা শিম্মী কাংলুপ্পা
শেপ্পা ও পাইবশিংগী মাইয়োক্পা হৌবা ইহৌদা
অনৌবা খোংথাং অমা থাংজিল্লে হায়বা য়ারে।
পেরিসকী ইহৌসিগী ফল করি ওইগাদগে খংদে,
অদুবু মালেম পুম্বগী ওইনা অনৌবা য়াওল অমা
লাকপগী মমি তম্বা হৌরে।

য়েক্লবগী লান্মীশিংনা পেরিস কোইশিনখিবনা মার্ক্সনা অচুমবা ঈ-পাও লৌবা ইফং ফংলমদে। মহাক্না থবরগী ঈ-পাও অমদি অতৈ খোমজিনবা য়াবা পাও কযা অমা খোমজিল্লগা পেরিসকী অশেংবা ফীভম খংননবা হোৎনরম্মী। অসিগুম্বা থুদোংথিরবা ফীভম অসিদা ফাওনা মার্ক্সনা কম্যুনগী মেম্বরশিংগা ঈ-পাও চৎনরম্মী। ইন্তরনেশ-নেল ৱার্কিং মেনস এসোসিয়েশনগী জেনরেল কাউন্সিলনা লেপ্পা ৱারেপ-কী মতুং ইন্না Auguste Serıaıllier বু পোরিসতা থাদুনা মফমদুদা কম্যুনগী থবক থৌরমদা মরুওইবা থৌদাং লৌইললম্মী। পেরিসংগী মার্ক্সতা থারকপা চিঠি কয়া ফ্রেন্স সোসিয়েলিষ্ট Paul Lafargue না লোন্না পুথোবক্লুনা হকথেংননা থুৎশিন্নরম্মী। মার্ক্সকী অয়াবা লৌরগা ইন্তরনেশনেল ৱার্কিং মেনস এসোসিয়েশনগী রাসিয়ান সেক্সনগী মেম্বর য়েলিজাবেটা দমিত্রিএভা পোরিসতা চৎথি। মহাক্না মার্ক্সকা খংনাথ-বসি ১৮৭০ গী দিসেম্বর থাদা রাসিয়ান সেক্সনগী ঈ-পাও পুদুনা লাকপদা লন্দনদা থেংনখিবদগীনি। চহী ১৯ দা চাহবিবী যাম্না নহা ওহারবী অসিগী বিভোলুশনবী রাখল্লোনদা চেৎনা থাজবা, জারগী তমথিরবা লৈঙাক শাসনবু থম থেংনা যানিংদবা লোইননা রিভোলুশনরী ষ্ট্রগলদা

---

☆মীওইবনা মরল্লাইগী ওইবা থমদনা কাঙলুপকী ওইবা চাৎনবা পুম্না পান্নবা যুস্বান অসিবু কম্যুনিজমগী মেহৌরান কৌই।

—ইরাবত, কেপিটালিজম (লাঃ ২৬)

থবাই থাদোকপা কাওবা পামুদবগী বাখল চেনবদুনা মার্ক্সপু শুমহংখি। পেরিসতা য়েলিজাভেটানা জেনরেল কাউন্সিলগা ই পাও থাদোক থাজিন তৌনরম্মী অদুগা মার্ক্সতসু মক্কমদুদা ওইরিবা ফিভমগী মরমদা পাও পীরম্মী।

মার্ক্সনা মমিং লৈরবা কম্যুন লিদরশিং - Leo Frankel ১সুং Eugene Varlin গা পাও চংনরম্মী লোইননা মমল য়ামবা পাওতাক কয়া পীখিবদু অচুম্বা ওইরকখি। খুদম ওইনা মার্ক্সনা হান্নগী রিপব্লিকান গভর্নমেন্টনা প্রুসিয়াগা য়ানখিবা সর্তগী মথাদা পেরিস লৌশিন্নবগী-দমক্তা ট্রুপ কয়া থাজিল্লকপা য়াই। মরমসিদগী মতিকচানা শেম শাদুনা মিকুপ-নাদুম শিংনা লৈগদবনি হায়খিবদু চুমলকখি।

যেকুবগী মাইয়োক্তা শিজিন্নবা খুৎলাই অমা ওইনা হান্নগী রিপব্লিকান গভর্নমেন্টকী মন্ত্রিশিংনা স্টেট প্রোপর্টি মাংহন তাকহন্নবা শিনবা, ফ্রান্সকী নেশনেল ইন্টারেস্টকী মাইয়োক্তা থবক কয়া চংথখিবা লোইননা প্রুসিয়াগা চুংশিন্নরগা মীহাৎ-মীপুন কয়া চংথখিবনচিংবগী দোকুমেন্টশিং অদু লন্দনদা থাবকনবা মার্ক্সনা কম্যুনগী মেম্বরশিংদা খংহনখি।

পেরিস কম্যুনদা প্রোলেটরিয়ান পার্টিগী মপুং ফাবা সপোর্ট য়াওদবদগী অশোয়বা কয়া থোরকপদু মার্ক্সনা উখি। ইন্টরনেশনেল বার্কিং মেনস এসোসিয়েশনগী ফ্রান্স সেক্সননা ফ্রান্সকী প্রোলেটরিয়েটশিংবু মতিক চানা মাক্সিজমগী থিওরী খংহনবা ঙমলমদে। মরমসিদগী ফ্রেন্সকী শিন্নাশিং খোমজিন্দুনা প্রোলেটরিয়ান পার্টি অমা শেমগৎপদা অপনবা য়াম্না থেংনরম্মী। মসিগী মরুওইবা মরম অমদি মার্ক্সকী লাইরিবশিং— দি কম্যুনিস্ট মেনিফেষ্টো, দি ক্লাস স্ট্রগলস ইন ফ্রান্স, কেপিটেল অসিনচিংবা কয়াসিগী ফ্রেন্স লোনদা হন্দোকপা লাইরিকশিং মতমদুদা ফোংদ্রি।

পেরিস কম্যুন মেম্বরশিংদা মখোয়গী দিফেন্সকীদমক হোৎনবদা অতৈ থবক্তা মতম থাইদোকপা ঙমলমদে। মরকসিদা হান্নগী সরকারসু মখোয়গী ফোর্স শেমগৎপা হৌরম্মী। ওইরকলিবা ফিভমশিংসিনা

মার্ক্সপু য়াম্না রাহল্লম্মী। মার্ক্সনা কম্যুনগী মেম্বরশিংদা ইবা চিঠিশিংদা রিএক্সনরিশিংবু মপুং ফানা নমথনবগীদমক্তা মখোয়গী লানথন থুগাইবা, ফ্রেন্স নেশনেল বেঙ্কশিংদা লৈরিবা ফন্দশিং মৎপা লোইনন ফ্রান্সকী অতৈ প্রোভিনসশিংবু পেরিসতা হৌরিবা রিভোলুশনাসদা মতেং পাং-হনবনচিংবগী থৌরাং পাইখৎনবা হায়খি।

এপ্রিল থয়াইদা পেরিসতগী থাগৎলিংঙাই ওইরবা ই-পাঙ কয়া —চানিংঙাই লৈতবা, খুদোংথিনিংঙাই ওইরবা লাইনা কয়া শন্দোরকপা লোইননা রিপব্লিকান গভর্নমেণ্টনা প্রুসিয়াদা মখোয়গী ফাজিনখ্রবা লান্মীশিং থাদোকহন্দুনা কম্যুনশিং লানথেংননবা থারকপনাচিংবসি মার্ক্সনা তাবা ফংখি। চযোল কয়া চুপ্পা চৎথখিবা লানফম অদু অহানবদা পেরিস সহরগী চিদায়দা মতুদগী সহর মনু দা শোরখি। কম্যুনগী মেম্বরশিংনা যাম্না থৌনা ফনা মখোয়গী ফাটরশিং, লম্বীথোং অমদি যুমকৈ য়েক্লবনা মাংহন তাকহনগদবদগী ঙাকথোকখি। অদুবু কাউণ্টর রিভোলুশনরী ট্রুপশিংগী মতুংশি খংদবা মীহাক্তা কম্যুনগী মেম্বর কযা শিংখ। পালসিনা মার্ক্সকী অনাবা হেঞ্জিনহনখি। মচা-নুপী অহল জেনীনা জর্মনদা লৈবা মখোয়গী মরুপশিংদা থাবা চিঠি দা অসুম্না ই— "হৌজিক পেরিসতা ওইরিব ফিভম অসিদা মহাক যাম্না রাই, মসিনসু মাগী নাবিবসিগী মরুওইবা মরম অমনি। ঐখোয়গী মরুপ ময়াম অমা কম্যুনগী মিচংদা য়াওরি। মখোয থরদি য়েক্লবশিংনা মীহাৎ থিনা হাৎখ্রে।"

চহীসিগী এপ্রিল থাদা জেনরেল কাউন্সিলগী রারেপ মতুং ইননা মার্ক্সনা কম্যানগী মেম্বরশিংদা পাওজেল অমা ইখি। মেগী তাং ৩০,

---

☆"থরাইনা পোন্থা ওইদুনা লাল তৌরগা জমন কেপিটালিষ্টশিংগী-দবক কোলোনী লৌসিল্লু" অসিনা ন্যাসি শিক্ষাগী মুলমন্ত্রসি। অসুম্না মখোয়না দেস পুম্নমক লালগী থৌরাং তৌরে।" —য়াইমরপ পানবা (মধ্যবিত্ত) নহারোল কাণ্ডবু অসিগুম্না মমিৎ তাঙবা দেসপ্রেমগী রা অসিদা হৌগৎলক্লে লৈবাক সন্দোকপগী থবক্তা ইনাক খুনবশিংগী শাম্নপোং ওইখ্রে।" — ইরাবত, কেপিটালিজম (লাঃ ২২)

য়েক্কবগী মথুংতা কম্যুননা মাইথিবা থুমিৎ নিনিগী মতুংদা মার্ক্সনা জেনরেল কাউন্সিলগী মিটিংদা "দি সিভিল বার ইন ফ্রান্স" হায়না মমিং থোনবা পাওজেলতুদা য়াওরিবা মচাকশিং অদু পাংথোকখি। পাওজেলশু জেনরেল কাউন্সিলনা য়েৎনবা লৈতনা য়াখি লোইননা মহু ইন্টরনেশনেল বার্কিং মেনস এসোসিয়েশনগী খ্বাইদগী হেন্না বাংবা বোর্ডিগী পাওজেল ওইনা নমথোক্লগা ইউরোপ অমদি অমেরিকাদা লৈবা এসোসিয়েশনগী মেম্বরশিংদা য়েনথোকখি। "দি সিভিল বার ইন ফ্রান্স" হায়বসিদা মার্ক্সনা পেরিস কম্যুন অসি ফ্রান্সতা ইতিহাসকী ওইবা কীভম কয়াদগী থোক্লবা য়াদতুনা থোরকখিবগী মতাংগ কম্যুনসিনা কোল্লিবা মীওই কাংবু লোইননা মাগী বারোইশিদা বুর্জ্জুবাজিগী স্টেট মেছিননারিসি প্রোলেটেরিয়েটশিংনা হেক্তা পাইশিল্লগা মখোয়গী অপাম্বা থুংনবগীদমক্তা শিজিন্নবগী অশোয়বা কয়া শক্লোক্লা তাকখি। মার্ক্সকী মতমদি বার্কিং ক্লাসপু নমথবগীদমক্তা শিজিন্নরম্বা মেছিন্নরি অদুমক মখোয়গী মুক্তী ফংনবগীদমক্তা শিজিন্নবা যারোই হায়বসিনি। বার্কিং ক্লাসকী তৌরবা যাঙবা থৌদাংদি স্টেট ফংসন্নিং অসি মখোয়গী কান্ট্রোলদা থম্মনা লৈভাক সাসনগী ভারসি বুর্জ্জুয়াজিশিংতনা তৌগদবানি হায়না থন্নরম্বদু পেরিস কম্যুননা চুমদবনি হায়না উৎপা ইমলে। কম্যুনগী লেভাকলোনগী থবক পুরবশিং অসি ইনৌ নোবা কাংলুপনি।

পেরিস কম্যুননা ভমানিংডাই ওইবা পড়া অমনা রিভোলুশনদা মাইপাক্লবা অদুগা পবারদু অমুক মুনখদনবগীদমক্তা প্রোলেটারিয়েটশিংগী অতৈ সেক্সনগী শিনপ্তীশিং অদুগা লোমিশিংগা নকশিননা তিন্নগদবনি হাযবসিনি। নৈন্ফৎপীরবা কাংবুবু মুক্তী ফংহনবা হায়বসি সাইন্টিফিক প্রোগ্রাম অমগী মথাদা আইদোলোজি মমুং তানা খংলবা রিভোলুশনরী পার্টি অমা য়াওদনদি ওইথোকপা য়ারোই হায়না মার্ক্সনা চেৎনা পনখি। শোক ১৮৭১ দদি অসিগুম্বা পার্টি অমতা ফ্রান্সতা লৈরমদে।

দি সিভিল বার ইন ফ্রান্স হায়বসিদদু মার্ক্সকী তোঙান তোঙানবা ফেক্টশিংবু মমুং ফাওনা লৈনহুনা ইতিহাসকী ওইরকলিবা য়াওনগা মরি লৈননা ময়ামদা উৎথোকপা ভম্বগী শক্তী উবা ফংই। পেরিস বার্কর্শিংবু

হুন্দুনা ঙাংলক্লবদা মার্ক্সনা কম্যুনগীদমক্তা লেপখি। কম্যুন রিফিউ-জিশিংবু মতেং পাংনবা শেম্বা কমিটিগী লুচিংবা অমা ওইনা মার্ক্সনা কম্যুন মীরোং কল্লাবু কোর্ট মার্শেলনচিংবা তৌগদবদগী কম্নবা পাসপোর্ট অমদি শেলথুমগী মতেংনাচিংবা থাখি লোইন্না মখোয়গী শেনখোক লম্বেলগীদমক থবক ফাওবা থিখি। কম্যুন রিফিউজি কয়া-গীদমক্তী মার্ক্সকী লন্দনদা লৈবা য়ুমসিনা অহানবা শাইদাংফম ওইখি।

শোক ১৮৭১ গী কালেন থাদা লন্দনদা শাইদাংলবা কম্যুনশিংগী মমুংদা মখোনা লৈরবা ফ্রেন্স Eugene Pottier সু অমনি। মহাক্না লোত্তুনা লৈরিবৈদা পেরিস রিভোলুশনদা শৈথাদুনা ইথিবা শৈরেং কয়াম্ব লোইনরক্লম্মী। পেরিস রিভোলুশন মাইথিপ্রবা ফাওবদা মাগী শৈরেংশিংসি ইন্তরনেশনেল লেবর মুভমেণ্টকী লমজিং মৈরা ওইরক্খি। মাগী শৈরেংশিংগী মমুংদা অমদি তোঙান তোঙানবা লোলশিংদা হন্দোকপ্রে লোইননা মালেমসিগী লৈরিবা প্রোলেটরিয়েটশিংগী য়াকাই-রোল ঈশৈ ওইপ্রে।

পেরিস কম্যুননা মাইথিপ্রবা মতুংদা ইউরোপকী লৈবাকশিংগী সরকারশিংনা পুলিস থাদোক্লুনা ইন্তরনেশনেল রাকিং মেনস এসোসি-য়েশনগী তোঙান তোঙানবা সেক্সনশিংগী মেম্বরশিংদা অওংবা অনৈ চংথবা হোৌখিরম্মী। ফ্রান্সতদি এসোসিয়েশনসিগী মেম্বর ওইবদি আইন কাইনা চংপগী দন্দ ফংহল্লম্মী। জর্মন, রাসিয়া অমসুং অষ্ট্রিয়াগী সরকারশিংনা ওর্গেনাইজেশনসিগী মায়োক্তা লৌখৎপা য়াবা মরাল-শিং পুম্না লৌখৎমিন্নবা বা তান্নরম্মী। শোক ১৮৪৮-৪৯ গী রিভো-লুশন মতুংদা হন্দক্কী পেরিস কম্যুনগী রিভোলুশন অসিগুম্না অচুম্বা কয়া লোংশিল্লগা অরানবা প্রচার তৌবা বুর্জুবাজি প্রেসকী থৌশিল লৈখিদ্রে।

---

☆সম্রাজ্যবাদনা লৈবাক অমগী মায়োক্তা লান্দারক্লবদি, বিশ্বাসঘাতক থর নত্তনা লৈবাক অহুদা লৈরিবা কাংলুপ পুম্নমক মতম থরগী ওইনা সম্রাজ্যবাদীগী মায়োক্তা জাতীগী লান অমগীদমক পুনশংদবনি. অসি-গুম্বা মতম অসিদদি সম্রাজ্যবাদ অমসুং লৈবাক অহুগা লৈনরিবা মুক্লবা অতুনা মপুঙ ওইবা মুক্লবা ওইনা লৌগনি। —মাওসেতুং

## ৱার্কিং ক্লাস মুভমেন্ট শাগৎপদা কার্ল মার্ক্স

মার্ক্স ধমকানা কিহনবা য়াবা মীতা নৎলমদে। চহীনা মার্ক্সকী মপাঙ্গল হল্লবস্থ মীওইবা কাংলুপপু লুংঙাইহনববগীদমক্তা থেংনগদবনি হায়না মাগী মচাম্নুপীশিংদা হায়খিবা ৱাঙাংদু হোংখিদে।

হৌজিক্কী সরকারসিগী কিনিংঙাই ওইরবা থৌওং লোইননা বুর্জুৱাজি প্রেসকী মীহৌহনবা ৱাপাওশিংবু থৌনা ফনা থেংনবতা নত্তনা ইন্তরনেশনেল ৱার্কিং মেনস এসোসিয়েশনদা য়াওরম্বা মীকিথ-শিংনা পেরিস কম্যুনদগী লাপথোকখিবস্থ থেংনবা তারম্মী।

মার্ক্সনা মাগী মরুপ অমদা ইবা চিঠিদা অস্তুম্না হায়— ঐহাকপু হৌজিক হৌজিকমক লন্দনদা থুাইদগী হেম্না মীথিঙ্গাই অমস্তুং কীনিং-ঙাই ওইবা মীশক অমা ওইনা লৌবগীদমক্তা চাওথোকচৈ।

মতমসিদা রাসিয়ান পেটি বুর্জুৱাজি রিভোল্যুশনরী Mikhail Alexandrovich Bakunin হায়বা অহুনা ইন্তরনেশনেল ৱার্কিং মেনস এসোসিয়েশনগী মনুংদা সাইন্টিফিক কামউনিজমগী ৱাখল্লোনবু নমথহনা এনার্কিজম পুশিল্লক্লবা হোৎনখি। এনার্কিস্টশিংসিনা মথোয়গী মশাগী ওইজবা ফংনবগীদমক্তা ৱার্কিং ক্লাসকী মীওইশিংদা অৱাননা প্রচার তৌবাসনা অচৌবা মরম অমা ওইহনা শোক ১৮৮১ গী ওক্টোবর থাদা লন্দনদা পাংথোকখিবা ইন্তরনেশনেল ৱার্কিং মেনস এসোসিয়ে-শনগী কনফরেন্সতা অচৌবা আইদোলোজিগী লড়াই অমা থোকখি। লন্দন কমফরেন্সসিদা মরুওইনা নৈনাখিবা ৱাফমদি প্রোলেটারিয়ান পার্টিনা করম্বা ফীরেপ লৌগদগে অহুগা ৱার্কিং ক্লাসকী পোলিটিকেল ষ্ট্রগল করম্না চৎথগদগে হায়বসিনি। মতমহুগী ওইনা অমদি তুংগী ৱার্কিং ক্লাস মুভমেণ্টকীদমক্তা অস্থুক য়াম্না মরুওইগ্রবা কোইশনশিং অসিদা য়েৎনবা কয়া থোকখি। মার্ক্সনা পেরিস কম্যুনগী থুদম পীরহুনা ৱার্কিং ক্লাসকী ওইবা পোলিটিকেল পার্টি অমা লৈরবতদা রিভোলুশনরী ষ্ট্রগলদা মাইপাক্লনা পোলিটিকেল পৱার পাইরকপা ঙমগনি লোইননা

সমাজদা অওনবা পুরকপা ঙমগনি হায়বগী বাকম কনফরেন্সতা পুখোক-খি। কনফরেন্সসিদা কুপ্পা খম্ন নৈনরবা মতুংদা মার্ক্সকী মতপু য়েংনবা লৈতনা য়ানজুনা প্রোলেটরিয়ান পার্টি অমা শেমনবা লোইননা মালেমগী রিভোলুশনরী মুভমেন্টতা পার্টিসিনা লৌগদবা থৌদাংগী মতাংদা মখাগী রিজোলুশনশিং অসি পাস তৌখি।

— বুর্জুবাজিশিংগী কলেকটিভ পৱারগী মাইয়োক্তা থেংনবগী দমক্তা বার্কিং ক্লাসশিংনা বুর্জুবাজিশিংনা শেমগংখিবা পোলিটিকেল পার্টি-শিংগী ইতোং তোঙানবা মখলগী পার্টি অমা শেমগৎপা দরকার ওইরে।

— বার্কিং ক্লাসপু পোলিটিকেল পার্টি অমা ওইনা ওর্গেনাইজ তৌরবতদা সোসিয়েল রিভোলুশন মাই পাকনি লোইননা সমাজদা লৈরিবা সোসিয়েল ক্লাসশিং অসি মরু ফংনা মুথৎতুনা ক্লাসলেস সো-সাইটি অমা শেমলকপা ঙমগনি।

এনার্কীস্টশিংগী অৱানবা মীৎয়েং অচু চুমথোকনবগীদমক্তা মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা সাইন্টিফিক কমিউনিজমগী বাখল্লোন অমদি মসিবু থবক্তা পানসিনবগী মতাংদা হংলকপা মরি লৈনবা বাহং কয়াগী পাওখুম পীনা তাখি। সোসিয়েলিষ্ট রিভোলুশনগী মতাংদা মার্ক্সনা হায়খি কমিউনিস্টশিংগী দমক্তা রিভোলুশনরী অর্মদ ষ্ট্রগল আসনা অমতা ঙাইরবা উপায় নত্তে, শান্তী ওইনা সোসিয়েলিস্ট রিভোলুশন থোকপা য়াবদা খুৎলাই শিজিন্নবা হায়বাস অপংবা ওইগনি। অচুবু বার্কিং ক্লাসকী হায়ৌ নমথনবগীদমক্তা খুৎলাই পাযবা লান্মী শিজিন্নরনিনা রিভোলুশন থোরকপদা শান্তী ওইবা মওংদা চৎথবা হায়বাস হওই ওইথোকপা য়ারোইদবনিনা প্রোলেটরিয়েটশিংনা। শাইদগী হেন্না খুদোংথিনিংঙাই ওইবা ষ্ট্রগল হায়বদি খুৎলাই পাইবা লডাইগী দমক্তা শেমশাগদবনি। লোইননা শেলগী মংযেক্তা থেংনবা লুবা হুগ ভসিদদি খুৎলাই পাইবগী

☆"ঐখোযনা মীচমগী ওইবা গনতন্ত্রনা মপুংফানা ঙাকপা অচুম্বা সংস্থানশিং লিংখৎকদবনি। সোসিয়েলিষ্ট স্টেট হায়বাস মশাগী ওইজবা তানবশিংগী মায়োক্তা লৈবা অমদি মীয়ামগী ওইবা গনতন্ত্র চৎপা ওইগদবনি।

— ফীদেল কাস্ত্রো

লালহৌ অসিনা সোসিয়েলিষ্ট রিভোলুশন পুরকনবগী খ্বাইদগী চাশিন্নবা মেথোদ ওইগনি হায়বসিন্থু মার্ক্সনা হায়রম্মী। অদুগা দেমোক্রেটিক রাইটস অমস্থং ফ্রিদম ফংননবা প্রোলেটরিয়েটশিংনা হোৎনগদবনি হায়বসিন্থু মার্ক্সকী অচেৎপা থাজবনি।

লন্দন কনফরেন্সনা সেক্তরিয়ানিজমগী মাইয়োক্তা অমতা ওইনা লেপ্তুনা ইন্তরনেশনেল বার্কিং মেনস এসোসিয়েশনগী প্রিনসিপলশিং— পার্টি দিসিপ্লিন অমস্থং দেমোক্রেটিক সেন্ত্রেলিজম অমুক হেন্না চেৎশিন-হনখি। কনফরেন্সসিদা পাস তৌখিবা রিজোলুশন "ওন লেন্দ টিল্লরস" হায়বদুদা লৌমীশিংবু মুভমেন্টতা শরুক য়াহল্লকবগী লৌখৎফম থোকপা পান্থৈ কয়া লোইননা খুঙ্গংগী লমশিংদা এসোসিয়েশনসিগী রাখল্লোন শন্দোকপগী তঙাইফদবস্থ মমৎ তানা থম্নখি। কনফরেন্সসিনা লৌখিবা বারেপশিংদা মার্ক্স যাম্না পেনবা পোকখি। বার্কিং ক্লাসনা পোলিটিকেল এক্সন চংশিনবদা ষ্ট্রগল মাইপাক্না তৌনবগীদময়ক্তা করম্না লালোং চংশিনবা তাবগে হায়বগী মতাং অমদি কমিউনিস্ট পার্টি লিংখৎপগী দরকার ওইবদু বারেপ ওইনা লৌখি। মার্ক্সনা মাগী মুপীদা থাবা চিঠিদা অস্থয়া ই— লন্দন কনফরেন্সসিদা তৌরিবফি য়াম্না রাবা থবকনি। অদুবু অতৈ মমাংগী কংগ্রেসশিংনা পাইখৎখবা কয়াদু পুনশিনবগীদি হন্দক্কীসিনা থবক পাংথোকপা হেল্লে।

Mikhail Alexandrovich Bakunin গী সেক্তরিয়ান ওইবা এক্টীভিটিশিং মথা অমুক চৎথরক্তনবা ইন্তরনেশনেল বার্কিং মেনস এসোসিয়েশন মস্থংদা তোঙান তোঙানবা সোসাইটিশিং শেম্না থিংননবা বারেপস্থ লৌখি।

লন্দন কনফরেন্স মতুংদা Bakunin গী মতুং ইনবশিংনা মার্ক্স, এঙ্গেলস অমস্থং জেনরেল কাউন্সিলগী মাইয়োক্তা প্রোপেগন্দা কম্না চৎথরম্মী মথোয়না তৌবা প্রচার কয়াসিনা এন্টি-মার্ক্সিষ্ট গ্রুপকী মীওইশিংগী পুক্নিং চিংশিল্লম্মী।

শোক ১৮৭২ গী সেপ্তেম্বর থাদা ইন্তরনেশনেল বার্কিং মেনস এসোসিয়েশনগী কংগ্রেস হেগতা কমখিবা অতুদা বাকুনিনিজমগী মা-য়োক্তা অচৌবা য়েংনবা থোকখি লোইননা মসিদা লৌখিবা বারেপ কয়ানা বাকুনিনিজমগী পোলিটিকেল ট্রেন্দ মাইথিবা পীবা ঙমখি। কংগ্রেসসিদা এঙ্গলসনা এসোসিয়েশনগী সেন্ত্রেল কাউন্সিলগী ওফিস লন্দনদগী নিউ যোর্কতা তোংনবা তকশিনখি। মসিগী মরু ওইবা মরম অমদি পুলিসকী অওৎ-অনৈনা লৈবাক খবদদি এসোসিয়েশনসিগী এক-টিভিটি অমতা পাইখৎপা ঙমলক্রবর্নানি। অতুগীসু মথক্তা লন্দন কনফ-রেন্স অমদি হেগ কংগ্রেসনা যাম্না লুম্না লৌখিবা বারেপ— নেশনেল প্রোলেটরিয়ান পার্টিশিং পুনাশনবা য়াম্না এক ওই হায়বতু থবক ওইনা পাংথোক্রবগীদমক্তা খব হেন্না থুমাং চাওশিল্লবা লৈবাকশিংগী বার্কিং ক্লাসকী মীওইশিংদা মার্ক্সিজমগী বাখললোন অসি শন্দোরবা লোইননা পেটি বুর্জুবাজি আইদোলোজি উটোপিযান সোসিযেলিজমগী মরু তুল্লিবতু মৎথৎনবা এসোসিয়েশনসিনা থবক কয়া পাইখৎনবনি।

ইন্তরনেশনেল বার্কিং মেনস এসোসিয়েশনগী প্রিন্সিপল মখাদা প্রোলেটরিযান পোলিটিকেল পার্টিশিং শাগৎপদা লৈবাক লৈবাক্কী ওইরবা ফীভম হায়বাদ বার্কি ক্লাস মুভমেন্ট চৎথরকপদা থেংনবা খুদোংথিবশিং মমুং তানা শন্নু-নৈনবা দরকার ওই হাযবসি মার্ক্সকী অচেংপা খাজবনি। শোক ১৮৭০ লোইশিল্লকপদা লৈবাক খরদা রিভোলুশন্নরি পোলিটিকেল পার্টিশিং— জর্মনীদা শোক ১৮৭৪, দেনমার্ক-শোক ১৮৭৬, বেলজিয়ম অমসুং স্পেনদনা শোক ১৮৭৯ দা লিংখৎলে। অতুগা ইংলেন্দনা শোক ১৮৮১ দা, পোলেন্দ অমসুং ইটালিদনা শোক ১৮৮২ দা বাবরস পার্টিশিং শেমখি। অসিগুম্বা নৌনা শেমলকপা পার্টিশিং অসি সাইন্টিফিক কমিউনিজমগী বাখললোন্দা শাগৎপনি

---

☆"শেঙ্গাও পাইবগী নীতি (কেপিটালিজম) না থবক শুবাশিংগী শেনফম হুন্থহল্লগা লাইরহল্লি হাযবতা নত্তে, করি করিগুম্বদা মখোযগী শেন ফংনবা লম্বী পুমথীং থীংলগা মী লিশিং লিশিংবু চাকনাবা ওইহল্লি"।
—ইরাবত, কেপিটালিজম (লা: ৫)

লোইননা মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসতগী পার্টি শাগৎপদা চংবা মতেং পুন্নমক কংলম্মী।

কেপিটেলিজম চাওখৎপা থিনবা লৈবাকশিং স্পেন, সুইজর্লেন্দ অমসুং ইটালিদা মাস প্রোলেট'রয়ান পার্টিশিং শাগৎপদা এনার্কিষ্ট ইলিমেন্টশিংনা অপনবা য়াম্না পীরম্মী। মসিগীদমক্তা মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা মথংশিংনা এনার্কিজমবু হুন্দুনা "ইনদিফরেন্স ইন পোলিটিকেল মেটর" অমসুং "ওন ওথোরিটি" হায়না মমিং থোননা আর্টিকলশিং ইটালিয়ান সোসিয়েলিষ্ট প্রেসতগী নমদুনা কোংদোকখি। মার্ক্সিজমবু শাগৎলম্বা মীওই অনি অসিনা এনার্কিজমগী মায়ক শেংলবা শক্তম পোলিটিক্সতা শরুক য়াদবা অদুগা মখোয়গী ৱাখল্লোনসি অলত্রা রিভোলুশন্নরিনি হায়জরকপসু তশেংবদি ৱার্কিং ক্লাসপু দিমোরেলাইজ তৌবনি লোইননা এনার্কিজমন পোলিটিকেল এক্সন অমদি ক্লাস ষ্ট্রগল যাদবা, প্রোলেটরিয়ান পার্টিশিং শাগৎপগী মাথাক্তা লেপ্পা অসিনসু মতম শাংনা কেপিটেলিজম হিংহনবগী লম্বী ফাংলি হায়বসি মখোয়নিনা শন্দোক্না উৎখোকখি।

ইংলন্দদা ৱার্কিং ক্লাসকী দেভলপমেন্ট কযাসি মার্ক্স মমিৎমক্তা উবা ফংখ। অদুগা মার্ক্সকী মমিং অমদি মাংনা ইবা লাইব্রিকশিং ইংলন্দদি মীয়াম পাকশন্না খংনখি।

মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা ফ্রেন্সতা ৱার্কিং ক্লাসকী ওইবা ইন্দিপেন্দেন্ট রিভোলুশনরী পার্টি অমা শাগৎনবা অওম্বা মতেং ফ্রেন্স সোসিয়েলিষ্টশিংদা পীখি মখোয়না ফ্রেন্স প্রেসত আর্টিকলশিং ফোংদুনা পেটি বুর্জুৱাজিশিংনা চেংনা থাজারবা থাকম— শেঙাও পাইবনা সাসন তৌবা লৈবাক্তসু সমাজগী ওইরিবা ফিভমদা অওনবা পুরকপা য়াই হায়বসিবু ক্রিটিসাইজ তৌখি। ফ্রেন্স ৱার্করস পার্টিগী লুচিংবা Jules Guesde ন হায়জনদগী মার্ক্সনা পার্টিসগী প্রোগ্রাম ড্রাফট তৌখ। হায়রিবা ড্রাফট প্রোগ্রামসি শোক ১৮৮০ দা Le Havre দা ফমখিবা পার্টিগী কংগ্রেসনা পাস তৌখি। মসিনা ফ্রান্সতা মার্ক্সিজম শন্দোকনবগী অচৌবা খোংথাং অমা ওইখি

মার্ক্সনা জর্মনগী রার্কিং ক্লাস মুভমেন্টকস্থু নক্কনা মরি থম্মী শোক ১৮৭২ গী মতুংদগীদি রার্কিং ক্লাস মুভমেন্টকী সেন্টরসি ফ্রান্সতগী জর্মনদা হোংখিরম্মী। ফিউদেলিজমগী মথাদা জর্মন মচেৎ মচেৎ তানা থাই-দোক্লম্বা অমসুং পুনশিনখিবদগীদি লৈবাক্সিদা ইন্ডস্ট্রি থুনা চাওখৎলরম্মী লোইননা প্রোলেটেরিয়েটশিংসু পুনশিন্নকুনা জর্মনগী রার্কিং ক্লাস মুভ-মেন্ট অনৌবা খোংথাং অমদা চংশিল্লরম্মী। মতমসিদা জর্মনদা সো-সিয়েলিস্ট পার্টি অনি লৈরম্মী—অমনা Eisenachers না শোক ১৮৬৯ দা শিন্মীশিংগী ওইবা কংগ্রেস অমা শিন্নতুনা লিংখৎখিবা পার্টি মমিংনা দি সোসিয়েল দেমোক্রেটিক রারকস পার্টি কৌতোম্লা অমসুংনা লাসালিয়ান জেনরেল এসোসিয়েশন ওফ জর্মন রার্কস কৌসিনি। মার্ক্সনা Eisenach কী পার্টিগী চুংশিননরম্মী মরমদি পার্টিসিগী এক্টৌভিটিশিং অসি মার্ক্সিষ্ট প্রিনসিপলদা যুম্ফম ওই। মার্ক্সনা জর্মন সোসিয়েল দেমোক্রেটশিংদা দেমোক্রেটিক জর্মন রিপাব্লিক শেম্নবা লোইননা প্রজাশিংদা দেমোক্রেটিক রাইটস ফংহনননবগীদমক্তা পান্নিবা সরকারস্না লৈবাক্সিবু রিএক্সনারী অমদি মিলিটেরিজমগী মকোন অমা ওইহননবা হোৎনরিবসিগী মাইযোক্তা থেংনগদবনি হায়বসি মরিক চুমনা তাকতুনা খংহনখি।

শোক ১৮৭৫ দা জর্মনগী সোসিয়েলিষ্ট পার্টি অনিসি পুনশিনবগীদমক্তা নমথে ক্কবা ড্রাফট প্রোগ্রাম ফোংলকপা উবদা মার্ক্স য়াম্না ওংভাইখিদে। মবমদি মসিদা অরানবা অাইদিয়া কয়া য়াওরম্মী। ড্রফট প্রোগ্রামদা য়াওরিবা অশোয়বা কয়া অসি মাগী জর্মনদা লৈবা কমরেদ ইন আর্মসশিং অমদি জর্মন রার্কর্শিংদা মাধিজমগী প্রিনসিপলশিং মথেক শেংনা খংহননবগীদমক্ত মার্ক্সনা "ক্রিটিক ওফ দি গোথা প্রোগ্রাম" হায়না মমিং থোনবা লাইরিক অম ইখি লাইরিকসিদা য়াওরিবা মরুওইবা

---

☆ওৎপীরবা কাংবুশিগী অরা-অনা অমদি অরাৎপশিংদু মহৌশাদগী হেন্না শাথিনা হেক্সিল্লকপা মতমদা রিভোল্যুশন থোরকই।

— লেনিন

রাক্কমদি কেপিটেলিস্ট সোসাইটিদগী কমিউনিষ্ট সোসাইটিদা ওন্থোরক্-বগীদমক্তা রিভোলুশন্নরী ট্রান্সফোর্মেশন অমা দরকার ওই হায়বসিনি। রিভোলুশন্নরী ট্রান্সফোর্মেশন অসিগা মতম চপ চান্নবা পোলিটিকেল ট্রানজিশন পেরিওদ অমা লৈগনি মহুবু রিভোলুশন্নরী দিক্টেটরসিপ ওফ দি প্রোলেটেরিয়েট হায়না খংনগনি। মখা তানা মার্ক্সনা কমিউনিষ্ট সোসাইটি অমা শেমগৎপদা তাংকক অনি চংই হায়বসি শন্দোকনা তাকখি। প্রোলেটেরিয়েটশিংনা বুর্জ্জোয়াজি সাসনবু মাইথিবা পীড়ুনা মীনা মীবু ওৎপগী চৎনবী অসি কোকহল্লবস্থ প্রজা থুদিংমক্কী দরকার ওইবদি থুংহনবা ওইথোক্কে। মরমসিদগী কমিউনিজমগী অহানবা তাং-ককতদি মীয়ামদা থবক্কী মতুংইন্না চাকথুং পীবনি। অদুগী প্রোদক্তিভ ফোর্সশিং চাওখৎলকপগী অমদি প্রজাশিংগী মরক্তা সোসিয়েল কনাসযসনেস পোকলকপগী মতু ইন্না কমিউনিষ্ট সোসাইটি অমা শেমবগী দরকাব ওইবা কথাতু লৈরবা মতমদা অনিশুবা অমসুং অরোইবা তাং-ককতা লাক্কনি। অনিশুবা তাংককসিদাদি মাগী তৌনফম্বা শক্তীগী মতুং ইন্না থবক পীগনি অদুগা দরকারগী মতুং ইন্না চাকথুং ফংহনগনি।

জর্মনগী সোসিয়েলিস্ট পার্টি অনা পুন্শিল্লকবগীদমক্তা শেংথিবা গোথা প্রোগ্রাম অসিদি লেস ল্যানিজমবু শোইদুনা শেমথিবনিনা থুদোংচাবা লৌবা পাম্বা মীওইশিংবু পার্টিসদ চংলবনবগী লম্বী ফাংলগনি হায়বগী আকবা মার্ক্সনা ফোংদোকখি। মসি চষ্ঠী অমগী মহুংদা অচুম্বা শহরকখি। বার্লিন ইউনিভর্সিটিগী এসিসটেন্ট প্রোফেসার **Eugen Duhring** দা পেটি বুর্জ্জোয়াজি সোসিয়েলিজমগী আইদি-যাশিং শন্দোক্তুনা সোসিয়েলিষ্ট রাকবস পাটি মনুংদা রাখাল্লানসিবু পান্নরকপগী মমি তারকপা লোইননা সোসিয়েল দেমোক্রেটিক লিদরশিংনা ফাওবা মসি ঠৈফ খন্নবকপগী মার্ক্সনা এঙ্গেলসপু **Duhring** গা লম্বা তৌননবা থাদোকলম্মী। আইদোলোজি অনীগী লডাই অদুদা এঙ্গেলসনা মাগী মমিং লৈরবা লাইরিক "**Herr Eugen Duhring's Revolution in Science**" ইহুনা ফোংদোকখি। লাইরিকসিদা এঙ্গেলসনা **Duhring** গী এন্টি সাইন্টিফিক ভিয়ুশিংবু শিথবতা ওডুনা

মার্ক্সিষ্ট থিওরীগী মচাক অহুম— দায়লেকটিকেল এন্দ হিষ্টোরিকেল মেটরিয়েলিজম, পোলিটিকেল ইকোনোমী অমসুং দোক্ত্রিন ওন সোসিয়েলিজম এন্দ কমিউনিজমগী শুপচিল্লবা শক্তম অমসু উৎথোকনবা হোংনখি। এঙ্গেলসকী লাইরিকসিগী মপান্দগী জর্মন সোসিয়েল দেমোক্রেটিক বার্করশিংগী মসুংদা মার্ক্সিজমগী আইদোলোজি শন্দোকপদা অচৌবা তেংবাং ওইখি।

---

## রিভোলুশনরিশিংনা করি তৌবা তাই

খুদোংথিবা মায়োক্নরগা পুক্নিং হন্থবা তৌরোইদবনি, খুদোংথিবা নত্রগা অবাবদা নিংহন্নরোইদবনি. থম্মোই শোনবা য়াদে, কিবা য়াদে, হেক্লা থাদোক্নমু, খুদোংচাবা থীবা মী ওইহেদে, আইদোলোজিগী বাফমদা কনসেসন পিবোইদবনি, অথুবা মিংয়েংদা নশাগী জাতিতগী থনবা য়াদে, শক্তি লান্না শিজিন্নবা যাদে. নিত্তি থুগাইবা য়াদে, শেঙ্গা থুমজা তৌবা য়াদে, ইশা চাওহনবগী বাফম য়াদে, লুচিংবশিংবু লাংপা য়াদে, পাপোনেলিটি কলট শাগৎপা য়ারোই, রিভোলুশনরীশিংনা শোইহেদে হায়বা লৈতে, মীয়ামগী মরক্তা অপুনবা শাগৎকদবনি, মার্ক্সিজম লেনিনিজমবু যাগদবনি, ইমপেরিয়েলিজমবু-হন্দবা লৈতনা মায়োক্নগদবনি, প্রোলিটরিয়ান ইন্টর্নেসনেলিজমবু থাজগদবনি, মাংজিন থাবা দল অমগী দরকারবু য়াগদবান, কলেকটিভ লিডরশিপ অমসুং রিভোলুশনরী ফিদমবু য়াগদবনি, ইশাগী অশোয়ব চুমথোকপা য়াগদবনি মরাল অহুম্ম মশক থংগদবনি, লমচৎ ফজনবা হোংনংদবনি, মীয়ামগীদমক্তা কণ্থোক্নদবনি, ওসিগী মুডাইনবা লানথেংনখিবা মীওইশিংবু থাগৎকদবনি অমসুং মতিক চাবা ব্যভার উৎকদবনি।

—ফিদেল কাষ্ট্রো

মার্ক্সনা লৈখিদবসি ঐখোয়দা অকল্পা পোৎলুম অমনা ননবনি। অদুবু ঐখোয় তেংথা নাওইদে, মরমদি মহাক শিদে। প্রোলেটেরিয়েটশিংগী থম্মোয়দা অমদি বাখলদা মার্ক্সপু নিংশিংহনা লৈগ্রগনি লোইননা মাগী বাখল্লোনসি হেন্না পাকথোক চাওথোক্লা কোনশিল্লকথিগনি।

—বিলিয়ম লেবকনেচট

## মার্ক্সকী অরোইবা পুন্সিগী তাংকক

মার্ক্সকী পুন্সিগী অরোইবা শরুক্তা রাশিয়াগী রিভোলুশনরী মুভমেন্ট লোইননা লৈবাকসিগী পোলিটিকেল, ইকোনোমিক, হিষ্টরি অমসুং কলচরগী লমদা খিন্তিন হুমন্তিনবগী থবক্তা মপ্যারুং লুপখি। শোক ১৮৪০ অমদি শোক ১৮৫০ গী মতমদনা মার্ক্সনা রাসিয়াগী ফোরেন পোলিসিগী মতাংদা জারনা লৌথংলকপা পোলিসি কুপ্পা নৈনখি। শোক ১৮৭০ হৌরকপদগীদি রাসিয়াদা অহোংবা কয়া থোকখ্রে। হায়বদি ইউরোপতা জারবু থোইনা থৌশানরক্লে, অদুগা রাসিয়াদসু রিভোলুশনরি মুভমেন্ট হৌরক্লুনা নিংথৌ সাসনগী অওৎ-অনৈ অসিবু মাংহনখিনবা হোৎনখ্রে। ইউরোপতা রিভোলুশন হৌরিবা কাংবুনসু রাসিয়াগী

মরমদা নৈনবসি মরু ওইরক্লে। মরমশিংদগী মার্ক্সনা পোলিটিকেল ইকোনোমী অমসুং হিস্টরিগী মরমদা থিজিন হুমজিনবগী থবক চংথবদা রাসিয়াগী মরমদসু কুপথনা থিজিনর্বসি দরকার ওইরকলে।

মার্ক্সনা শোক ১৮৬১ দা রাসিয়াদা পিজেন্ট রিফোর্ম থোকখিবগী কুপ্পা নৈনরব। মতুংদা "রিমার্কস ওন দি ১৮৬১ রিফোর্ম এন্দ রাসিয়াজ পোস্ট রিফোর্ম দেভলপমেন্ট' হায়না মমিং থোনবা মেন্নুসক্রিপট অমা ইথি। মসিদা মার্ক্সনা রাসিয়াগী ইকোনোমিক দেভলপমেন্ততা ফিউ-দেল রেমনেন্টশিং অমদি ওইরক্লিবা কেপিটেলিস্ট রিলেশন কয়াগী চয়েংনবা কয়ানা অথিংবা পীরিবসিগী মরমদা শেংলবা শক্তম অমা তাকই।

মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা রাসিয়ান রিভোলুশনরীশিংদা থাবা চিঠি-শিংদা জারগী লৈবাক ভাকলোনবু শাথিনা য়ানিংদবগা লোইননা মখোয়গী রিভোলুশনরী মুভমেন্ট শোইদনা মাইপাক্কনি হায়বগী থাজবা কয়া ই। রাসিয়ান রিভোলুশনরী মুভমেন্টকী ওইরকখিবা ফিভম কয়া কুপ্পা নৈন-রব। মতুংদা মার্ক্সনা রাসিয়ানা মনিং মথা তমলবা লৈবাক অমা ওইরক্লুনা সাইন্স অমসুং টেকনোলোজি চাওখৎলকপনা পুথোকলবপা থৎলাইশিং শিজিন্নদুনা অপুনবগী শক্তীনা কৌউশিংউবগী পোৎথোক য়াম্না পুথোকলক্কনি হায়বগী থাজবা ফোংদোকলম্মী। মসিগী মরমদি রাসিয়াগী মহৌশাগী ওইরিবা ফিভম অসিনা লৌমীশিংগী মরক্তা চুংশিনদুনা অনগা অমগা মতেং পাংনদুনা মেচিনগী মতেং কৌরগা পোংথোক পুথোকপা দরকার ওইবদগীনি। শোক ১৮৬০ দগী ১৮৭০ ফাওবগী মনুংদা রাসি-য়াদা ওইরকলিবা ইকোনামিক অমদি সোসিও পোলিটিকেল ফেক্তর কয়াসিদগী ইউরোপকী লৈবাক অতৈদগীদি রাসিয়াদনা রিভোলুশন থোকপা ইহান হায়ক্কনি হায়না মার্ক্সনা খনখি। মার্ক্সনা থাজরম্মী মতুদা রাসিয়াদা থোকদৌরিবা রিভোলুশন অসি মরু ওইনা লৌমীশিংগী

---

☆রিপব্লিক ওইবা হিংসাদি শু নোমলি মীয়ামদুনা তঙাইফদনা, ফেন-ফত্রবা পুংফম অমদি অবস্থাদা নৈহৎলিবশিংগী মায়োক্তা লৌবদুনি।

—লেনিন

রিভোলুশনগী অতুগা মসিনা জারগী ওটোক্রেটিক রুল, মীওই থরতনা লমগী মপু ওইবনচিংববু মাইথিবা পীতুনা মীচম প্রজাশিংদা দেমোক্রেটিক রাইটস অমসুং ক্রিদম ফংহল্লকনি হায়রবসিনি।

শোক ১৮৮২ দা মেনিফেষ্টো ওফ দি কমিউনিষ্ট পার্টিগী রাসিয়ান ইদিসনগী রাহৌদোক্তা মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা জারগী শুপ্পম সাসন মুৎথৎনবগীদমক্তা রাসিয়াদা রিভোলুশন শোইদনা থোক্লগনি লোইননা লৈবাকসিগী রিভোলুশননগী মুভমেণ্টকী মৈরি অসি ইউরোপ পুম্বদসু শন্দোক্লকনি হায়না ইথি।

মার্ক্স মশা শোকচিনবা অসুম হেক্সিল্লক্লম্মী অতুবু কেপিটেলগী লোইহোদবা ভোলুম লোইশিন্নবগীদমক্তা মরি লৈনবা লাইরিক কয়া পাতুনা মচাক খোমজিল্লম্মী। মহাক্না পোলিটিকেল ইকোনোমীগী সমস্যা কয়া নৈনবতা নত্তুনা অতৈ নেচরেল সাইন্স কয়া- এষ্ট্রোনোমি, কেমিষ্ট্রি, এগ্রোকেমিষ্ট্রি, বাইওলোজি, মেকেনিক্স অমদি ফিজিক্স নৈনরম্মী লোইননা হিষ্টরীগী লাইরিক কযাসু নৈনতুনা লৌশিনবা যাবা মচাক কয়া খোমজিল্লম্মী। হায়ার মেথমেটিক্সসু চহী কযা চংনা নৈনরম্মী। অমার ফিল্ডসিদা রিসার্স কাওবা তৌরম্মী। শোক ১৮৭০ হৌগৎলক-পদ মার্ক্সন হায়ার মেথমেটিক্সকী লমদা রিসার্স মেন্নুসক্রিপট অনা-"ওন দি কনসেপ্ট ওফ দি দিরাইভদ ফংসন" অমসুং "ওন দি দিফরেন-সিয়েল" হৈবা লোইরম্মী অতুবু হিংলিঙৈ মতমদা লাইরিক ওইনা ফোংবদি ওনখিদে।

মার্ক্সনা নৈনবা বিষযশিংসি মশিং য়াম্বা অসুম অসুম হেক্সৎলরম্মী। মহাক্না হিস্টরীগা পোলিটিকেল ইকোনোমিগা লৈনবা মরি পুথোক্লবা অতুগা ইকোনোমিক রিসার্সতা ফংলকপা ফলসিং অদু অতৈ সোসিয়েল সাইন্সশিং নৈনবদা শিজিন্নরম্মী। মহাক্না কেপিটেলিজমগী ইকোনোমিক লো পুথোকলবা মতুংদা মসিবু মীয়ামদা অহিংবা পোৎশক অমগুম্না উৎপা ওম্নবগীদমক্তা পোলিটিকেল হিষ্টরী, হিষ্টরী ওফ কলচর অসিনচিংবা কয়াসু নৈনরম্মী।

Wilhelm Liebknecht না হৌখিববু নিংশিংচুনা ইবা লাইরিক্তা মার্ক্সকী খন্নবা ভম্বা শক্তৌগী মরমদা অস্তুম্না ই—

"মার্ক্সকী বাখলসি পৃথিবী পুম্বসি কোনশিন্নবগুম
তৌই অতুগা ছিরম খুদিংমকপু য়াম্না কুপথনা
নৈনৈ লোইন লোইননা করিগুম্বা ছিরম অমতম্তু
মরুওইদবনি হায়না লৌখিদে।
অসিগুম্বা কা হেন্না খন্নবা ভম্বা শক্তী চেনবা মীওই অমনা সমাজগী ওইরিবা মওং অসিবু মচা খাইদোক্তুনা নৈনবসি য়েংবদা য়াম্না পুক্কিং চুনিংঙাইবনি।"

পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা লৈবাকশিংগী রিভোলুশনরীশিংনা মার্ক্সতা অচেৎপা থাজবা অমদি ইকাইখুম্নবা থমখি। বাকুরশিংনচু মখোয় মশাগী ইক্লপবিরুদ্ধতগী রিভোলুশনরী মুভমেন্টকী থিওরী অমসুং প্রাকটিসকী য়াম্না লুর-লুরবা তাঙ্গাশিংদা মার্ক্সকী পাওতাক লৌবগী কান্নবচু থংখি। মহাক্কী লন্দনগী "ফ্রট, ক্লাস মুভমেন্টতা শরুক য়ারিবা মীওই চা কয়াগী খঙ নৈনক্তম ওইরম্মী মতমচুগী মমিং লৈরবা সাইন্টিষ্টশিং অমসুং ডেমোক্রেটিক লিদরশিংবু মার্ক্সনা মতিক চাবা সন্মানগা লোইননা মযুমদা পুশিন্দুনা বারী বাতাই শান্নরম্মী। শম্না হায়রদা মার্ক্সকী বাখল্লোনবু য়াদবা মীওইশিংদা ফাওবা মাগী য়ুমগী থোং লাওনা হাংদোক্তুনা থনম্মী মহাক্কী বারি বাতাই শাবা হৈবগী মগুন অঙকপনি মানা ফোংদোকনিংলিবা পোইন্ট অচু মতিকচাবা প্রমানগা লোইননা মথং মথং শাগৎলক্তুনা ময়েক শেংনা মীঙোন্দা উংথোকপা ভম্মী। মহাক্কী থোইদোক হেন্নোকলবা পার্সোনেলিটিনা পুক্কিং হোংহনখিদবা মীওই ইয়াও যাওখিদে। মার্ক্সকী মচাম্নুপী ইতোন তোনবী ইলেনোরগী বাহৈদা—

---

☆মার্ক্সকী মমিং অমদি মাগী বাখল্লোন অসি মালেমসিদা মীওইবা জাতীনা লৈরিবমখৈ নিংশিংচুনা লৈরগনি। মুমিংকী মশেক মঙালগুম্না মাগী বাখল্লোন্না মীপুম খুদিংমক্তা অঙকপা মঙাল অমা পীরগনি। মহ মালেমগী শক্তী অমতনা থীংবা ভমলোই। —লেসনর

"মহ কা অতোপ্পা মীচুনা থবাক্ত তাবিবা
জীরমতুদা মহাক শরুক য়াক্ত হায়না থলহনবা
ওম্বগী শক্তী অওকপনি তোঙান তোঙানবা
লমদা থবাক্ত তাকবা লোইননা সমাজদা থাক
মান্নদবা মীওইশিংনা মখোয় মখোয়গী থবক
থৌরংদা মহাক্না মপুং ফানা শরুক য়াড়ুনা
মখোয়বু মপুংফানা থংবা ওম্বগী শক্তী উৎপত্তদা
ওকনৈ। কনাগুম্বা মীওই অমনবু থাঙ্গেপেংনা
থংনিংলবদি মহাকী থাংবা কনবগী শক্তী লোইবা
নাইদে। মতোন্দদি করিগুম্বা বা অম ইরাক্ত
লাইবনি হায়না লৌদে অদুগা করিগুম্বা পোইন্ট
অমা য়েৎনবদা মহু অঙাংগী বাখলনি হায়না
খন্দোকপা তৌদে। মহাকী তাংলব মচম
অমদি মানা খ্রিক্তিন ভূমভিন্দুনা তানশিল্লরিবা
জ্ঞানশিং অসি কনাগুম্বা মুপা নত্রগা তুপী অমনবু
থাঙ্গেপেংনা থংনিংলবদি মহাক মতম পুম্নমক্কা
মখোয়গা বারি বাতাক্ত শানবগী দমজ্ঞা।শম শাড়ুনা লৈ।"

দিকেদ অনীরাম (চহী কুন) লন্দনদা যুম হাপ্তুনা লৈবসিনা মার্ক্সকী ইমুং মনুংদা অহাংবা কয়া থোকখি মচাম্নুপী অহল জেনী অমদি মচাম্নুপী যাইমা লোরা মপুং মরৈ ফানা চাওরে অদুগা মচাম্নুপা ইতোন তোনবী এলেনোরস্ত চহী ১০ শুরে। মচাম্নুপী তলুমমকসি কাওম্না পীথোক্লবা শুন চেনবী অমদি বুধি লৌশিং য়াম্না ফবী ওইরম্মী। অডাং ওইরিবৈদগী হৌনা নৈহৎপীরবশিংবু মুংশিখ অমদি মখোয়না চাওরক্লবা মতমদা নৈহৎপীরবশিংগী মুক্তোগী লড়াইদা অচৌবা শরুক য়াখি। মচাম্নুপী অহল জেনী বার্কিং ক্লাস মুভমেন্টকী ইতিহাস অমসুং নেচারেল সাইন্সত থবাক্ত য়াওরম্মী। মচাম্নুপী য়াইমা লোরানা লোল য়াম্না থংলম্মী অমদি লোল অমদগী অতোপ্পা অমদা হন্দোকপা য়াম্না হৈরম্মী। মহাক্না মার্ক্সকী লাইরিকশিং ফ্রেন্স লোন্দা হন্দোকখি।

অদুগা Beranger গী ঈশৈশিং, Engene Pottier অমদি অতৈ কবি কয়াগী শৈরেংশিং ফ্রেন্সতগী ইংরেজিদা হন্দোকখি। শোক ১৮৬৮ দা লোৱা ফ্রেন্স সোসিয়েলিস্ট Paul Lafargue কা লোইননা লুহোংখি। অমদি মপুন্সি চুপ্পা মাগী মুপাগী অশেংবা মরুপ অমসুং রিভো'লুশন্নরী একটিভিটিগী কমরেড ইন আর্মস ওইখি। শোক ১৮৭২ গী ওক্টোবর থাদ মার্ক্সকী মচানুপী অহল জেনী ইন্তরনেসনেল ৱার্কিং মেনস এসোসিয়েসনগী লিদর অমা ওইরিবা ফ্রেন্স জর্নেলিস্ট Charles Longuet কা লোইননা লুহোংখি। জেনীনা লুহোংলবা মতুংদা মপাগী সেক্রেটরী ওইবগী থবক্সি এলেনোরনা শিনখৈথি। মচৌশিং-গুম্না মহাকসু মপাগী মতেং পাংবদা যাম্না মুংতাইবা পোকখি। এলে-নোরগী মখোইদি মপানা ইবা মেনুস'ক্রপ্তশিং শিন্দোকপা লোইননা মপাগী স্পেসিয়েল এনাভায় (দুত) অমা ওইনা থবক তৌবনি। মচিন মনাও অকুমমক পেরিস কম্যুন অমদি ইন্তরনেশনেল ৱার্কিং মেনস এসো-সিয়েসনগী লিদরশিংগা অচেৎপা মরি থমখি।

মার্ক্স মশা মহুং শেংবনা মরম অমা ওইদুনা চহী কয়ামরুম চংনা থিজিন হুমজিন্দুনা মীওইবা সমাজদ' ঙমখৈ লৈতনা কান্নবা থবক তয়া লোইশিনবা ঙমখি মখাগী চহী নিফু (২০) গুবদা মার্ক্স পোক্না পুমঙো লৌরে। চহী ৫০ দদি য়েংবদা হনুবা মাল্লে। মহাকী ওইরিবা শককম অসিনা পুন্সিগী লানফম কয়া, ভৱা-ভমাদা মচা ৪ শিখিবা নকুবা মরুপ মপাং অমাদ কমরেদ ইন-আর্মস কয়া রিভোলুশন্নরী স্ট্রগলদা থৱাই মাংখিবনচিংবগী কোকফজ্রবা মমিনি।

শোক ১৮৭৩ দ' মশা শোকচিল্লকপদগী মার্ক্স লায়েংবা তাখি। মাগী মুপী অমদি এঙ্গেলসনা তকশিনবদগী য়াম্না তোইনা কার্লসবাদ স্প (হৌজিক্না কার্লোভি ভেরী) দা মশা ফগৎহন্নবগী দযক্না চংখি। অদুবু শোক ১৮৭৮ দা মহাকী হকচাংগী ফীভম য়াম্না শে কচিনক্লম্মী।

---

☆অহোংবা অমতা পুরক্তনা শাসন তৌরিবা কাংলুপ্পা মখোয়গী শাসন চালাইবা য়ারক্তবদা রিভোলুসন থোকই। —লেনিন

শোক ১৮৮১ গী দিসেম্বর তাং ২ দা মার্ক্স মাগী মপুস্নিদা থুইদবী হেন্না নুম্বা চৈনা কংখি। মতুদি মাগী ফুংশিজরবী মুপী জেনী শিবনি। এঙ্গেলসনা জেনীগী মোংফম মনাক্তা লেপ্তুনা অসুম্না হায়খি—

"অসুক য়াম্না খংজিনবা ওম্বগী শক্তী চেনবী
মীগী মওং মতৌ থংনা লোইনবা হৈবী।
চোকথবা পোক্তবী, কংথোকপগী লোইনাইদ্রবা
মগুন চেনবী অসিগুম্ববী মুপী অসিনা রিভো-
লুশনরী মুভমেণ্টতা কয়াম চাওবা থৌদাং
য়াবগে হায়বাস মীয়ামনা খংনদে অদুগা
পাওজেল চে অমত্তদসু নমতুনা ফোংখিদ্রি।
মহাক্তা করি তৌরম্বগে হায়বদু মাগা নকশিন্নবা
লোইনবশিংতনা খংই। অতোপ্পবু ফুংভাকনবা
হোৎনবদা মশামকম্ব ফুংঙাইবা পোকচবা মীশক
অমা খাবা তারবাদি হায়রিব মীশক অদু মুপী
অসিন।"

ডাক্তরশিংগী পাওতাক মতুং ইন্না মার্ক্স মশা ফগৎলক্নবগীদমক্তা হরা-ফুংশিং করবা মফম- অলজিৎরসদা মতম খর লেপ্পি অদুদগী ফ্রান্সকী খা থংবা শরুক্তা চংখি। শোক ১৮৮২গী ওক্টোবর থাদা মার্ক্স লন্দনদা অমুক হল্লকখি। অদুবু লন্দন য়োরগা মশা অমুক ফংচিল্লক্লমদে। শোক ১৮৮৩ গী জানুয়ারি তাং ১১ দ মচানুপী অহল জেনী হথং খংহৌদনা শিবগী পাও তারম্মী। চহীসিগী মার্চ থাদা মার্ক্সকী ফাভম অমুক ফগৎলকপগুম তৌরম্মী। হেলেন দেমুথনা মার্ক্সপু লুনা তৌরম্মী। অদুবু শোক ১৮৮৩ গী মার্চ তাং ১৪ দ মার্ক্স মাগী ইঁাদ কুমগী চৌকিদা ফম্ং-ফম্না অমুক হন্না হৌগৎলব্ররোইদবা মওংদা মতম চুপ্পগী ওইনা তুংল্রে।

এঙ্গেলসনা মাগী থুইদগী চান্নরবা মরুপ লৈখিদবদা অসুম্না হায়খি-
প্রোলেটারিয়েটশিংগী মুভমেণ্টতি অসুম চংথ-
খিগনি অদুবু ফ্রেন্সমেন, রাসিয়ানস, অমেরিকানস
অমসুং জর্মনশিংনা অরুবা বাবেপ অমা লৌরমদাইদা

পাওতাক লৌবা লাকনরম্ম অহুগা মীথোই মীহেল্লবা
মী অমা ওইনা করিগুম্বা তাঙ্গা অমগী লৌগদবা
ফীরেপ তশেং তাশেংনা তাবলম্বা মীয়ামগী তুংনফম
ওইরিবা মহাক অহু চংল্লে। প্রোলেটেরিয়েটশিংনা
মমৈদা জয় ওইবা হায়বসিমদি লোইদ্রবান অহুবু
ঙাইহাক্কী ওইনা লম্মী লমফাংনব লোইননা
অশোয়বা হেক হেক য়াওরকপহু হৌজিক্কী য়াম্না
তোইনা থোকলগনি। অহু ওইরবস্তু ঐখোয
পুক্কিং হনবা তৌরোইদবনি। ঐখোয় করিগী দমক্তা
মফম অসিদা পুল্লিবনো হায়বহু খন্নগদবনি।

মার্ক্সনা লৈখিদ্রবা মতুংদা এঙ্গেলসনা সাইন্টিফিক কমিউনিজমগী থিওরী মথা তানা থিজিন হুমজিল্লম্মী লোইননা লেবাক অতৈগী সোসিয়েলিষ্টশিংগী লমজিংবা অমদি পাওতাক পীবা অমা ওইনস্তু থবক তৌরম্মী।

কুনশুবা সতাব্দীসিদা ঐখোইনা সাইন্টিফিক কমিউনিজমগী থবক ওইনা পাংথোকপসি উরে। মালেমগী হাওহাসতা অনৌবা য়াওল অমা মাক্সিজমনা পুরকপসিদা ভলাদিমির লেনিনগী অচৌবা থৌদাং য়াওই হায়বদা হায়মনবা থোকলোই। মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা পুথোক্লম্ম সাইন্টিফিক দোক্ট্রিন অসি লেনিননা থবক ওইনা পাংথোক্লনা মীয়ামদা উৎখি। এপোর্চুনিষ্ট অমদি রিভিজনিষ্টশিংনা মাক্সিজমবু শেরান্নৌনা উহননবা হোৎনবহু লেনিন অমসুং লেনিনিষ্ট পার্টিনা চুমথোক্লবা হোৎনথি। মার্ক্সিজমদা যাওরিবা মরওইবা বাফমশিং—সোসিয়েলিস্ট রিভোল্যুসন, প্রোলেটরিয়ান ডিক্টেটরশিপ অমসুং সোসিয়েলিষ্ট দেমোক্রেসি হায়বসি করিনো লোইননা বার্কিং ক্লাস অমদি

☆সমাজ অমবু অপাম্বা মওংদা ওন্থোকপা হায়বশিমক্কী সমাজগী য়াওন নিতিবু মুন্না অমসুং নৌরিবা সমাজগী শক্তম অহুনদি মখোয়বু শকখংনীদ্রবা, ওল্লকদৌরিবা অনৌবা সমাজগী চৎন পথাপনদি মখোইগী কাম্নবা পীরগদবা কাংলুপ অহুতনা পাংথোকনি। —কার্ল মার্ক্স

মসিগী পোলিটিকেল পার্টিনা পাইখৎকদবা থৌদাং কয়াক্তু লেনিননা থবক্ত পানশিন্দুনা উংখ্রে ।

শোক ১৯১৭ কী গ্রেট ওক্টোবর সোসিয়েলিস্ট রিভোলুশন রাসিয়াদা থোকখিবসি মার্ক্সিজম লেনিনিজমগী বাখল্লোনগী অচৌবা মাইপাকপনি। মসিনা মার্ক্সিষ্ট লেনিনিষ্ট দোক্ট্রিন অসি রিভোলুশনরী ট্রান্সফোর্মেশন পুরক্কবগী দমক্তা থবক্তা পানশিনবদা কয়াগী মতিক চুমগে হায়দু থংবা ভমগ্রে। লোইননা মালেমগী লৈবাক কয়া মথং-মথং সোসিয়েলিষ্ট সিষ্টেম লোমদা ওনশিন্নরি।

মালেমগী ইতিহাসতা বার্কিং ক্লাসনা জয় ওইরকলিবা কয়াসি কমিউনিস্ট মুভমেন্টকী জয়নি। মরমদি কমিউনিস্ট পার্টিশিংনা প্রোলে-টরিয়েটশিংগী ক্লাস ষ্ট্রগলদা লম চিংলি। অতুগা হৌজিকী মতমসিদদি ইন্তরনেশনেল কমিউনিষ্ট মুভমেন্ট অসিনা মালেমসিদা খ্বাইদগী হেন্না অকনবা ফোর্স ওইরকলি।

মালেমসিগী লৈবাক কয়াদা কমিউনিস্ট পার্টিশিংনা রুলিং পার্টি ওইরকলি লোইননা সমস্যা কয়া কোকহন্দুনা চাওখৎলবা সোসিয়েলিষ্ট সমাজ শাগৎনরকলি ।।

## মাক্স'কী পুন্সিগী মরুওইবা তাংককশিং

| | | |
|---|---|---|
| ১৮১৮, মে ৫ | — | উকিল হেনরিক মাক্স' অমসুং হেনরিয়েট মাক্স'কী মচা ওইনা ত্রায়রদা কার্ল মাক্স' পোকপা। |
| ১৮২০, নবেম্বর ২৮ | — | লং শুংবনা শিনফম ওইবা ফ্রেদরিক এঙ্গেলস অমসুং ইলিজাবেথকী মচা ওইনা ফ্রেদরিক এঙ্গেলস বারমেনদা পোকপা। |
| ১৮৩০, জুলাই ২৭ তগী ওক্টোবর ২৯ | — | ফ্রান্সতা জুলাই রিভোলুশন থোকপা। |
| ১৮৩৫, সেপ্তেম্বর ২৪ | — | ত্রায়র জিমনাজিয়মদা লাইরিক তম্বা লোইদুনা মাক্স' সার্টিফিকেট ফংবা। |
| ওক্টোবর, ১৫ | — | বোন উনিভর্সিটিগী লো ফেকল্টিদা মাক্স' লো তম্বা হৌবা। |
| ১৮৩৬, ওক্টোবর থয়াই | — | পেরিসতা জর্মন আর্টিসানশিংনা ইহান হানবা জর্মন বার্করশিংগী ওর্গেনাইজেসন "লিগ ওফ দি জস্ট" লিংথংপা। |
| | — | মাক্স'না বোন ইউনিভর্সিটি থাদোক্লুনা বার্লিন ইউনিভর্সিটিদা মিং চনবা। |
| ১৮৩৮, মে ১০ | — | মাক্স'কী অপোকপা হেনরিক মাক্স' লৈথিদবা। |
| ১৮৪০, জুন ৭ | — | ফ্রেদারিক বিলিয়ম ফোরনা প্রুসিয়াগী নিংথৌ ওইবা। |
| ১৮৪১, মার্চ ৩০ | — | বার্লিন ইউনিভর্সিটিদা লাইরিক তম্বা লোইদুনা মাক্স'না ত্রায়রদা হল্লকপা। |
| এপ্রিল ১৫ | — | মাক্স'না জেনা ইউনিভর্সিটিদগী দোক্টোরেট ফংবা, থেসিসনা "দি দিফরেন্স বিতুইন দেমোক্রেটিয়ান এন্দ দি ইপিকুরিয়ান ফিলোসোফি"। |
| জুলাই, হৌগংলকপা | — | মাক্স'না বোনদা চৎপা। |

| | |
|---|---|
| ১৮৪২, এপ্রিল | — Rheinische Jeitung জর্নেল প্যাথাকপগী থবক যাওবা হৌবা। |
| অক্টোবর | — কোলোনদা লৈজুনা অক্টোবর ১৫ দগী জর্নেলসিগী ইদিটর ইন চিফ ওইরকপা। |
| নবেম্বর | — মাক্সকা এঙ্গেলসকা অহানবা হানবা ওইনা Rhcinische Jeitung গী অফিসতা উন্নবা। |
| ১৮৪৩, মার্চ ১৭ | — মাক্সনা Rheinische Jeitung গী ইদিটর ওইবা থোকপা। |
| জুন ১৯ | — মাক্সনা জেনী ভোন বেষ্টফালেনগা লোইননা লুহোংবা। |
| অক্টোবর | — মাক্সনা পেরিসতা চৎতুনা জর্মন ফ্রেন্স ইয়াববুক ফোংনবগীদমক শেমশাবা হৌবা। |
| দিসেম্বর | — মাক্সনা হেনরিক হেনগা খংনরকপা হৌবা। |
| ১৮৪৪, ফেব্রুৱারী | — পেরিসতা ইত্তা হানবা জর্মন ফ্রেন্স ইয়াববুক ফাবা। |
| মে ১ | — মাক্সকী মচানুপী অহল জেনী পোকপা। |
| জুন ৪-৬ | — সিলিসিয়ান রেভরাশিংগী ইহৌ। |
| আগষ্ট | — পেরিসতগী জর্মন লোন্দ ফোংবা চেফোং Vorwarts কা নরি থমনরকপা। |
| আগস্ট ২৮ | — এঙ্গেলসনা মাক্সকা পেরিসতা উনবা। |
| ১৮৪৫, ফেব্রুৱারী ৩ | — মাক্সপু পেরিসতগী তাম্থোকপ ব্রুসেলসতা হোংবা, মপী অভাংনা ফেব্রুৱারী থয়াইদা ব্রুসেলসতা হোংবা। |
| ফেব্রুৱারী লোইরকপা | — মাক্স অমসুং এঙ্গেলসকী অপুনবা ৱাইরিক দি হোলি ফেমালি ফ্রাঙ্কপোর্টতগী ফোংলকপা। |

১৮৪৫, এপ্রিল ময়ায় — এঙ্গেলসনা বাঙমেন্দগী ব্রুসেলস্তা চোংলকপা।

জুলাই-আগষ্ট — মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা চয়োল তকক চুপ্পা লন্দন অমসুং মানচেস্টরদা চত্নুনা থিজিন হুমজিনবা।

সেপ্তেম্বর ২৬ — মার্ক্সকী মচানুপী য়াইমা লোর পোকপা।

১৮৪৬ — মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা ব্রুসেলসতা কমিউনিস্ট কোরেসপোন্দেন্ট কমিটি লিংখৎপা।

এপ্রিল — মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা বিলিয়ম বুলফকা খংনরকপা।

মে — মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা দি জর্মন আইদোলোজি হৈবা লোইবা। অদুবু সেন্সর তৌবনা জর্মনদা ফোংবা য়াদবা।

আগস্ট ১৫ — কমিউনিষ্ট কোরেসপোন্দেন্ট কমিটিনা হায়জবদগী এঙ্গেলসনা পেরিসতা থম হোংবা।

১৮৪৭ — মার্ক্সকী মচানুপা ইদগর পোকপা (১৮৪৬ গী ডিসেম্বর নত্রগা ১৮৪৭ কী জনুৱারীদা)

জনুৱারী — মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা লিগ ওফ দি জষ্ট য়াওবা।

এপ্রিল/মে — মচৈ ময়োং থোকপগী চাং হন্নহনা চাক তাংবা থোকপদগী জর্মনগী তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা দেমোনষ্ট্রেশন ১দি হৌনচিংবা থোকপা।

জুন — কমিউনিষ্ট লিগকী অহানবা মীফম লন্দনদা।

| | | |
|---|---|---|
| জুলাই | — | প্রাউদোনগী দি ফিলোসোফি ওফ পোভর্টিগী পাওখুম ওইনা মার্ক্সকী লাইরিক দি পোভর্টি ওফ ফিলোসোফি-ফ্রেঞ্চ লোন্দা ব্রুসেলসদগী ফোংলকপা। |
| আগষ্ট ৫ | — | মার্ক্স কা লমজিং মখাদা ব্রুসেলসদা কম্যিউনিষ্ট লিগ লিংখৎপা |
| নবেম্বর ১৫ | — | মার্ক্সপু ব্রুসেলস দেমোক্রেটিক সোসাইটিগী ভাইস প্রাসিদেন্ট খনবা। |
| নবেম্বর ২৯ | — | কমিউনিষ্ট লিগকী অনিশুবা কংগ্রেস লন্দনদা ফমড়গী প্রোগ্রাম মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা দ্রাফট তৌবা। |
| ১৮৪৮, জনুৱারী ৩১ | — | এঙ্গেলস পোরসতগী তানথোরক্লুনা ব্রুসেলসতা থুংলবা। |
| ফেব্রুৱারী ২২ | — | ফ্রান্স রিভোলুশন। |
| ফেব্রুৱারী ২৪ | — | কমিউনিষ্ট লিগকী প্রোগ্রাম কম্যিউনিষ্ট মেনিফেষ্টো লন্দনদা ফোংবা। |
| ১৮৪৮, মার্চ ৪ | — | বেলজিয়মদগী মার্ক্সপু নাম্ভোকপা মার্চ ৫ দা মাগী ইমুং মনুংগা লোইননা ফ্রান্সতা থুংলবা। |
| মার্চ | — | মার্ক্সকা লমজিং মখাদা পেরিসতা কমিউনিষ্ট লিগকী সেন্ট্রল ব্যুরো লিংখৎপা। |
| মার্চ ১৩ | — | ভিয়েনাদা রিভোলুশন তৌবা। |
| মার্চ ১৮ | — | বার্লিন্দা সরকারগা প্রজাগা লোক্নবা। |
| মার্চ ২১ | — | এঙ্গেলসনা পেরিসতা থুংলবা। |
| মার্চ ২১-২৯ | — | মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা দি দিমান্দস ওফ দি কমিউনিষ্ট পার্টি ইন জর্মনি ইবা। |
| এপ্রিল ৬ | — | মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা কোলোনগীদমক খোংথানবা। |

| | | |
|---|---|---|
| মে ৩১ | — | মার্ক্সনা ইদিটর ইন চিফ অমদি এঙ্গেলসনা ইদিটর ওইদুনা ফোংবা চেফোং Neue Rheinische Jeitung গী অহানবা থুংনম থোকপা। |
| জুন ২৩-২৬ | — | পেরিসকী প্রোলেটরিয়েটশিংনা হৌরকপা। |
| আগষ্ট - সেপ্তেম্বর | — | মার্ক্সনা ভিয়েনা ১দি বার্লিন্দা চত্তুনা শিন্মী ওর্গেনাইজেশনশিং কনথংনবা হোংনবা। |
| সেপ্তেম্বর | — | সরকারনা ফাদনবগীদমক এঙ্গেলসনা কোলোন থাদোকপা। |
| ওক্টোবর, ৬-৩১ | — | ভিয়েনাগী প্রজাশিংগী ইহৌ; কাউন্টর রিভোলুশন্নরশিংনা মাইপাকখিবা। |
| নবেম্বর ৮ | — | প্রুসিয়াদা রিভোলুশন্নরীশিংগী থবক কনথংলকপা। |
| ১৮৪৯, জনুবারী থয়াই | — | এঙ্গেলসনা কোলোন্দা হল্লকপা। |
| ফেব্রুবারী ৭-৮ | — | মার্ক্সকী মথক্তা কোর্টতা বিচার চংখবা। |
| মার্চ ২৮ | — | জমন নেশনেল এসেমব্লীনা জর্মন কনষ্টিটিউশন এদোপট তৌবা। |
| এপ্রিল - মে | — | জর্মনগী অৱাং নোংচুপ থংবা শরুক অমাদি রেস্টফালিয়াদা মার্ক্সনা চয়োল অহুম লৈদুনা চেফোংগী ফন্দ থোম্বা। |
| মে হৌগংলকপা | — | কনষ্টিটিউশন শিংনদুনা জর্মনগী মফম কয়াদা ইহৌ। |
| মে ১৯ | — | Neue Rheinische Jeitung গী অরোইবা থুংনম থোকপা। |
| জুন ৩ | — | মার্ক্সনা পেরিসতা দেমোক্রেটিক সেন্ট্রেল কমিটিগী থবক পাংথোকপা চংপা। ইমুং |

মখুংগী মীওইশিংনা জুলাই থাতা পেরিসতা থুংবা।

আগষ্ট ২০ — মার্ক্স পেরিসতগী তানথোকপা অমদি লন্দনদা থুংলবা সেপ্তেম্বর ১৭ তা মার্ক্সকী ইমুং মচুং লন্দন হোরকপা।

নবেম্বর ৫ — মার্ক্সকা অর্নস্তবা মচানিপা লন্দনদা পোকপা।

নবেম্বর ১০ — এঙ্গেলসন লন্দনদা থুংলবা।

১৮৫০, মার্চ ৬ — লন্দনদা **Neue Rheinische Jeitung A Political Review** গী অহানবা ইস্যু থোকপা, নবেম্বর ২৯ দগী ফোংবা লেপ্পা।

মার্চ লোইরকপা — মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা এড্রেস ওফ দি সেন্ত্রেল ব্যুরো তু দি লিগ হাবা।

মে থয়াই — স্টুইজরলেন্দগী তানথোরকপা বিলিয়ম লেবকনেচটকা মার্ক্সগা উন্নবা

জুন হৌগৎলকপা — মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা এড্রেস ওফ দি সেন্ত্রেল ব্যুরো তু দি লিগ ড্রাফ্ট তৌবা।

জুলাই — পোলিটিকেল হকোনোম অমদি মসিগী ইতিহাস মচাখাইনা নেলবা হৌবা।

নবেম্বর থয়াই — এঙ্গেলসনা মানচেষ্টরগী ইরমেন এন্দ এঙ্গেলসকী টেক্সটাইল মিলদা থবক তৌবা হৌবা।

নবেম্বর ১৯ — মচানিপা অতোনবা গুইদো শিবা।

১৮৫১, মার্চ ২৮ — মচানুপী ফ্রানজিসকা পোকপা।

শোক ১৮৫১ গী নাকেন-থাদগী ১৮৫২ গী বসন্ত কাওবা — মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা নিউ য়োর্ক দেলি ত্রিবুনগী আর্টিকলশিং ইবা।

| | |
|---|---|
| ১৮৫২, এপ্রিল ১৪ | — মচানুপী ফ্রানজিসকা শিবা। |
| মে ১৯ | — নিউ য়োর্কতগী মার্ক্সনা ইবা দি আইটিন্থ ব্রুমেয়ার্ অফ লুই বোনাপার্ট কোংবা। |
| ওক্টোবর ৪—নবেম্বর ১২ | — কমিউনিষ্ট লিগকী মেম্বরশিং কোলোন্দা বিচার তৌবা। |
| নবেম্বর ১৭ | — মার্ক্সকী পাওতাক মতুংইন্না লন্দনগী কমিউনিষ্ট লিগ দিস্সোলভ তৌবা। |
| ১৮৫৩, জনুৱারী | — মার্ক্সনা কোলোন কমিউনিষ্ট ট্রাইয়েলগী মতুংগী ওইবা অয়োনবশিং কোংদোক্কপা পুলিসনা অকোংবা কপিশিং কাল্লিন-থিবদগী অনিশুবা থুংনম এপ্রেল ২৪ দা অমেরিকাগী বোস্টোনদা থোকপা। |
| ওক্টোবর ৪ — মার্চ ৩০ | — রসিয়ান টর্কিস বার (ক্রিমিয়ান বার) |
| ১৮৫৪ ডিসেম্বর — ১৮৫৫ ওক্টোবর | — মার্ক্সনা Neue Order Zeitung গী আর্টিকল ইবা। |
| ১৮৫৫, জনুৱারী ১৬ | — মচানুপী ইলেনোর পোকপা। |
| এপ্রিল ৬ | — মচানুপা ইদগর শিবা। |
| ১৮৫৭ | — বাল্দ ইকোনোমিক ক্রাইসিস। |
| ১৮৫৯, মে - আগস্ট | — মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা লন্দনগী পাওচে Das Volk কী আর্টিকলশিং ইবা। জুলাইদগী মার্ক্সনা চেকোংশিগী ইদিটর। |
| এপ্রিল ২৯—নবেম্বর ১০ | — অপর ইটালিদা ইটালিয়ান, অষ্ট্রিয়ান ১দি ফ্রেঞ্চশিংগী মরক্তা লান। |
| জুন ১১ | — মার্ক্সকী ক্রিটিক অফ পোলিটিকেল ইকোনোমী বার্লিনদা কোংবা। |
| ১৮৬০, ডিসেম্বর ১ | — মার্ক্সকী Herr Vogt লন্দন্দা কোংবা। |
| ১৮৬১, ফেব্রুৱারী - এপ্রিল | — মার্ক্সনা হোল্লেনদা চত্নুনা মাগী মখুরা উয়রকবা, অদুদগী বার্লিনদা লাসালি উয়বা। |

এপ্রিল – ওক্টোবর ২০ — ভিয়েনা প্রেসকীদমক আর্টিকলশিং ইবা।

১৮৬২, জুলাই — বিলিয়ম লেবকনেচটনা লনদনদগী বর্লিনদা লুম হোংখিবা।

সেপ্তেম্বর ২৪ — বিসমার্কনা প্রুসিয়গী প্রাইম মিনিস্টর ওইবা।

১৮৬৩, জনুৱারী ২২দগী — জারগী মায়োক্তা পোলেন্দগী মীয়াম্না
১৮৬৪, এপ্রিল হৌবা। লন্দনগী কমিউনিষ্ট বার্কর্স ইডুকেশনেল এসোসিয়েশননা জায়দগী মার্ক্সনা ইহৌগী সপোর্ট তৌবগী বারোল ইবা।

১৮৬৩, মে ২৩ — লেপজিগদা জেনরেল জর্মন বার্কর্স এসোসিয়েশন লিংখৎপা। ফরদানেন্দ লাসালিবু প্রাসদেন্ট হাম্না।

নবেম্বর ৩০ — মার্ক্সগী মমা ট্রায়রদা শিবা

১৮৬৩ ডিসেম্বর ৭ তগী — মার্ক্সনা ট্রায়র, ফ্রাঙ্কপোর্ট, হোলেন্দন-
১৮৬৪; ফেব্রুৱারী ১৯ চিংবা মফমশিংদা চৎপা।

ফেব্রুৱারী ১দগী আগষ্ট ১ — প্রুসিয়া ১দি অষ্ট্রিয়াগী মীয়াম্না দেনমার্ককী মায়োক্তা লেৈবা।

মে ৯ — মানচেষ্টরদা বিলিয়ম ব্রুলফ শিবা।

সেপ্তেম্বর ২৮ — লন্দনগী সেন্ত মার্টিন হোলদা ইন্টরনেশনেল বার্কিং মেনস এসোসিয়েশন লিংখৎপা। প্রোভিজনেল কমিটিদা মার্ক্স য়াওবা।

নবেম্বর ২৪ — মার্ক্সনা ইবা দি ইনোগুরেল এড্রেস এন্দ দি প্রোভিজনেল রুলস ওফ দি ইন্টরনেশনেল বার্কিং মেনস এসোসিয়েশন লন্দনদা কোংবা।

১৮৬৪ লোইশিল্লকপদগী — মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা সোসিয়েল
১৯৬৫গী ফেব্রুৱারী থয়াই দেমোক্রেট চেকোংগীদমক আর্টিকল ইবা

| | | |
|---|---|---|
| ১৮৬৬ জুন ১৬—<br>জুলাই ২৬ | — | প্রুসিয়া অমদি অষ্ট্রিয়াগী মরক্তা লান। |
| সেপ্তেম্বর ৩—৮ | — | ইন্টরনেশনেল রাকিং মেন্স এসোসিয়েশনগী জেনেভা মিফম। মার্ক্সনা প্রোভিজনেল জেনরেল কাউন্সিলগী দেলিগেটশিংদা ইমষ্ট্রকশন ইবা। |
| ১৮৬৭, এপ্রিল ১০—মে ১৯ | — | মার্ক্সনা হেমবর্গতা চৎতুনা কেপীটেলগী অহানবা ভোলুম পব্লীশরদা পীবা। হেনোভরদা এপ্রিল ১৭—মে ১৫ ফাওবা মাগী মকপ লুদবিগকীদা লৈবা। |
| সেপ্তেম্বর ২-৮ | — | ইন্টরনেশনেল রাকিং মেন্স এসোসিয়েশনগী লেশানিদা মীফম। |
| সেপ্তেম্বর ১৪ | — | কেপিটেলগী অহানবা ভোলুম ফোংবা। |
| নাকেনথা | — | আইরিসশিংবু মনিং মখা তমহনবগীদমক মার্ক্সনা বৃটিশ র কর্রশিংগী মরক্তা ইহৌ শাগৎপা। |
| ১৮৬৮ এপ্রিল ২ | — | মচানুপী যাঈমা লোরা লুহোংবা। |
| সেপ্তেম্বর ৫—৬ | — | জর্মন রার্কর্স এসোসিয়েশনগী নুরেমবর্গতা মীফম লোইননা ইন্টরনেশনেল রাকিং মেন্স এসোসিযেশনদা পুনাশিন্নব রারেপ। |
| সেপ্তেম্বর ৬—১৩ | — | ইন্টরনেশনেল রাকিং মেন্স এসোসিয়েশনগী মীফম। |
| সেপ্তেম্বর ১০ —<br>ওক্টোবর ১১ | — | মচানুপী জেনিগা লোইননা ইউরোপকী লৈবাকশিংদা চৎপা। |
| ওক্টোবর ২ | — | লেপজিংদা সোসিযেল দেমোক্রেটিক রার্কর্স পার্টিগী চেফোং Der Volks-staat কা অহানবা ইস্যু ফোংবা। মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা চেফোংসিগী কন্ত্রিবিউটর ওইবা। |

১৮৭০, জুলাই ১৯ — নোর্থ জর্মন ষ্টেটশিংদা ফ্রান্সনা লান দিক্লিয়ার তৌবা ।

জুলাই ১৯-২৩ — জর্মন-ফ্রেন্স বারদা জেনরেল কাউন্সিলগী বারোল (অইবা মার্ক্স)

সেপ্তেম্বর ১-২ — ফ্রেন্সকী লান্মীশিং মাইথিবা ।

সেপ্তেম্বর ৯ — মার্ক্সনা ড্রাফট তৌবা দি সেকেন্দ এড্রেশ ওন দি জর্মন-ফ্রেন্স বার" ইন্টরনেশনেল বার্কিং মেন্স এসোসিয়েশনগী জেনরেল কাউন্সিলনা এপ্রুভ তৌবা ।

সেপ্তেম্বর ২০ — এঙ্গেলসনা লন্দনদা হোংলকপা ।

১৮৭১, মার্চ ১৮— মে ২৮ — ( পেরিস কম্যুন )

মে ৩০ — মার্ক্সনা পাখোকপা বারোল দি সিভিল বার ইন ফ্রান্স জেনরেল কাউন্সিলনা ১তা ওইনা য়াবা ।

সেপ্তেম্বর ১৭-২৩ — মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসকী লমজিং মখাদা বার্কিং মেন্স এসোসিয়েশনগী কনফরেন্স লন্দনদা পাংথোকপা ।

১৮৭২ সেপ্তেম্বর — মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা হেগতা পাংথোকপা ইন্তরনেশনেলগী কনফরেন্সতা দেলিগেট ওইনা য়াওবা ।

সেপ্তেম্বর ৬ — হেগ কংগ্রেসনা জেনরেল কাউন্সিলগী ওফিস নিউ য়োর্কতগী .হাংনবা বায়েপ লৌবা।

অক্টোবর ২০ — মচানুপী অহল জেনী লুহোংবা ।

১৮৭৪ আগষ্ট ১৯— — মার্ক্সনা কার্লসবাদতা মশা ফগৎনবা মচানুপী ইলেনোরগা চৎপা । হলকপদা লেপজিং, বার্লিন অমদি হেমবর্গতা চংলকপা ।

১৮৬৫ মে ৫ — মার্ক্সনা জর্মন রাকর্রস পার্টিগী অইবা রা-
রোল রিলিয়ন ব্রেকত পীবা

মে ২২-২৭ — সোসিয়েলিস্ট রাকর্রস পাটি ওক জর্মনি
লিংখৎপা।

আগষ্ট ১৫- — কার্ল সবাদতা হরা মুংশিং হোংনবগীদমক
সেপ্টেম্বর ১১ চৎপা।

১৮৭৬ আগষ্ট ১৬- — মচামুপী ইংলেনোরগা লোইননা কার্ল-
সেপ্টেম্বর ১৫ সবাদতা হকচাং ফগৎনবা চৎপা।

১৮৭৭ হৌরকপদগী — মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা ইবা ইউজিন
আগষ্ট ৪ ডুরিংগী রিভোলুশন ইন সাইন্সকী ২শুবা
সেক্সনগী তরাশুবা চেপটর ইবা।

১৮৭৮গী মার্চ ৩ এপ্রিল ২৪—রসিযান টর্কিশ রার।

আগষ্ট ৮-সেপ্টেম্বর ২৭ — মাগী মুপী .জনী ১দি মচামুপী ইংলেনোরগা
লোইননা ব্লেক ফোরেষ্টতা মশা ফগৎনবা
চৎপা।

১৮৭৮ ওক্টোবর ১৯ — এন্টি সোসিএলিস্ট লো জর্মনদা পাস তৌবা

১৮৭৯ সেপ্টেম্বর ১৭-১৮— মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা রিলিয়ম ব্লেক,
রিলিযম লেপকনেচট অমদি আগষ্ট বে-
বেলদ অইবা চে থাবা।

সেপ্তেম্বর ২০ — জর্মন সোসিয়েল দেমোক্রেসিগী সেন্ট্রেল
ওর্গান দি সোসিযেল দেমোক্রেটকী
অহানবা ইস্যু থোকপা। মার্ক্স অমসুং
এঙ্গেলসনা ফোংনবা আটিবলশিং ইবা।

১৮৮০ মে হৌগৎলকপা — ফ্রেন্স রাকর্রস পার্টিগী প্রোগ্রাম য়াংপা।

আগষ্ট ২০-২৩ — সুইজর্লেন্দদা সোসিয়েলিষ্ট রাকর্রস পার্টি
ওক জর্মনিগী অয়োনবা কংগ্রেস।

দিসেম্বর ৯-১৬ — আগষ্ট বেবেলনা ইংলন্দা মার্ক্স, এঙ্গেলস
উন্নবা লাকপা।

১৮৮১ জুলাই ২৬- আগস্ট ১৬ — মার্ক্সনা মাগী নুপীগা লোইননা পেরিসতা মচানুপী জেনীগী মনাক্তা চৎপা

ডিসেম্বর ২ — মার্ক্সকী নুপী জেনী শিবা।

১৮৮২ ফেব্রুৱারী ৯- অক্টোবর হৌরকপা — মার্ক্সনা অলজিয়র্স, ফ্রান্সকী থাথংবা শরুক অমদি স্বিৎজরলেন্দ লৈচিংবা মফমশিংদা চৎপা লোইননা মচানুপীশিং জেনী অমসুং লোরাগস্ত উম্নবা।

১৮৮৩ জনুৱারী ১১ — মচানুপী জেনী শিবা।

মার্চ ১৪ — মার্ক্স লৈখিদবা।

মার্চ ১৭ — লন্দনগী হায়গেট সিমেত্রিদা মার্ক্স লেপ্লোন চনবা।

# REFERENCES


1. V.I. Lenin, Collected Works
2. Marx and Engels, Selected Works Vol-I
3. Marx and Engels, Selected Works Vol-2
4. Marx and Engels, Selected Works Vol-3
5. Karl Marx, Economic and Philosophic Manuscript of 1844
6. Marx and Engels, The Holy Family
7. Karl Marx, The Poverty of Philosophy
8. Karl Marx, A Contribution to the Critique of Political Economy
9. Karl Marx, Capital, Vol-I
10. Karl Marx, Capital, Vol-II
11. Karl Marx, Capital Vol-III
12. Marx and Engels, Selected Correspondence
13. Karl Marx, Critique of the Gotha Programme
14. V.I. Lenin, Materialism and Empirio-Criticism
15. Marx, Engels, On Colonialism
16. Engels, Anti-Duhring
17. V.I. Lenin, Marx, Engels, Marxism
18. V.G. Afanasyev, Fundamentals of Scientific Communism
19. Engels, The Condition of the Working-Class in England

10\. Engels, The Peasant War in Germany

21. Marx-Engels, The First Indian War of Indipendence 1857-1859
22. Yuri Solobnikov, Karl Marx-A Biography
23. Party Life, May 1984
24. Hijam Irabot, Capitalism (Pungibad)

